বাখল অসিনা মপুক্কিংদা মরা তানা লৈখিবা মরমদগীদি মানা চংপা মানা তৌব থবক্ত খুংখিংজল্লকপথৈ খুস্থোক্লবা থৌরক্লে। হোটেল মপুহুন্স অহাম্বদদি কয়ারক থামহুনা ফুহনা খিংঙকপনি হৌজ থেংথাং কয়ারকস্থ মলোম লৈনবা ঙাক্ত ওইবনা অত্তম খুংথোকনরকদগীদি নোংম হোটেল মপুহনা অতোপ্লগী মিচংদ লেপ্তুনা মাবু ফুহনা তান্থোরক্লে মপুক্কিং সুংশিবগা সুঙায়তবা বাখলগা পুনখিহুনা শাওবদগী স্নুংহুমনা থাহুনা হোটেল মপুহুগী মকোক্তু থুগাইরম্লগা মীরক খায়না চেল্লকখি। মীয়াম মাবু ফানবা তান্নরকখি। মীরক্ত লৈনা লৈনা চেনখিহুন মীরক্ত মাঙখিবনা উপায় লৈহৌদে মহাক্কী তান্নরকলিবোইদ খনখিবনা মফম মরাং খঙদবথৈ পঙচেন্দ চেল্লকপদগী লম্বী শম্ন লাল্লকপদ য়াংনা থোরকপা কার অমনা থাম্ব নংহৌদনা য়ৈশনখি।

থোরকইবা স্নপাহু নহা নত্তে অহননি খুদক্ত গাড়ীনা তক্লে হায়হুনা মীয়াম ওমশিল্লকই। অহনহু মীয়াম চেনশিল্লকপনা হাম্বনা চেনফম খঙদ তীংঙক মাইঙক্লু লম্বীথক্ত তারিব অঙাংহু য়েংই। লাইবক ফবনা চাকানা তকপমক্তী নংলমত্রে শোকপদি শাথিনা শোকলে লৌশিং তাদ্রে। গাড়ীহুমক্তদ অশোকপহু হাপ- কংহুনা হোসপিটাললোমদ থুনমক পুহুনা লাইকম্বরে। হুমিত্তুগী মথঙ অয়ুক্কদি জ্ঞান তানা লৈরে। অহনহু লাক্তুনা মমা মপাগী মমিং মথা লৈকমনচিংবা মথুমদ পাওখানবা হঙলৈ মতম অহ্নদ। অহনুগী মকমদা হৌগ্রব হৌজিক ওইরিব মরাইবক থীবা পুন্সি বারীহু মমিং ঈরা চেম খন্থোয় শোক্ল লিথোক তমথোকচরকই

য়ায়ীহ্ তাক্নবদ মায়ু হন্দোক্লন থোঙথাংব ওয়োইদোগুয়কই মপুক-নিংন নৌরিব চহিত্নগী মথক্ত তাখিবা অয়াবদো হেন্ন উশয়া-খিবনা থাদোকনিংলকত্রে অশোকপহ্ নিংথিনা লাইয়েংহন্দুনা করবকান্দ ময়ুমদ পুখত্নুনা থম্বিখি 'পাংমেলদগী কেন্নব উনাজি ফুংশিংনা হন্ন মাগকৈ তাক্ন তাক্নয় মকমদ লৈব তাই।

## অরেৎপবা পন্দুপ

য়ুম্মুরেল অহনসিগী মচা ৪দং লৈ, পীবা ১ত্তনি নিঙোল ৪নি অনিমনা ময়ুম পানত্রে অনিমকনা পলেম পম্বো কাদা মনিংমথা তম্ন লৈরি মচে য়াইমসিগী মমিংনা স্নবদনি কৌই। ইতোন তোম্বসিগী মমিংনা দেবলা কৌই। মহাক্তদি লমহেল্লি কেথোক মোথোকই অচা অথক অথোঙব মথেল লুকোই কয়া মহাক্তনা ময়ামদগী থয়খিং হেন্ন চাব থকপদ কয়ামজে চিলহাওস্থ তিগাল্লি মবুক্ত ওক্নফাওবদ মমিংনদি ওক্নোইদোবত মউগব জাংনি অহবু মপুক্ত পেল্লবদ অরেম্বদী থওইবক্তব হৌনৈ মহাক্ত চাক্নব চাকলেম ময়ানা চিক্তনা চাথোকলুরবা অচাপোং মবুক চাউব মঙোন্দা পীক্নবী, লামগয় পুক্তী অহাও হাওত লুথাক তাব তাদব থীগন্দে পীজবত্নুনা মবুক হয়াওজবনি। মানা অত্তমা পীজ পীথকপগী ময়ম লৈ মানা শিব পাওথোল মানা থোদাব থবক অহৈং অপা থাক্তনা শীশিম্নব য়াবননি। চানিংব কন লৈরবস্থ মচিম্ন থোনা কনা হায়ঙমদব মমিংনত ময়েংজব মঙোন্দ মীম্নুংশি অমস্থ লৈবননি।

করিগুম্বদা হয়াও কুম্মদা মচাশিং পুন্না পুম্ন পুম্ন হেক হেক চৎলি মাদদি য়ুম শঙইম হৌন্না লৈহনহৌই। হয়াওকুম্ম হায়সিদি য়েংনিং চৎনিংব ভাক্তনি পূক্লিংগী অরোম্ব মুডায়ৎবদি লোইনজবী দেবলানা থঙবিকম খোক্ত্র মহাক্ত মমা মপা অনিদা পুবিসি হায়দনা চৎমিংবা কয়াম্ব য়াওহল্ব য়াওরকই। মসিদ মুডাইবদি নোংদোন খেংনা রাবলনা মনিং তম্ন পাইজবগুমই। অশুম্ন চাউরবা হিংবা ভায়বনা শারেপ মপুং ফারে ইনথৎলকপে অভাঙব ইহল ইংক ঈপোম্ন শান্নব পোরে মতম অসিদ দেবলাস্তু মপুং মরৈ ফাবা শাহৌ নিংথিনা লৈশাংী ফংনকট কুচু মুরংননা রাশী লৈবীনি। মরমাস্তী লমকেৎ লমহাই মানা ভাংঅতমক তাউ মানা তৌবতমক ইল্লু হাযবা মীওংনি। অসিগুম্ব মীসিগীস্তু মরুপ লৈ। মানা ডাংব অহুম ভাশম্ব মানা শিম্ব অহুম ময়াবিবা অত্থনা মাগী চান্নবী মতাংওইজে। মসিগী রাংমদা লৈবনা তাথিননা মুক্তে। মশক্তগা ফজবনে য়াইফ মুডায়ব মীশক্ত ওইবনে শাজংনা খোইকনে মীং। কীতক চাবা হায়বদুনি।

ইমুংসিগী অহন লমনসিনা মবুক থাক্ত মফি খোম্ন অনা অয়েক তোরৈ চল্লবস্তু লাইয়েংবিন্ননা য়োক থাক্তনা খঙ্গীদি হায়বযু চোকশিম্ন য়াইফ মুডায়নবা শেম্বা শাবীবদি তৌদে। মুংশিববুদি করিগী মুংশিদদি য়ুমদা লোইবা শাবন কাও মুংশিনরিবনি মহাক্তস্তু মখোয়গী মাংদা মনিংতম্ন থুং তিংথোকচব উমজদে দেবলাগী মফমদা তিংথোকচবদি হঙ্গোইজদে অপাম্ব মতুং হায়রুবদা রাংহঙ্কীদে ইমুংমতুদা কুইন তিম্ন লোইরনকপগী

চান্নজবগী লংলা ঞপীশক মথল্তনা থম্মোয় দোরীদা থজিক ২ লৈশিনথিহ্নবা মপুং তম্লবে দেবলাগী চানবী হৈবী[চেংলৌবু থম্মোয় লকাদ থমজিনগদোবত মতৌরে। লোম্ন শাগৎ চক্রব মঙলান কয়া চুথৎচক্রব মৈরী কয়া হন্থব রাখলনা অমুক অমুক থুগায়জে অমুক অমুক মুথংচৈ থাম্ব রানা ঈরৌরকপা থম্মোয় ঈহৌ ফানা ফানা মপৃক্লিংবু চৈনা চৈনা থাঙডকই ঈথক চাবা লৈরাইনা থজিক থজিক কীম্বরকপগী মতৌগুম থামজক্রব পুম্ব ওমচাক্রবগী মশক ওইহন্বীরৈ মনাক্ত হৌজবী উরীনা অনকপা পামেল মউদ য়েং চহন্নিংঙকই লম্বাম্ব উপাল কনাদ য়েংহননিংলকত্রে।

নোংমা মীলৈতব তাঙা অচিকপ হিঙ্গোল মচি অমদা লাই-রিক পান্থনা মবানিতং লৈবিডৈ মাইথোং কুচু ওম্ন থম্মোয় তনিক তনিক মীংয়েং তথক তথক্ল রীরী লমফৈ অমা শারম্বদগী কুইনা থুপ্লক্লব পুক্লিংগী নিংজবা মকাদা মথং মথং ফোংদোকলুই। দেবলা থঙহৌদনা অশাওবনা থুমহত্তুনা মশোং কন্দোক্লবী থাক্নৌ অমোম গুম য়েংথরকপা অথাবা মীয়েং অশাও হঙ্গোইব হন্থবগী রহৈ মাচৈয়ক্ত মথুং মশা থেক্ল ঈকায়বনা মমাই কাহংনা মকশিন্নথি থম্মোয় মচেং তানা কাইথি মীত্ত পী তানা থাংথি অহুক কজনা উজরম্বী দেবলা শকথিব হায়বদো অসিমক্লি উংলকগুম উখ তশেংবদি দেবলানা 'মাবু মুংশিরমলোই থল্লুদবনি মুংশিবা শক হায়সিদি মানা কন কত্তব তৌহ্নমু মানা য়েংব মীয়েং মানা চংপা শাজং ঙাংব রাঙাং মুংশিনা ঙাক্ত লৌশনগল্লি। নিংজব থমজব রাখল কনা থন্দোকপ ঙমই থজিকং মুংশি মীনোক

তম্নকপদা থোইদোক্লু মু শিশম্ব গুন মচেল্লি মরম অহুনা অশুক ন্নুংশি হৈতবী ওইরক্লনি থাজক্লদবনা ইতিং ত্থিংনা হায়দোক-লুবনি। মহাক অসিনা য়েংওই থঙদন্না পুপাং শুনা নাওয়োক-তবা মচা ওইবনরা লৈকোল নাক্ত য়োকলুব হয়িংথোইনা লৈরাং লৈশামজক্লুবগী মরাল ওইরব্র? শীংগেল কোবী মহাকী চঙ-জরকপবু লস্তনবীদে। অচৌ পীশক থাইদেদো তাইবঙ ম পোক শীংগেলম্রি অশুম্ন থক তৌদবোই।

নুম্নিৎসিদগী হৌনা মুড়াইনদবা ঈকায়নবা অসিনা ইমুংহু পীকথনব্রে, দেবলাস্থ মহৌশাগী লোনচৎ থাদোকতুনা তোঙান জাগ্রে মসিমক্লু মঙোন্দা কীবা ন্নুংশাথিবা হেৎ্ ইকুই কুইদনা নোংমা সনাগী লিক পব্লেং লৈরমব্রে ন্নুশাথিনা মমা মপা চংনা কোইথি থিন্নরকই থমজনফম খঙদনা তৌরব্র কনা কনা চংলমমি হায়দুনা ফম্মুং ফাম্নুং য়োনা থিনরুকই তুমফম কা য়েংলকপদ ফুরিথশাওদ য়াওরম্ব থেঙনবদগী শাওবনা ঈ কারবা মপাবুংনা কৌশল্লুনা মচিন হুঙই মনাক্ল ইগুক গুক্ল বাঙাংবহ্নদ চিংনব হেম্ব-দগী চৈনা চৈনা মথুং থোক্ল অরেবী পান্নল পুথোক্ল ফুরে অকম্ব চৈম্লুরক্ল নাহি তানা য়াম্নুংদগীস্থ ঈ আরা-আরা চেম্হনা খুং-ক্লব তৌম্নবা থাঙনা থাঙনা ঐথি লোঁজদে ঐদি থঙদে মহায়কৈ জরাম্বনবু হুক্লানলি কবম্ন হায়নি হায়হনা মচাশিংহুনা তাম্নোক-থিনবা হায়।

হুবাম্ব থঙজবী থৌইনশিন থঙই হায়তুনস্থ হ য়দোকপ শাতৈ চাবা নত্তবনা থোইনা বাঙাংদে জাংদবম্নিন। কেম্ন মান্নথি-

বনি য়ুমলোম্নব কৈরোই লৈকাই মীমাংদ হঙ্গোইব মীংয়েংলক্ত থম্মোয় শে ক্ল খাংজবা মঙাই মুমিং অসিদগী মাবু য়ুমহুদগী তাম্বোয়কথি সংসারসিদা তিম্নবা মরুপনা য়েক্লব ওইরবদ মহু ওম্বোক্ল অকিবগী মশকনি হায়নিংই।

মসিগী মতুংদ লম্বীদা য়ুংব টোটিগী ঈশিং থক উখোঙ ম্বাখোঙ ম্নাহিপ চাকচরামগী মীয়ুমগী কঙ হৌদি শেংদোক, উপা ব্বাশি থা জুগালি হেক শুরু অবারা অমগী পুক্সিগুম লেম্নকই। লাইনা য়াংপা খয়াংনি থোক্ল থোক্লব লাইনা তম্ব হায়বহুনি। অহিংবনা ম্যাবু হুশোক্লনদি থক চংপীখিদে তুহংপীব থওইবীদবনা শৌ শারবা হু চেনবা মীংয়েং লিশিং লিশিংগী মরক্ত মীং জুরা ১না য়েংজব গাড়ীগী কুংলব লম্বীদা খোঙনা চংপগী খোঙচুপকী থোং-থাং মরক্ত খোঙউপ তোংদব খোঙ জুরা'মঙনা চংচবা অকৈ অমৌ অরু অনানগী ফীজেংলক্ত শেগাইব ফীজেংনা শেংচ চাজবা অসিগুম্ব অরাবা অতোপ্ন মসিতনা মাগীদি চাম্নব মরুপনি হায়ব তাই।

মাইখোঙ মকশিল্লবসু মপুক লাম্লবসু মচিন প্রক প্রক্ক কঙলবসু কনানা হুম্ন য়েংবীরদে মশাদ থোংবা ফীনা শম্লবসু শেগাইরবসু কনামঙন মশানা থঙমা য়েংশম্নীবা ম্নাওবীরদে কান-লেনগী মুংশা নিংথমথাগী উলেন নোংজুথাগী মোংজুনবু লাইম্ন অনং অতোন অতাবু চানবীত্র য়েক্লবা ওইবীরবা নঙনদি কঁরি তৌবিবগে প্রকৃতি খুংশেম্নফাও য়েঙবীত্রবদা কনাদা ব্বাকংলুদগে লাইত্তোম্ন তাবা পুক্সিনি মদোম খাঙব মপোকনি পুক্সিংগী অশাওব

পেন্দব ভাংনিংব লৈহুনসু চিং লোনথোক্তবা পামেলগুম খাঙব তাই থীনবু চৈবরসু উশিত্তনা হঙ্গোইনবু য়েংলবসু নাকোং মিং থম্মোয় পুম্ব থরাই পান্দবা পোংশক্নুম লৈব তাই মসিনা মতিক চাবা অত্তোয়বী শাজংলা? অহেন্দবু ঈকায়খুম্নবা অথোইবতবু ন্যোম্নকপ জগৎসিদা লাইর অনংবু কনানসু উশীৎপীদে অংতান অতাবু কনানসু থওইবিদে মাসিনা লেঙদব তাইবঙপানগী চংনবীরা? অরাম খৌরাংবদ থম্মোয় হিক্র কপ্লফাওবদ ঈশ্বরনা মমাংদ নোঙমত লেপ্লীরদে পুক্লিং শোক্ল মুংশিনা পৃথিবীমক্ত খোঙেল থোক্ল তেংথারফাও নোংমতসু থেমজনবীরদে মীরমলেন্দ মীনিলনরবসু মাগী পুন্সি লকাদা ঈচিক হুম্ন লৈরিবসে থক কোক হবীরদে মসিবু ঈশ্বর কৌবা মহাক্কী পীনফম থোকপা দন্দীরা?

অরাবগী পন্দোম লোয়ক খুদিং মরক মরক্তহুবু খাত্র খুমত্র মহাও তংনিংঙকই করিগুম্ব থৌবী কোঙ্গোইনুংদা ঙকপূ হুকচন ফাঁসিগী মাতৌদো করম তৌরমনি তমনিংঙকই। তাইবঙপানসিদা হিংনিংবগী ময়াইসিসু ওম্মোক্ল কল্লি। অঙকপা শক্তীনি। মাক্লেমথক্ত মশিং লাকঙমদ লৈখ্রিব হিংবদা নিংব কাযব খোঙক্লেক মীত্তাং শৈনাইব কয়া অরা অনংনা পুব থাংব ঙমদ তোলহাইনরবা মীমান্নদবা কয়া মাতনা শিনিংব লম্বীদগী হেক হেক কাজখী মসিমক য়াওরমত্রবদ পুন্সিনা করম হিংনি মসিনা লৈত্রবদ তাইবঙপান করম পাননি অহিংবা পুন্সি অমা লেপ্ল ক্লকপ পীনহৈব মতেংদি মীৎ, থোং, খুং অসিমঙাই চ্যোক চ্যোকশিল্লকপদ সংসারসিদা অশেংব মক্লপ অচুম্ব থর্মা অহিংবা

হকচাং মাতনা ওইদনিংঙাই করি লৈ মহাক লৈবনা ঈশ্বর লৈবখনি মহাক পাম্বনা তাইবঙপান লেংদবনি মহাক্না হিংজ্রবদা কৈদনো ? মুংশিব পলেম পদ্মো পাম্মুব মুপী অভাং চান্নব মরূপ মপাং পুম্বা মাঙখ নাইদো মীত্রংগী তাইবঙদা শীম্বানা হিংলিংঙৈ মীংনা উব ঈশ্বরদি মহাক্কনি করম হায়রোইদগে।

অসিগুম্ব রাংল কয়ানা তাইবঙ নারক চৎপদ অকিবা পোকংলক্কে পুন্সি মুঙাইরক লাম্বদ মীপাইব লৈরকতে। পাঙলনা কল্লিবমখৈ হুমাংমস্তনা পুন্সি লমশাং চংকে তেমশিংনরকৈও রিক্সো থোবা মুপা অমা থেঙনরুবদগী রিকসো থোবগী শীনক্নমদা পুশর্বীতুনা, অশাম্ব গাড়ী পায়দুনা শীম্বাজরকখিবনি।

## নিপানগুবা পন্দুপ

অচিকপা লমদা লৈবা মীস্মু লমদুগী চৎনবীদা অছুম মুংঙাইজে। অরাংব লমদ লৈবস্মু লমদুগী মওং অদুদ অদুম মহৈনজে অদুবু খুল্লককোন্দ পোমজবী লোইয়াম্নমদ শংচবী পুর্নিমাদি মীংকী কুম্মৈ ওইব ইম্ফাল সহরগী ফজ্রব য়েংনিংলমলোইদ্র ইম্ফাল চাইগোম্মুংদা পোকচবা চরাংনব মতম্বাক্ত চাওরকপ জ্ঞানেশ্বরস্মু অশেংব মুংশিং শীংপা মীংয়েং ইংবী খুঙ্গং দৃশ্য য়েংনিংলমলোইদ্র ?

মুংশি কিগৈ শেঙনমা নৌনা শকখঙনরকপগী মুঙায়রবনা অমনা হায়ব রাদা অমনা য়েংৎনিংলুদ, অমনা য়াবদ অমনা

ককনিংলুদ নিংন লিচিং চেৎনরকই। অপাম মুংশিগী মরাইনা মবানিগী মিৎলমদ লৈনম পুবী য়েন্নিং থাগী লৈকোলগুম মা লম অসে উজরকই। ইস্কালদা লাকমিন্নরুনা যেংনিংঙাই ওইব কয়া মীতিন মীপুল কয়া হুরাও কুম্মৈ কয়া হেক হেক য়েংমিন্নৱরে অচৌব হোটেল কয়া চংহুনা অচা অথক কয়া চানিন্নজে ফুকান্দা চংহুনা পোংচৈ কয়া লৈমিন্নজে অতুগা চিংলেম্বা খুঙ্গংগী চিংগোন চিংয়া উচেক শঙ্কু পরেং পাইব, ঈশিংলৈরং অশঙ অমান্ন ঈমাই থক্ত পাক্ত কোইনা শপী পাং, শল্লুপ নাইনা পরেং পরেং শজিকচা মপৈ মপৈ কুন, যম্নাও মচাশিংগী খোঁশানফম লবুক লমহাংলক্তসু মুংশি মুংওল্লক্ত মুঙা পাখঙ হেক হেক খোংদোইমিন্নজে কয়াদ মুঙাইমিন্নবা যৌবন বসন্তগী পূক্নিং হুবা খোঙচৎনো।

পূর্নিমানা জ্ঞানেশ্বরগী মফমদা হায়জৈ ঐদি নঙগা লোইনজবগা নহাক্কী নফমদগী কান্নব ওইজবা কয়া ফংগনি অতুগা ঐগী ইফমদগীদি করিমক্তসু কান্নব ফ লোইদো লাইরিক লাইশুসু হৈজহৌদে ঐহাক্কী মতিক চাদবনি মসিমক্ত নঙোন্দদি মাংজগনি নগুনবুসু চেন্থবীরনি অংগী শরুকপুদি ঈশকসু ঐঙোন দগী হেনবী মহৈসু হৈবী মতিক মপা চান্নবা থম্বাহৌবনা ফরোইদ্রনে? ব্রাহ্মসিগী পাওথুম ওইনা জ্ঞানেশ্বরনা পূর্নিমাগী মফমদা থুমই-চুমই নঙগা ঐগা য়েংনবদা মতিক মপা চান্নদে নহাক খুত্তঙ নিঙোলনি অসিগীসু মথক্ত নহাক অনংব ইমুংগী মচানি সংসারসিদ ছি শিব মী খুদিংমক মশাগী য়েংনা থবক তৌনৈ অমাং অতোং থিনৈ। নঙগা ঐগা তীন্নবসিদ ঐগীদমক খম্বী-

চুনা তোংজরোই তাকপীব্রিবচুমক ঐনা লাম্ন থক লৌরোই অহৌবু ঐগী নিংঙ্কবদি অতোংব ঙাক থিনা চংলকপদি নত্তে নুঙ-বুনা অ:তাম্বনি হায়না নাইতোমতমক তানবা হোংনব ঐবুনা য়াইফবনি হায়না ইস্থোকপীব অসিমক্তদি ওস্থোক্ল মুঙায়জদে ঐনা অচুক নিংজবগী মাইঙাক্ল নঙনা থস্নীত্র নত্রগা মসিনা নঙগী করম্ব থম্মোয়গী মনুংশিনো অশেঙবচুমক্তং তাকউ করিমক্ত রারৌজরোই।

নঙসে ওস্থোক্ল রাঙাংব হৈত্রে ঐদি নঙদৌনা রাঙাংবনু হৈতে করি হায়রগা ঐগী পুক্লিং রাসে তাক্লোইনো? থম্মোয় রা হায়বদি লোইনমক হৈননি লোম্ন্থে কতবফাও ঈঙ্গিংনা মরোল লোম্নিবচুনি অরাম্বনা অচুম্ব শক্ল রাঙাং হৈবদ নত্তেদনা শেংনা হায়রবদা নঙনা ঐবু নিংবিরমনি হায়বসে কয়া থাজদে। ঐনা হায়বদা নঙনা তত্তনা অশুক নুঙায়ত্রিবসিবু করিগীনো নিংত্র-বদবু নঙনা ঙাংব রা তানিংথিত্র নুংশিত্রবদবু নঙনা থোরকউ হায়বদা ঐনা য়াথিত্র ঐতবু মতিক চাদে হায়বতনি উরীনা উপালদ য়েংচব তাবদ নুংশিত্রনে তুরেলনা ঈপাক্তা তিঞ্জব য়েংবদ ফজত্রনে মদো তাইবঙ সমাজলক্তদি অচুক য়োনা ফজ-রোই নিংই নহাক্নী পাবা ইমানস্থু ঐবু মমৌ ওইবদ শোয় দনা থোইদাবা রাংকনি, নহাকমক্নী পুন্সিদস্থু নিংঙম্লক্লোই হায়বা রা লৈতে মী হায়সিতবু মৈরীগী মতোঙুম অরাংবত মতম্রবনি মসি হায় হায়চুনস্থু ঐগী থম্মোয়বু নঙনা মীরাইনা থম্বীগনু।

পুনিমাগী মতিক মঙ্গনদি লোইবী চিংগী লোক্ল, লোকয়াদ লাংপী লৈনম চাওবী লৈগী লৈনমনি। মীনা শোমৈ কোকিল

খোঙ্খাং মতেক্লব নাকেং থুমই। অহিংদা খোংবী খোঙ্গা য়ৈবী লোকমুং ভম্না মখোঞ্জেল থঙ্মোয় ঈপোম হৌনা পুক্লিং হুনবগী মশকনি লংকৈ চৎপনা মঙাংনৈ অহুবু নুজাসিগী তোল্লবী লৈয়েং-লক্ত মহৌশানী খোঞ্জেলহু লৌহুনা নোংদম্বনা থনম্লব্র? মুংশি-ক্লব ওইবগী অহুক মুংশিনা তারিব্র? ব্রাঙাং-খোঙ্খোক তাবদ ঈশৈগী শুরগুম ওঙ্খোক্ল মেংইদা।

যন্ত্রগী মুংওলব শুর, পুংলোনগী পুক্লিংগুম্ব তাঙ্খা, কায়রবদা ঈশৈগী শৈহেক ফজব মাংবা য়াই। মুজাসিগী খোঙ্খোক্তী শাওহুনবু মহায়রবমু চৈনবু মঙাংলবমু খোইথুম্নবা মখোঞ্জেলহুমত্তংদি ব্রাংনি নিংদে সনাদ থাতু মকুপ য়াম্লগা সনাগী মতিক ময়াই হম্বব য়াই। তৌবতবু হামুক তৈব থবক শুহুনমু অমোংপা চয়ৈ শেক্তুনমু মহাক্তী মনিংথিজসিমদি মাংনি শক থাজদে। মাই-হিং থাংই হায়হুনবু থানা থঙ্মোয় হুদব্র? জগৎসিদা মশুং ম-মায়বী লোইনবদ মীয়াম মীরক তীল্লকপদ ফজবা শক্তীদমক মুপী ওইবীশিংদি খবখিং থোইচৎনজৈ লেমথোক্লজৈ মুপীদরা হায়রগমু অরাম্ব ওইনিংঙাই লৈ। শক্তী নাপল হায়সিমু অঙকপনি ফজব পাঙ্খ হায়সিতবু নহা ওইরিঙৈ মহেল্লি মাবুতা শাগোম্নজং-নিংবনা মীগী পুক্লিংবু ভাওহম্ব ঙমই। কয়াদ মশুন চাউথ্রবা। মীনা ফজৈ চেংলৌ শকইংই হায়না। থাগৎনব মনানা তাই। শকয়েঙ মীংশেন্দ তাবা শক্তম উরগমু মনিংথিজৈ থঙই অহুবু লেমজনিংব লেমথোকনিংব লৈতবগুমই অঙাং মচা লুনা তৌগল্লি ঈজ পীথক মফজৈ মীনা ফত্তব হৌরক্লবমু মানা তাথিনা য়ৌনা থম্লুব তৌদে মীনা থাগংলবমু কাহেন্ন হরাওগম্দে ঈশিং হায়বসে

ভীবগীদি থৱাইনি অচম্ব ঈশিংনা চম্নবস্থ চম্নফম ৱাংতনা ইচম চমজবী লোশয়ারমগী পুনিমাস্থ লাইজ ঈশিংগুমই হায়নি.ই।

মগানি লোইন তিম্নৱকপগী ঈ পাও লোইনা য়ুমলোম্নব অহন নহা অঙাং মুবী ফাও ইতা তানৱে ইথঙ থঙনৱে। মাসগী মৱিসিদি হেক্ত লৈকাই পল্লানৈ লোংপনা হেক্ত চংনবা য়াৱক্তে মবানি কোইমিন চংমিম্নবগী পাও তাৱবস্থ থঙলবস্থ মমা মপা-নিদি য়ানিংদবা উংতে থীংবা তৌদে। মসিবু মচানুপীগী পাম জবদ মথূং থিংজনবীনিংদবনৱা নত্ৰগা লম্লানবা মাবু মমাকনিপা ওইনা সুংশিবীবনৱা?

পুনিমাগী মপা অসিস্থ খুঙ্গংদ পোকচৈ চাওজৈ হায়বতনি চম্ন পঙনা হৌৱকপা নিপা নত্তে, মপা হাক্তক ফৌগৈ চাওনা খিন্দুনা ঈনাক কৈৱাক খুম্নকই মহাক হাক্তক্ত ময়াই চ ইথহুনা অনংবা ওইৱকথিবনি খুঙ্গাওহুদ মচিন চংপা, খুল ঙাকপা লম-হেন তুহেম্নবদ মপা লৈতনা ঙওৱকপা মীনি হৌজিক্তী অহন ওইবনা মপাঙ্গল হুল্লবনিনা মৱিংজেল থাজবত মঙাইৱে মীনা মঙোন্দা লৈ অমত্তং হুল্লক্লবদি হুল্লকলিবা মঙোন্দা লৈ পৱেং অমা হনগনি মীনা তিখং অমত্তং লংশিম্নকপা তাৱবদি তিংথং খুবাম থম্ন হুনজনগনি হায়বা মীশক্তনি লুপীস্থ মৱি মঙাৱোম থিৱম্মী খৱনা খায়নখিবা য়াও খৱনা শিখিব য়াও কায়নগ্ৰবগী কাইনথঙদ পুনিমাগী মমা লৌতুনা য়ুম্বান কৈবানমিম্নখিবনি। লৈৱম্বস্থ খুঙ্গাওদ হাম্ন লৈতুনা থোৱকপনি। মপাগা পোকমিম্নবা

মচিন মনাওশিংহুগা মত তিম্নদবা নিঙাই শঙদানবদগী লৌ-
কোলসিদা হোংদোক্লুনা লৈখিবনি। মপাগী মমিংনা ব্রজগো-
পাল মমাগীনা লৈপাকলৈ কৌই হায়না জ্ঞানেশ্বরনা ইমুংগী মরি
মথোঙ হঙবদা পূর্নিমানা তাকখিবনি।

ব্রজগোপালনা মচানুপীবু খঙবা নুপা অসি ইম্ফালদগীনি
সহর মচানি অচৌ অশাং কোম্নগী লাকপনি খন্দুনা মমাক ওই-
নিংউবদি নত্তে মশা মশা য়াম্নৈনা থম্মোয় তিম্নৈনা লেংজরকপা
পুন্সি লৈপুল তরাই তরাইনা মচোইনহন্নি দবগী রাতনি। মচা-
নুপীনা লেপচব মমাক ওইগদব অতুমা মপানা য়েঙশন্নব দরকার
লৈ খঙদবা নত্তে মীফত্তবা কযা মরৌ চাওব কযা থেঙনহুনা লাক
লবা মপানি। জগৎসিদা ওক্লববু শকখঙলবদি অওকপ মশক
তাকপা লুনা গোক্কে। করম্ব পুন্সি থোঙফমদ খুৎশমবীগদৌ-
রিবনো করম্ব মখলগী মীতানো হায়বহৌমদি মীৎলৈ মত্তনা কাচিন
য়োনা উগ্রবনি। মহাক্কী শক্তম অচম্ব নত্তে মাগী নিংজব থম্মোয়সু
অচেৎপনি থাজবা অসিমক্ল মাব্ খুশিন্নবদা চিংনবা লৈত্তে
মচানিঙোলগীদমক্তদি লাম্বক ফবনি খম্বনা খুরৌ থাংনিংলুদে।
মহাকস্থু হান্নদি অশুম্ব মচানুপীগা কোইনজ্জে খঙচুব নত্তে
মহাকী নুপীনা তাকপগা খ্বাইনা চিবেন চিবোন ঙা নরকপগা
অসিনা মীংয়েং কুপ্প য়েংউবনা য়োশন্না খঙখিবনি।

# মাপলশুবা পন্দুপ

লাইরিক শঙদা লাইরিক পাগদবগী ঔরাইগদবগীদা তৌ-জরম্ব, মশানা শিঙ্গহ্না থম্ব লেবোরেট্রী কাদা চংখিবগা চানি থকসি তুমগনি কাওথোককন্ব, মরুপ মপাঙ লোনদিন্নবদা মতম মাঙহন্নিংদব মানা য়ুম মথাদা লৈনিংদবোইনা মবুক লাংঙকপা নোংম নোংমগী মহৌশাদগী তাইওন্নরকপা শাজত্তু উবদ মপা মাদা নত্তুনা মচিন মনাওশিং ফাও ঙক্করম্লবনি খঞ্জানরম্লবনি অহবু মানা পৌথোবকপা অহনা য়াম্না অকায়বা নত্রিব খদি য়েংনবা নত্তুনা য়ানিংদবা পামদবা উংলুবগী থৌনা লৈ-নদে। মরমদি মানা মপুক্লিং তানা লেপথ্রবদ পামদব ওই-দুনা তৌনু চংনু রারক তোইরুরিবনথৈ মনু' কম্ব ওইবনা হায়ন-ঙাঙনরুগদবগী পাঙ্গল শোন্থনখিবনি। য়ৈন শুবদা মীকিথা ওই-বস্থ নংলমদে মরৈ য়েংনবদগী শঙগংনরকপদা মমান্নবা কয়া মকোক থুগাইরুই মথক্কী অহন কয়া য়ৈনরুই মথোঙ হুক্কব মচাগীদমক থম্মোয় লাইমল ওইদবা কনা লৈ। মহৌশাদগী মচা পুন্নমরক্কী মনুংদা থোইদোক্ল নুংশা যিবদি জ্ঞানেশ্বর মথন্তনি মহাক্কী পুকচেল খঙবিবস্থ মপাতনি ফন মঙাওখিররস্থ মপানা মাবুদি শোগংলি। করিগীনো হায়ববু মাদি লাইরিক ঔরাইগ্রবদা মনাক্ত মী চংবা য়াদে অথেংবা অহিং লৈতে মুমিংযুংবা লৈতে য়োংমুক কন্বা অথাং কন্বনা বৃতি ফংবা ওম্ব ছাত্র ওইনা ওম্বসিনি। ক্লাস

মনুংদা খোইজংদব মানব লমহেন্নগী চৈ চাগন্ন ওঝাগী খোইদৌ শীকপা ছাত্র হায়বদো কনানো হওলবদি মহাকনি স্কুল পূম্নমক কী মনুংদা মানা তম্লিব স্কুলবু থরাইদ শক্লাকপা ভুম্নমু মাতনি। পরিক্ষা হাযদোরকপা মতম অসিদদি ওঝাশিংনা হরাওনা মাবু কোননী দবদি অতাংবনি মসিমক্ত মানা তৌবা থবক মানা চংপা শাজৎ কুপ্ন যে শন্ন নত্তনা খাম্মুবা থিংউবমতুদি পঙকল কল্লুদে হান্নবা যাই।

অহিংগী অমম্মু কযাম কুইনা তাংলৌ ওইবা য়াগদগে? হৌজিক্কী মচানুপা জ্ঞানেশ্বরগা খুঙ্গং মুপী অমগা কোইনিন চৎমিন্নৈ হায়বা মরি মথোং শীং শিংন মনাদ থুংগ্রে পাও অ সমক্ত আশা চাউনা থমজব মচাসিগীদমক মাইথোঙ লাংশনহল্লে রাখলনা শাগংলম্ন আশাগী দলান মথাং মথাং কীম্নহল্লে।

মপানা নাকোইননা লাইবিক লইশুরোমদা থঙশিন্দুনা কোইথোক চংথোক্লনবা ভাংই। মমাদি য়ানিংদবা উত্তুনা খেমবোই থিংবোই থাম্ন রান্নকচৈ অহুমকপু নিঙহন্নবা হৈতবা মচাগীদমক রাজৈ মীপাইনজে। অশুম্ন রানবিঙৈ চৈরক্ত পরিক্ষা হায়দোরকপগী ফল পাওজেল চেদা হাপনরকপতু য়েঙনক্লবদা জ্ঞানেশ্বরমু অরাংব থাক্কী কাংলুপ্ত মাইপাক্ত য়াওরম্মে। মতম খরগী মতুংদ মহাক কলকত্তদা অমুক চৎপা তাশ্রে। মমা মপানিদি ওস্তোক্ত শুঙাযজরে। জ্ঞানেশ্বরদি মাইপাকপগী ফলনা হরাওনিংঙাই ওইরবস্নু লমদম থাপ্ল লৈবী পূর্ণিমাগা অমুক ছায়হুনা উন্নরবোই খল্লুবদ কুঙাইরক্তে।

মরৈপাক খাদোক্কুনা চৎলমদাই নোংম ব্রাংলিঙৈ ব রক চেংপ পলেম পম্বৌগী মীংয়েং লক্কগী নাম্বোক্কুনা খুক্কং মাইকৈ পাংজরকই। মু'মৎ য়ুংব মতুংনি শঙবাব্রব কোয়ৌথক্ক লশিং মকোলগুম্ব অঙৌব লৈচিল মপৈ মপৈ তাওনা লৈ। লমশাং থৌরকপা গাড়িহু খোঙনাং মখোঙরাইদ খামলগ কুমথহুনা থোরকপা ঙায়হুনা লৈ য়াংনা থৌরকপা গাড়ীহু থাম্লমদাইদ লাকই তানবা খঙনবী ওইনা মখে'ল পীক্রুত্র নত্রগা অউবা অঙাং য়াওহুনা তমগুত্র ঙহাক লৈরগা পুর্ণিমাগা থাবলৈগা পুম্ন থে'রক্কুন ননাক্ক লাকই। নকশিন্নকপদ কৈদৌব লাকপনো নোক্না নোক্না হঙজৈ। উন্নবা অমুক ফংলরোই হাযহুনা পাও তম্ব লাকলিবা নোকলম্ব শকফমহু মীৎন কুম্লদ চিংমাংনৈ।

কদায় চৎলুদোইনো করি হুমিত্তগীনো হুংশা থিন্নপ তৌনা হঙই। কলকাত্তাদা অমুক লাইব্রিক মখা তমথরুগদৌরিবনি ংথোকাবা হুমিত্ত চৎপা তারে চহিদি কয়ামুক লৈগদৌরিবা? কুইরোইদ লাইবক ফরবদি চহি অমা মঙ'ই। খিত্তং মাঙজোননা তাক্লম্লবদি হুঙাইগদব। মতম খর থিম্বনা চৎপদো য়াবনি অহৃদা ইমাগা পাবাগনা সিদা লৈববুদি আদা অত্তম লৈরুবনা ফনিহ য়বদগী চংপা তারবনি, নং হুঙায়তব তৌম্নু।

মবানি ঙাংনবহু থাবলৈ অহৃম তাই অহৃম ময়েংই খুঙ্গা অচৎ অওকনা মখোয়না উথাদা ফমহুনা রারী শাব্রিবহু ফলপ ফলপ য়েংলমই। অমুক উন্নরোইদবনিনা ইমুংদা লেংশল্লুসিদনা সিদা অত্তম লৈবসিবু হুঙায়ব্রো মতাংসিদা থাবলৈসু তাদা

লেংশঙ্কুসি হায়না য়াপাংজরকই। মবানিনা হায়জবদো চংলুবদি য়াথনি অহুন্দা সম্নাঙ অমা লিংলিবা য়ুম অমা পাল্লিবনিনা করিনি হায়গদগে থন্থকুবদা চঙলুবা ঙমলোইদৌরে জ্ঞানেশ্বরনা হায় হয়েং কোয় চংবদি চংবনি হৌজিকমক হেক চংবদি মুঙায়র-য়োই ইমুংগী অহল লৈনা লৈনা থোঙ থাংজল্লুবদা থৌগল্লোন কায়বা থোকই অসিগীম্তু মথক্ত কনাগুম্বনা উথ্রগম্ব কজনিংঙাই ওইদে। মহাক্ত য়ানিংদবা উংলকপত্নদ কয় হায়শঙ্খ ঙমত্রে অহুনা উখাঙ্দ অহুম য়ারী শাহুনা লৈরে।

থাবললৈনা হায় তাদানা মীৎয়বাক্ত চংথ্রগদৌগনিনা খুঙ্গংদ লৈহৌরবী ঐথোয়বুদি কাওথোকপীথিনি করিগু নিংশিংবীয়ক্লোই দো কৈদৌনা কাওরুনি মুংশিনববু কাওনবা ঙমত্রনে শকথঙ-নববু নিংশিংনদবা য়াত্রনে অহুম হায়ব হৌনদে ঐদি নখোয়না লৈবা লম অসে অশুম মুংশিহুনা লৈরগদবনি।

তামথ্রগদব মঙোন্দ মতিক চাবমক নত্রবস্থ খুদোল 'মংত্ত তমজনিংঙকই লৈত অনংগা ওইবনে মাঙজোননা থঙলগদি পু লংহুনা থৌয়াংলমগদবস্থ থোক্ত পুক্লিংদা ওন্থোক্ত নিংঙম্বক্তবা ওইরে। পুক্লিংগী অয়াবদো চিথান লাক্লরকই কায়নরমদ্বাইসিদা করিগুম অমতং তৱ ঙম্বদি নুঙায়গদবনি মহুস্থ থোক্তেদো ঐহাক য়ায় মুঙায়তে ঐহ কপু য়াথঙদে হায়নদি থম্মীমু নিংব নস্তনা উপায় লৈতে মপুক্লিং ভিংনা ভাংঙকপা য়াহুনা জ্ঞানেশ্বর মদি শাওনিংব মুঙাইতব পুলে।

অহৃস্ব রাহু হায়হল্লিংদে কয়ারক হায়গ্রব নত্রা ? নঙদি অহৃত হায়নব তৌই। মতুনা ঐঙোন্দ কয়ামুক সুঙায়হনদে হায়বহু-মদি নঙনা। খঙখিদে ঐদি নঙবু নপুক্কিং শোম্বনবা নশাবু হন্থন খনহনব লাকপা নত্তে, কন্বিগীনো ঐহাক লাক্লগা নঙনা অরাব ওইরিবখিবু নহাকপু লাইবক ফবী ওইহনগে হায়বসিনা ঐগীদি লেপগ্রব রাখলনি অহৃবু ঐগী খঙববুদি নঙনা উবীদে। পুনিমা মরু লুক্ক খুজিল শিক্ক তুমিন্ন লৈ। "নচল হোইগীদি তাকপী-রিবহু লাইবক ফবা রানি, রারৌবিনু তাদা সুপীগী পুন্সিদে নিংবগী পান্দলদি ওন্থোক্ক কনহল্লি মনিং তম্বদি ঙমগন্দে অসি-গীসু মথক্ত খুঙ্গং সুপীনি মতমগী চংনবী চাওখৎপগী হৌনবী থোইনা খঙলু উক্কববসু নত্তেদো অপঙবা হায়বহুনা ঐখোয়গীদি ঈশিন ওইজরিবনি ঐখোয়না ঙাংজ শকচবদ রাহৈ কারন চঙ্ যাওগ্রবসু ঙাকপীহল্লিংই ঐখোয় পুনিমাসে খরখিং মশাকুন্থু হন্থনা লৌই মীঙমজদে হায়বমকসু ময়াই লৈত লায়র ওইবনরা অহুদি খঙদরে, থাবললৈ পুর্নিমাগী মতৌ য়েংনা হায়রক্তকই

অহাংবদগী পাইশল্লকপা উচেকনা খোংনাং মশাশিংদ তোং লরি। মশা খপ্পগী ক্র ক্র লাওবা মখোলসু তাই চিক্কবনসু লাংলৈ উথাদ মখোয় অহুম রারী রাতাই তৌনরম্বদগী বিদার লৌন-রকলে। গাড়ী তোংখৎতুনা জ্ঞানেশ্বর তুংগ্রম য়েংনা মথুং হাইনা থৌগ্রি। থাবললৈসু মথুং হায়না বীদাই পীহৌই॥ পুর্নিমাসু তাম থৌগ্রিব গাড়ীহু মুন্না য়েংহৌহুনা হঞ্জনগনি কাওথোকপোই লেপফৌই।

# তরাশুবা পন্দুপ

মৈত্রবাক থাদোকতুনা দমদম ইয়াব পোর্ট য়েৌবদ মকম অহুদগী ইউনিভরসিটি তাম্ন চংনব গাড়ী ঙহাক য়েংলিঙৈ তুংলোমদগী জ্ঞানেশ্বর বাবু হায়না মুপা'মগী খোঞ্জেল্লা কৌরকই হয় য়েংবদ মাই অনি মাইয়োক্লবদা নোকমিন্নৈ হোসটেল অম ওদা কা থঙনবা লৈমিন্নবা মরুপনি মখুৎ শোক্লহনা ৱারী তৌনৈ হোটেলদা চঙউসি হায়বদগী হোটেল অমা তম্ন খোঙনা লাকই।

নিপা অসি কেরেলাদগীনি মমিংনা বিশ্বনাথ কৌই। ক্লাস মেটনি অরৌবা বিষয়স্থু চপ মান্নৈ পদার্থবিদ্যা ঙাক্তনি হোটেলদা হেক ফমলবগা নিংশিংঙকপা ওইনা হায় "ঐনা লৈরিঙৈদ ইন্দিরা লাকলক্ষ্মী মহাক্না নুপাহুস্থ য়াওরকই। নঙবু উন্নবা লাকপজাংনি নহাকপু কদায়দ চংখিবগে হঙই ঐনা মহাকতী মন্নুমদা থোকখ্রি পরিক্ষা হায়দোক্লতুংদা লাক্লব য়াই খুমথি ঐগা ৱারী ৱাঙাই তৌরতুংদ উন্নবা লাকলক্ষ্মী তম্বীয়ু হায়রম্লগা চংমিন্নখি, ইন্দিরা হায়বসিস্থ ক্লাস মেটনি। ঈউনিভরসিতিদা তম্মীন্ননা লকখিবদগী শকখঙনখিবনি। মরুপ ওইনা তীন্নবা নুপীনি জাতিনা বেঙ্গোলিনি ইনডোরগেমদা বেটমিটন টেবল টেনিস শান্নব ফৈ। ঈরোইবস্থ য়াম্ন হৈ।। জ্ঞানেশ্বরগা তম্ভনা শান্নমিন্নরকই। মহাক অসি ঈনোক খুম্ব ইমুংগী মচানি। মপাহনা লৈবাক্ল মশক খঙনবা অকাওব কবিনি মমানা ওৱানি মচিন মনাও য়ামদে হায়না মানা পুন্সি ৱারী লিবদগী খঙই।।

উত্তর প্রদেশলোমগী মক ওইব লম কযা মবানি লম-কোইমিন্নরুই কাসমীরদস্থু মমাগা পোকমীন্নবী মদোমচা লৈ। মতুদা পন্দুনা নোংমনা পাত্তা হাউসবোট তোংহুনা ঈপাক্কী নিংথিবস্ত য়েংউই। নোংমনা মোটর বোটত মবানিতা তোং-তুনা ঈয়াংদা কোইহুনা শান্নরুই। উন্ন কুপ্প চিংমাইদা উল্লক্কী লম্বীদা স্বী তোংহুনস্থু শান্নরুই। ডারজলিংদা লৈবা টাইগর হিলদগী নিক নিক লাওনা উল্লক্ক থোরকপা অমুক্কী পুকনিং হুব কোরৌ মশক য়েংউই অসিদ নত্তনা অন্দ্রা প্রদেশ লোমগীস্থু মবানি লমকোইমিন্নরুই।

ইন্দিরাগা পোকমিন্নবী মচেহল লৌবা মতৈগী য়ুম মাদ্রাসত্তা লৈ॥ মতুদা পন্দুনা ভারতকী ফজ-ফজররা তির্থ মন্দির কয়া কোইনা চত্তনা যেংউই মতু উবদা ভারতপু লাইরৈবাক্কী ম-শকনি হায়দবা খক ঙমদে। কৃষ্ণকুমারী যৌনা চংলুবদস্থু নু-মিংনা ইরোনন্নুংদ লৈথখিবগী নুংওলনিঙাই ওইব দৃশ্যস্থু য়েংঙকই।

মসিদা চংবা খরচত্তি ইন্দিরানস্থু মপুথোকই অতুগা হেন-দোক্ক চাদিং তৌবদি জ্ঞানেশ্বরনা অযাম্বনি। ভারত্ত লমকোইব অসিনা জ্ঞানেশ্বরগীদি অহাম্বনি ইন্দিবাদি হান্ন কোইক্ক চংলুরব ঙাক্ক ওইনস্থু তৌই। লমকোইনিংবা জ্ঞানেশ্বরনা অপাম্ব ফোং-দোক্কপদগী মনিং থুংহনিংহুনা ইন্দীরানা খোঙবু লমজিং ওইবীখিবনি॥

লমকোইবা হায়বসে মুণ্ডায়বত নত্তনা মহৈ মশিংদস্থু কান্নবগী চাউরবা শক্ককনি হায়বা মশানা হকথেংনক্কবনা অমুক হেন্ন

শকখঙ ঙকই। ইমা মপানা পীকইদৈ হেক হেক পুবিদুনা সে নেমা য়েংঙকপা মথক্ত চপ্তুনা যেংবা ঙম্নকপা মতমদুদগী হৌনা ফিলমদা উৎপা চিং তুরেল পাং সমুদ্র সহর খুঙ্গং কারখানা খোনি ফজ ফজরবা লমতু অঙক অঙকপা বিজ্ঞানগী পোং-চৈ উক্লবদগী চত্তুনা য়েংনিংব ৱাখলনা পুক্লিং মশা পাল্লকই খোঙনা য়ৌক্লবদি ঙস্স নত্ত আশা তৌক্লবতা মতাই ভাবনা মঙলান শাগৎচক্লবদা মঙাই অশুম্ন মতম কয়া থন্ন থন্ন পাংব ঙমদ ঙমদ মরেল্লকখিবনি।

মপানা ক্লাস টেন লাম্বোক্লব মতুংদা কলকাত্তাদা থাদুনা মহৈ তমহনখিবা অদুদগী ইন্দিরাগা থেংনদুনা মরুপ শাম্নখিবা অসিমক্কা মতম কুইনদগী মংলকপা ৱাখল-মঙলান পুম্ব মঙফাও নখিবনি। পোক্লফম তীম্নদবা জাতি মান্নদবা মবানিনা লম-দমসিদা থেংনদুনা অমনা অমবু চান্ননা মরুপ শান্ননা লোই-নরিবসি অস্তম খস্থরুরগদি ঙম্বোক্ল ঙকনিংঙাইনি। মবানিগী মতৌগুম পৃথিবীথক্ত মরুপ শান্নবস্থ কয়া মরৈরমগনিকো! লমগী চেক্লা অমগা লমগী পোম্বী অমগা মবানিগুম মচান্নরিগদ্র?

নোংমা মযুমদগী চিথি অমা লাকতুনা মযুমদা চৎথি মুমিত্তু জ্ঞানেশ্বর অমস্থং বিশ্বনাথ মবানিনা রেলরে ষ্টেসন ফাওবা থিন্নীক্লবনি মুমিং থরনিগী মতুংদা চিঠী অমা জ্ঞানেশ্বরগী মীংদা থুংলে। শেগাইদুনা ফাক্তোক্লগা পাক্লবদদি ঐহাকপু য়ুমদ কৌথোক্লম্বদি অংত কবিস্থ নংলমদ্রে ঐহাক লুহোঙনবগীদমক ঙইরম্লে। বর ওইগদবা মহাকস্থ লাইরিক তমমিন্নরকপনি।

লাইরিক তম্ন তম্ন ইবানি নুং শনরকপনি ॥ অহন মশেনস্ু য়াই লৈবস্ু খুনশা অমত্তুদনি মানা নেভী কেপতেন হেক ওইবগা ঐবু লৌগনি হায়খি। ঐনস্ু অথিংব লৈতনা য়াখি। অথুবা পাম্বদগী লুহাংবগী থৌরাং অসি অশুক থুনা লাংলম্বনি ঐগী মুণ্ডায়রবা লুহোংব মুমিৎ অসিদা মরুপ অনিস্ু য়াওজহন্নিংবনি অদুবু ঙমখিদ্রে মসিদা ঐহাক য়াম্নমক মুণ্ডাইতে ৱাবৌন্নুকো লাপ্ন খুক্রুমজরি।

নঙ ঐ লোইনরকখিবা পুন্সিদো মুংশিদ্র? তাম্ন তোপ্ন তাহৌরংদো অমুক লাক্লরোই অমুক ফংলরোই থল্লুবদা থম্মোয়সে ওস্থোক্ল ৱাহল্লকই দিপানিতাগী মৈঙাললক্ত চৎমিন্ন- খিবদো হোলিগী পেচকারী মচুরক্ত নোকমিন্নখিবদো লোইরোই লোইরোই তাম্ন উবা চিংনা মুংশিনা উবদৌনা পুক্লিংসে ওন থোক্ল মুংওললৈ। নঙনা ভাষন পীনা ঙা বা নঙগী ৱাঙাং নাক- য়েৎ ফমমিন্নদুনা হিরম কয়াদা নৈনদুনা ৱারী শানা শুমহৎচ- খিবা কয়াদো তাবরোইদো ফংলরোইদো মসিগী থল্লুরগদি নিপাগী পুন্সিবু কল্লকচৈ ঐহ ক মুপা ওইনিংঙকই।

ঐনা লৌশিং নিংথিনা তারকপদ বিজ্ঞানগী সভ্যতানা মা- লেমথক্ত ইচাই চাইনা লৈরম্লবা মরকসিদ অঙকপা অকিবা পোক চরম্বদো নংনা কোকহনবিখিবনি নংতবু থম্মোয় পেম্ন থাগৎচনিংই। থাগৎচবস্ু থম্মোয়মুংদনা অয়াম্বনি চিন্নান লানখিবদি খরতনি নঙদি ঙাংথোরকপা ৱাতাসু শাস্ত্রগী ৱাহৈ ৱাতাগুমই। পণ্ডিদকুম

হৈখোই শিংথোই। অঙাংগুম্নসু চুমই অহনগুম্নসু খোঙ্গল তঈ নঙদি মুপী নহাসু মীতাগন্দে ঐদি নঙগুম্বা মুপা পুন্সিসিদা থেংন রকত্রি খঙচান্নবগী লম্বীদা অচৌবা মীখল কয়া মগুন চেনবা মীশক কয়া গুরু কয়া থেঙ-রকই অহুবু নঙদোনা তৌবা মুপ'দি খক উরক্কে। নক্লরিঙৈদ খঙববুদি লাপ্নরকপসিনা নংাকপু অমুক্ত হেন্ন খঙলে। নহাক্কী দর্শনীকনি বিজ্ঞানিকনি সাহিত্যকারনি নঙোন্দা অথোইবা গুন য়াওদবা লৈতে পৃথীবীদা নঙনা লাকপগী ১রম চাউনা লৈরমগনি খল্লি।

নঙনা হায়খি ওঝা হায়বহুদি মশাদা য়াওবা মহৈবু য়া কায়হন্বনি লমতাক উৎপনি,, খঙহৈবা হায়বহু'দ মশাগী রাখল শুংদা লৈবনি জগৎসিদা মশানা মশাবু তম্বীবা ঙম্ব হায়বসিদগী হেন্ন ফবা ওঝা লৈতে অহুগা নশাবু নপুক্লিংনা অহুক্কী মতিক রাংনা থাংগৎলিবমথৈ অতোপ্পবুনা পীক্ল উনি নশ'বু অশুক্কী মতিক হুন্ন লোকখাদা হুন্থরিবমথৈ অতোপ্পহুনা চাউনা মউনি নশাদসু অচৌবা অমা শাগোল্লি অতোপ্পদসু অমা লৈ খঙ্ব ঙম্নবদা পুন্ন-নমক চপমান্ননা যেংবা ঙম্মকই অসিগুম্ব রাঙাংশিংসে নিম মচুগী ঈপাক্কা শঙবান্নবা অতিয়াগা চিনদিন্নকম অহুদগী নঙনা ঙাংলকপদোনা তাই কাওবা ঙমলক্কে পুন্নমক কাওদব ওইসনু নঙগী লাইরক লম্বীদা য়াইফ পীনহৈবী মঙালনা মতম চুপ্পগী ছাশ্বীসনু ফরে লোইরগেকো বিদায়

মতম অমগীদি মক্লপকী মরাহৈ ঙসিনা য়ুমপাল্লবী অমগী মপাও মুমিৎ অহুদগী হৌনা পুক্লিংদ মুতক মুংজানহল্লে।

পূন্সি অ'নিনা তাইবঙলক্ত লোইনজরঙ্ক অদো লম্বী লমখায় লম-লোংদা ময়ুম পাংবা গাড়ী ঙায়নরমগুবমই। কায়ন ঈচেলনা তোইরৈ লাম্ন তাম্নগ্রবদা মুংশিবগী নোংলৈ অমনা থম্মোয় ফুক্ক-দোবগুম তোইনা হুমলৈ। অহিং মুংথিল 'নিদা রেল গাড়ীগী খোঙ্গেললক্ত অলাংবদগী মাবু কৌথোক্লকপগুম মতৌরৈ। মহৌশা দৌনা সরাবদ্র খল্লু লাকপদি মবাকপীদ মরূপ মুংশিবগী ব্রাখল্লক্ত কঙাওনহৌই। মসিনা পূক্লিং শান্তী ফংলক্ত্রবদা ময়ুমদ খোরক্লুনা লৈখিবনি। নত্রবদি অতুম লৈবা য়াবনি য়ুম্নু থোইনা মুংশিগম্ব মীম্নু নত্তে। জ্ঞানেশ্বর বিশ্বনাথ মবানি চাবা থকপা লোইরবদ ব্রারী শানা শানা হোটেলদগী খোরকমিন্নরে।

## তরামাথোই গুবা

সমুদ্র খোঙবান্দ ফমমিন্নহুনা ব্রারী শারিঙৈ ইন্দীর'না হঙই মীওইলক্ত কনামনা লাইবক্ল কল্লি থাঙনৈ কনামনা কর্ম্মনা ক'ল্লিম্নু মতাকনৈ সিবু কনাই রা লৌরগা অচুম্ব ওইগদগে? "মৈনা মৈশাবু থাদোকপ্র থাদোক্তে মৈশানা মৈবু হুন্দোকপ্র হুন্দোক্তে অতুগুমহুন মীওইবা হায়বসে লাইবক অমগুং থবক অনিনা থান য়াদনা শেম্ব নোংদমনি। লাইবক্ল কনামবু ম্নাশংঙ্গাইমুংদা পোকলি কনামনা অনং থাংপোক্ত চাওব্রি মুঙায়বগী মপু ওইবা কনাই মকমদনা মচা লন তাংবম্নু য়াওব্রি লৈত লাইর কনাদনা মরাং কাইনা লৈহুনা শেম্বী শাবীবা ঙমদনা লৈনব্রি গুবা নোম্ব কথ কনাদগী

ইনোম নোমদনা করিগুম্বদগী ৱাক্ত পাদ পানখিব মীস্থ মথেংনৈ। মীনাই মীশন লৈবা দলানগী চেকযুমদা লৈরম্বনস্থ করিগুম্বদগী খওনং নংথখিদুনা খাওপোক ওনখিবস্থ ময়াওই অহুনদি ঐখোয়না লাইবকপূ থাজদবা য়াখিদ্র মীৎতাংবনা অয়েংবগী থবক তৌত্র মনা পওবনা ঈশৈগী ৱাগদ পুক্সিং হুত্র সিবু থাজক্লবা মীন' লাইবক্ল কল্লি করম হায়বোইদগে মসি ওই হায়দুনস্থ থবকপু তৱাইনহেক খন্দোকপস্থ চুমদে মীদি মানা মানা শীস্থাবা থবকী মহৈ চাই মশা মশানা শিঞ্জবা শিল্লয় শীস্থাগী মীংচৎ শল্লি জগত্ত কনামওনা থবক তৌদনা লেনব ওইথোক্কে। অউবা মীৎপু কয়াম কুইনা মীৎতাংবা শাবা ঙমনি। মথোঙ পানবনা খোওত্তেকপা ওইবা কয়াম কুইবা য়ানি লাইবক মথন্তনাদি লেপ্প ঙমদে থাজবনা কর্ম্মনা কল্লি করম মশোম্নরোইদগে লাইবক্তগী থবক থবক্তগী লাইবক লাকপা মশানা তাবনি।

সমুদ্রগী নোমহৌ নোমহৌ ঈথক হৌবাহ্ পাক শন্ন য়েংউ-ৱগা পুক্সিংদা ফাওরকপা ৱাখল ফোংদোক্লনা অমুকা হওই পৃথি-বীথক্ত লৈরিব বিজ্ঞানগী পোৎথেক মপৈ মপৈ অসি উবদা ঙকপগা প্রকৃতিগী শক্তমসি উবদা ঙকপগা কনানা হেন্নগে করম্ববু থোইদে'ক্ল পাস্মুফম থোকপগে ?

য়েংউ, সমুদ্র ঈপাকলেন লাম্নব হিন্নেল জহাজ, ইরোন লম্বী চেনব সমারিন নোংদোন মালংপান্দ পাইনব এরোপ্লেন জন্নং গুন্দ্রং কোইনবা গুন্দ্রং জহাজ ঈশ্বরনা থনমদে। লৈরমদব

পোৎ পুথোক হৈব জ‍ৗবদি মওইবগী লৌশিংরেম্ন অথোইবনি লৈজরম্নব পোৎ থীরগা লৈরমদবা পে ৎ পুথোকপা খুৎশেম উবদা হেন্দোক্ল ঙক্তনিংঙাই কৱি লৈ। পৃথিবী পুম্বগী খুদোল ওইবা বিজ্ঞানিকশিংবু জাতি খুদিংনা ইরাৎ চনিংঙাইনি তৌবতবু সভ্য-তাগী তংবন্দ ন্নুমিৎকুম ঙাম্হোইরিবা পুম্নমকসে মালেমগী পোৎ চাক য়াওদ প্রকৃতিগী মতৌ তমদ করি পোৎপু খুৎশেম্বগে ?

শা ঙাদি খুৎলাই মতেং লৌদবা য়াই,মীদি খুৎলাই মপাল তাংদবা য়াদে শাগীদি মশাদা শাগোল্লকপা কয়াৎনা খুৎলাইমক ওইবদা মতিক ওকনৈ। মীদি থোঙ খুৎ চিন ঙাক্তনা খুৎলাই ওয়বা ঙমদে অহুনদি খুৎলাঈ শানিংবগী শীজন্ননিংবগী নেশা মীনা কাহেন্দনিংঙাই করি লৈ। মচাক কনানা পীবা তাই কনানা তাকপা তাই মহৌশা মানা পীবা মানা শীন্তাকপা নত্তনা জগত্তা কনা লৈ। কনাস্থ লৈতে বিজ্ঞাননিকী মফমদদি মহৌশানা খ্বাইদগী অথোইব লাইরিকনি অমস্থং মহাগুরুনি অহনা মহৌশ বু হেন্ন ঙক্লফম হেন্ন পাম্মুফম থোক্ত্র।

রাজনিতিগী ৱাখললোনগা বিজ্ঞানগী লৌশিং লোনগা কয়াম নক্ল মরি লৈ থাদোক্লবদা করি অকায়বা লৈ কনানা হেন্না শক্তী পায় ?

য়াইফ লৈবাক চাওখৎপা সমাজ লৌশিং শীংবা নোম্ব কন্ন পুম্নমক অসে জাতি জাতিহুনা লৈবা লম লৈমাই ঈশিং ন্নুংশিং অইং অশা ঙম্নমকসিগী মথা পোল্লি সংস্কৃতি সভ্যতা পুম্বা

ভৌগলিক শক্তমদা তাংদবা য়াদে। মহৌশাদা য়েংলবস্থ অমম অঙান কালেন নিংথম য়েম্লিংথা নাকেস্থ ওম্ন ওম্ন শাসন তৌরি হকচাংদ পান্দুনা য়েংলবস্থ লৈহাক প্রজানা হকচাংনি লৈবাক নি'থৌনা থরাইনি অনিদ নত্তনা শুন্দ্রং পানগী সৌর জগৎকী কুপ্লবা কাংলোনশুনি। মথোয়না কায়রকপদা মাঙনিংঙাই মশক্তি মীওইবস্থ রাজনৈতিক জিব অমনি মীদি থম্নু থমখো তীনগী জাত্তা পোকপা ককচেং হয়িংখোইনা মহুমবু ঙাকশেল্লিবহু কয়াদ হৈশিংগ্রব লৈঙাক পথাপনো! লৈঙাক লৈবা ত ই শেম্বলিংবা তাই হিংবা তাই। থুংশা হৈবদগী থোকপা পোংথোক লৌউ শিংউবদগী থোকপ চাথোক অনিনা খল মান্নরবদা শেম্থোক ফবা ওইবগুম বিজ্ঞানগা রাজনিতিগনা চা'ম'ম্নবগী থাক য়োবদা। য়াইফ লৈবাক ওইদনি'ঙাই করি লৈ অনিমক সেবা ঙাকনি থানবদ মাঙনিংঙাঈ ওয়বা তাবনি।

চুমই, অমত্তংগা হঙজখিগে কলাগা বিজ্ঞানগস্থ নাকযেৎ থাংবা খোঙথাংনি ঐস্থ লৌজৈ। অহুবু মহৈ মশিংগী থাক অশুম কাথংলকপদা কলাগী ছাত্রগা বিজ্ঞানগী ছাত্রগা মগুন হেনবা হেন্দবগী অঙম তান্নবা মরৈ কয়া য়েংনবা তত্তনা থেংনজরকই মসিবু কনানা মগুন হেনব কনানা হম্বব কনানা মংক থোংব কনাগীনা মথা থাবা তাংদাংবহু হায়বিয়ু। অনিমক অমগী মথাস্থ থাই অমগী মথকস্থ থোংই শানবা য়াদনা থাবরোইদব সংসার নিত্তিনি। কলা হায়বসিস্থ প্রকৃতিগী মতৌ তম্বনি বিজ্ঞানস্থ

মওং তম্বনি তম্বদা মায় মায়দব রাজনি অমনা ভাবনা শাব ছুগী ফজবা নুঙায়বা কান্নবা শীম্ব থৌওংছুনি খুংশেমছুনি অমনা মওং তম্ব ভাবনা থিরুবগী তাংদাংব রাখললোন্দুনি অচুম্ব পোং শক্কুনি কলা য়াওদবা বিজ্ঞানদি মমিং পাম্বগুম্বনি বিজ্ঞান লৈতব কলাদি মনা পান্দবগুম্বনি অমরোমদ অঙ্কাগী দশন শাস্ত্র চংদব বিজ্ঞানস্তু মরোল থোক্কবগুম্বনি অছুগা জগংসিদা শীনকম অমদা শীগুনবদি হিরমছুগী কান্নবা চাওখৎপা পুথৎলকপা য়াই। শীনকম অমগা শীনকম অমগা মুক্কবদি অছুক কান্নবা হেল্লক্লোই ফজফমস্তু লৈরোই।

তুরেল কয়াগী ঈরোকফম মালেমগী লাইজ ঈচুপকম সমুদ্র মানা ওইবগুম তাইবঙদা পাল্লিবা কলাগী কলাক্ষেত্র, বিজ্ঞানগী জ্ঞানক্ষেত্র, রাজতন্ত্রগী বাজসভা ধর্ম্মগী ধম্মক্ষেত্র, শান্নরোইগী শান্নবুং, লল্লোন ঈতিঙ্কী লল্লোনফম, মথোয় পুম্নমক্কী থবক শিনশঙ পৃথিবী থক্কুনি। মৈ ঈশিং নুংশিং লৈবাক অতিয়া মঙানা পাম্ব জগৎপু মালেম মীঙ্গৌনৈ অমা রাৎপদ মীঙ্গৌনখিব্র? নুংশিঙ মনিল কয়া নুংসাদ মচু কয়া পোয়াৎয়ান পোৎতিম্নরিবছুগী ১না মচলগী কান্নবা পীব্রবদ মীংথোল কাইরোইদ্রে? জীব জনতু হিংবদ চংবা দরকার ওইবা মচাক চেন্দ্রবদ পৃথিবী কৌবা গ্রহ সিগী কোলোম্ন মাওলোইদ্র।

মপাল তাংছনা পানব তাইবঙপাননি সংসার বিষয় পুম্নমক্কী অমত্তা ওইবদি তাইবঙ মালংপানগী মহৌশান্নুংদগীনি মঙোম্বগী

থোরকপা মঙোন্দা তীনশিনবা ঙাক্তনি তোঙান তোঙাম্ব মথৌ মশক্তম মমিংথোল থাইনবগুনি।

নোংমনা লাইক্তমলেনগী মচি ১দা তির্থ যাত্রিক য়েংনা য়েং-না পৃথিবীসিদা ধর্ম্মাগী রাক্তম বিজ্ঞানগা রা অনিসি মীনা অচান মীরাই থাইনবা থাজ থাজদ পোক্লবা রাঙাং অশুক্কী মতিক খে-ননা তাই করিগীনো? হঙই লম্লোথ্বনা তাইবঙবু কৈথেল লমলেন পুংনি; রষায়ন হৈবনা মালেমদি সোলুসননি লিলা-কারনা লিলা ফস্নাকনি হায়ন্রকপদ কনানা কক্লুবা ঙমনি মীনা মীনা থাজবা পুবা রাখলতুগী মাংদা শকলোন পুবী মালেম কৈমনা চাম্রনা লেপ্পীব মঙাই। সংসার হায়বসিস্থ অফ ফক্ত অনিত থংনব নক্তে অফব মশেনস্থ অহূমক মুকনৈ মসিদ থোইনা রারৌনিংঙাই লৈতে।

পুন্সিগা নক্লবদি ধর্ম্মনি, ধর্ম্মাগা নক্লবদি পুন্সিনি, বিজ্ঞানগা নক্লবদি মহৌশানি, মহৌশাগা নক্লবদি বিজ্ঞাননি সাধু শ্বামীনা মাম্বাগী অমস্ত মরক্ত অচুম্ব থিবদি আধ্যতমীকী জ্ঞাননি বিজ্ঞান নিকনা মহৌশাগী অঙকপা লৌশিং লাংলক্ত অশেংবা থিবদি মহৌশাগী মনুং মপাল, থক-খা আত্মাগী অহিং হিংদ অহূবুনি। সাধু শ্বামীগীনা আশ্রামনি বিজ্ঞাননিক্কীনা চাংয়েংশঙনি।

বিজ্ঞানগী শীন্দমলোইদি যুস্থান-য়ুমদ সমাজ য়ুমফমদ লৈবদ খুদোং চাই। চাওথংনিংঙাই শোগংনিংঙাই অহূম মওই। সাধু শ্বামীদি মসিদগী থাপতোকলিবমখৈ মঙাম্ব মাবু থিবী করিগীদি

খেংন রাইদগে ? পোৎ খুদিংমক্কী লৈফম, তাংফম থৌদাং অমমম লৈ। পৃথিবী গ্রহস্থু সৌর জগৎকা ভুত্রং লম্বীদা তাউনা লৈ। সৌর জগৎস্থু থরানমিচাক্কী জগত্তা লৈ। পৃথিবী গ্রহদ থব্বাক্কু পানব জগৎ লৈ। সিবু ঙাকপা পুবা লমজিংগী লিচিং অম্মা লৈফম থোকই সিবু ধর্ম্ম কৌই।

ধর্ম্মদা জগৎজিব লৈ। হিংসা অহিংসাদা জগৎ জিবনা হিংই। বিজ্ঞান হাযবা হিরমসিমক ধর্ম্মনিতিগী জগৎম্নুংদা য়াওবা শক্তক অমনি লোইশঙ অমনি পনবদ অকাযব লৈতে। টেকনোলোজিগী সভ্যতাদি বিজ্ঞান্দা লৈ মানব ধর্ম্মগী সভ্যতানা ধর্ম্ম শাস্ত্রদা লৈ। মানব ধর্ম্মনা অধর্ম্ম অহিংসানা হিংসা ওল্লকপা তারবদি টেকনোলোজিগী জগৎ অসে পৃথিবী মথক্ত কৌস্থরকপদ থিঙনবা উপায লৈতে। মানব ধর্ম্মনা অচুম্ব, নুংশিবা মরিক চুম্ব পামেল ওইবিবমখৈ খোইথুম্নবা বিজ্ঞানগী মহৈ চাহুনা মালেমনা নুঙায়জগ দবনি মানব ধর্ম্মানা মরাই চাইথনা মাঙব তাবদা বিজ্ঞান্ন শৌগংপ ঙংদি ওইথোক্তে মানা ঙম্বদি প্রকৃতিগী অন্ধবিশ্বাস অমম্ব য়াথল পৃক্লিংবু লৌশিং মঙাল পীবা থুঙ্গংবু সহর ওস্থোকপা অরাপ্পা লমবু নকহনব অথাপ্প শক্তম মপাও নক্ত উহন তাহনব অসিনি।

পোৎপুথোকপদা মাইপাকপ ঙাক্ত বিজ্ঞাননিক ওইবস্থু নত্তে। মহৌশাগী তত্ব হিরম অমমমদা থবক ওইনা পুথোকপা য়ামকা কাংলোম পথাপ মাহৌ য়াপুথোক থনম্ব দর্শনিক কয়ানা ইংগ্ৰী হাসকী চেনারক্ত মমেক ভানা লৈনরি। মখোয়সিগী মমল য়াম্ব

খুদোলসিমক য়াওরমগ্রবদি বিজ্ঞানগী সভ্যতাদা মুমিং থোক্লমদ-বমক য়াই। মীওইবগী অখণ্ড অহৈদগী শেম্লক শারকপা শীন্থা মীরমদ খুদোল পীরম্ব; শীদ য়াই ওইহৌবা থবক থৌরম পুম্ব খুংথাং নাইনা খুংশেম্নরম্ব মীথাং নাইনা মীথঙনরম্ব সভ্যতা গ্রাকনি।

নোংমনা লম্বীগী মতাই উপাল পরেং হৌব খোঙলম্বীদা চংনা চংনা লম্বী চংপা য়েংনা য়েংনা ব্রাথল মুম্না থম্বক্লবদগীরা মীয়াম উরগা অঙকপা ফাওরকপনরা রাহংঙকই চংলিবা মীশিংসে মখোঙ মখুং মমিং মমাই চপচানা মপান্নরি কনানস্নু মখোঙ অহুম হেন্ন পানদে কনানস্নু মকোক অনি হেন্ন পানদে মী অমগা মী অমগা অশুক খেংনবা জাতি অমগা জাতি অমগা অশুক মান্নদ্রিবসিবু করিগীনো?

নঙসিস্নু অঙক অঙকপা ডাক্তহেক মহংইদা নঙনা হায়রিবহু-বুদি মানৈ অহুদা শকওং শকফম খোঞ্জেল ব্রাঙাং পাঙ্গল লৌশিংদদি মান্নদেদন', কর্ম ইন্দ্রি জ্ঞান ইন্দ্রীনা পুবা চংপা ডাকনি ভৌথোরকপা থবক চংথোরকপা শাজংতদি অহুম মখেংনৈ। মসিমকনা অচুম্ব ওইরত্র হায়রগস্নু লাননিংঙাই নৈ। মরমদি থম্মোয় চান্নবা শিনফম ভীন্নবস্নু নৈ অশুম্না নৈ হায়হুনস্নু খঙবা নৈবা ফবাগী চাংদি খেংনদব নত্তে, "খেংনবন শেম্ব তইবঙনি খেংনবা কোক্লাইনা পুম্ব পুন্সিনি" হায়বদা হায়মনব থোকলোই। খুংশেমসিমক্লনি জগৎ অসে অঙকপগী মশকনি হায়দব ভন্নদ্রিবসে!

ইলেকত্রিকী থাংমৈদি থাঙ্গংপা মুখংপা অনিমক লায়না পংংথোকপা য়াই এরোপ্লেনস্সু নোংথক্ত পাইবা লৈখাদা তাবা অনিমক শীম্ব অত্থম ময়াই মীনা শেম্ব খুংশেমদি মীনা শীনব ঙমই। অমরোমদা বসন্ত হেমন্ত পোইন্নু কৌনিংব মতমদ কোব চংহুন্নিংব মতমদা চংহুম্ব য়াগদ্র হুমিংপু থোকহন্নিংবদ থোকহম্ব তাহন্নিংবদ তাহনব ঙমগদ্র হৈপাল অমত্তদ হৈখল নাইনা পানহনব হৈক্ত মখল অনিনা হৈপান অমা শেম্ব লৈপাল অমত্তদা লৈখল য়ান্নলা শাংহনব, লৈক্ত মখল 'নিনা লৈপাল অমা শেম্ব শীথাদি বিজ্ঞাননিক্ত ঙমথিবা য়াই। হৈ লৈ হায়তুমক শাবা ঙমগদ্রা? ফো অমগা ফো অমগা ভিন্নরগা তোঙানব ফোপাল পুথোরকপস্নু য়াই ফোবুদি শাবা ওইথোকদ্র?

ভৌতিক জগত্তা হকচাং অমত্তদ য়াওবা থব্বাই থোপ থম্মোয় মখোয় অহুমগী শক্তীদগী তোঙান তোঙায় শীস্থানরি মখোয় অহুমগী থৌদাং ইন্দবা কনা লৈ। সাধুগী হকচাংদস্নু বিজ্ঞানীক্কী হকচাংদস্নু রাত্তনা চপচানা লৈ। তৌবঙম্বা শক্তীদি কয়াদা খেংনরবা কয়াদি ঙক্লবা! নঙস্নু খন্দুনা য়েংউ থম্বাল ওইরস্নু শীঙেল মখল নাই। লৈশাং লৈনরবস্নু লৈওং লৈতৌদি মখেংনৈ, হৈনৌ পামেল ওইরস্নু তাউজিং মখল থাই তাওজিং মহাও 'ভিন্নরস্নু তোঙাননৈ অসিগুমহনা অহুমসি চপ মান্নলা লৈরগস্নু মথায়নরিদো। শক্তী হায়বা রাহৈসিগী মগুন খঙনিঙনা লৈরম্বগী পম্মোরকপগা তানচাক্তহনা মখা শমথনা হঙই। তাকপীথিব পুম্নমক জ্ঞান তাজরে। অহুবু শক্তী হায়থসি লাইথিক্ত তমলিমনি মঙাল

খোঞ্জেল বিজলি য়োংচাধী মখল কয়া থোক্ল নৈনরিবনি অহুবু শঙৌগী হৌরকফমনা কদায়দগীনো পুন্নমক্কগী অথোইবন করম্বনো ? শক্তী হায়বসি তাকপদা লুবা রাফম অমনি ঐনা হায়বদা নঙনা থাজদবস্থু য়াই মরমদি মশক উদবা মফম খঙদবা তৌবঙম্ব মতিক নৈ খঙবহুবু শক্তী মীঙ্গৌনৈ। শক্তী অহুমখক্কন মচংলেননি মহুদি সৃষ্টী, আত্মা পিতৃ মাতৃ অসিনি হৌরকফমদি মহৌশানুংদগীনি।

নোংমনা শান্নবুঙদা অঙাং ময়াম শান্নবহু য়েংলুরগা খঙনিংব অমা য়াওনা হঙই পীকলিচৈদ মানা মানা ওইরক্কদবা ফীভম য়েংলগা খঙনৈ অহন লমন হায়নবসিবু চুমত্র ? খন্নব য়াবা রাফমনি অহুবু নিংথাখক্কী নারাদি তুংদা ওইগদবা ফীবম খঙব লাইনা থোক্কে মরমদি নৈনম চাউবা নৈ ওইহুনস্থু নৈখোক্ক নৈ পোম-লিচৈ নৈনম শনদে। পোমশাং নৈনা ফম্ব হৌবপদ নৈনম চেম্বদি হৌনৈ অসিগুম্ন ময়ামদগী তোপ তোপ্ন তৌথোরকপা মওং রাঙাং শাজ্বংতা গুণগী নৈনম চুরকপনা মথি ফোংলকপদগী থঙন রানি মসি খঙবা হায়বসিস্থু অপঙব মমা মপাগী মফমদা ওইদে। মীয়েং কুপ্প শাস্ত্র জ্ঞান হৈবা চংই।

ফন লোত্তুনা তাশন্দুনা লৈহুনস্থু মী 'মগী মতিক ময়াই হেন্দোক্ল উংথোকফমদি যৌবননি থৌনা ফবা থবক লৈবাক-নিংবা, কবি, কলা, বিজ্ঞান সাধু স্বামী থোইদাকপা গুণশিংসিনা ইচং থৌনা য়াহৌরকপদি য়ৌবন ঋতুসিদনী অঙাং ওইরিচৈ াংফমদগী যৌবন ওইব তাংফমসিনা খ্বাইমক্কগী অথোইবনি।

বসন্তদি য়েন্নিং হুনহন্নতনি লৈশাং মপুং তমহন্নতনি লৈনমদি নুংওলবা য়াই নুংওসদবা য়াই মতুদি লৈয়োম লৈশানুংদগী মথন্ত ফুদোংজরক্কদবনি অসিগুম্ন যৌবনস্থ শমু লৈশাং য়েন্নিং হুমহন্ননি কয়াং লৈনা মপুং ফাহন্ননি শমু কয়াং শীঙেলদি গুণ চেন্ন য়াই চেন্দবা য়াই মতুদি শমু মপোক লৈশানুংদগী মরোমদোম শল্লক্কদবনি।

নোংমনা কা অমদ পুন্ন ফমমিন্নহনা জ্ঞানেশ্বর ইন্দিরা বিশ্বনাথ মখোয অহুম নৈন-ৱারী মথেল পুথোক্লহুনা শান্নে মতুদা বিশ্বনাথনা হঙজরকই মশাগী ওইজবা থীগনবস্থ মীনা তাথিনৈ থাদোকপনা ওইজবা মাংই অহল লমন্ন মচৈনৈ অতু ওইরবদি মীনা পুন্সি লম্বীদা থাংগদৌরিবা থোঙথাংসিবু কৈদনো? ৱাহংসিমদি মতিক চানা পাওখুমনিংলুরমানে, ইন্দীৱানা খুল্লকই ওইজবা থিবা সংসারনি ওইজবা থাদোকপা তাইবঙনি মরৈ-বাক্কীদমক খ্বাইদগী ওইজবা তানব নুপা নুপী অদো লৈবাক্কীদমক খ্বাইদগী ওঈজবা থাদোকপা তাই। ওইজবা থিবদা কৈরোই লৈকাইনা নুংশিদব মমা নত্রগা মপা অদো মচাইদমক ওইজবা থাদোক্কব কনা লৈ। অরিকপী য়ুমগী মৌ ওইহুনস্থ মপুরোইব কাদা অরিকপা কৎথোক্কবা কনা য়াওই মসি হায়হুনস্থ মশাগী মাঙগদবা উরবস্থ মী অমগী ফগদবা লৈরবদি নুঙায়থোকপা ঙম্ব, মীস্থ লৈতবা নত্তে, অতুগা মশাগী তোংজগদবা উবদা মীঙোন্দ অৱাবা তানি থঙলগস্থ নাচুংবীক্লদব মী য়াওদব নত্তে,

জগৎনা খার্থতয়াগকী থম্মোয়বু অৱাংবা তাংবন্দ থমনৈদো তাইবঙ শাস্তী পীনৈদো অদুগা অনিয়ক অমবুস্থ হুন্দোকপা ভমদে অর্মবুস্থ লংশেকপা য়াদে।

ৱাখল চোইব চোইৱোল ঙাংবা মীবু সমাজনা অঙাওবা হায়নৈ অদুগা মশাদা জ্ঞানশক্তী বিচার শক্তী লৈবা মীবুস্থ অঙাওবনি হায়নবীবা য়াওই মহাকপুস্থ অঙাওবনি থঙজনবিকী ময়াল কৱিগীনো অমুকা হঙই ৱাখলবিচার লৈব মীস্থ মশা-মকী অনিংব অপাম্ব অদুনা সমাজ চৎন লম্বীদা কারল তাবা অদুগা নাইতোম তাবা য়াওবা থেংনৈ। মসিদা অঙাওবনি চিংন ৱাখল পৱৈনখিবনা শোন্নবী 'অঙাওব মথোং হুকুবা" কয়াদি তমখিবা হুগী তেনজৈ য়াহৈনা ! অদুবু মপাস্থোং মমুংথোং য়োনা ৱাখল মীংনা উগনব মী থৱতগী মফমদদি অঙাওবা থক ওইদে। মী হায়বসিদি শরনী অমমদ চৎনবা, হিরম অমমমদ ঙাওনবা ঙাকনি। পৃথিবী পুম্বগী মীথোয় তাংবন্দ ঙাম্থোইগ্রব, মীকোক কয়ানা নোঙ্গভকী কৎগ্রব, মহাপুরুসশিংগী মরক্ত মতম অমগী অঙাওবা ওইখিদবা লক্নবিখিদবা য়াওখিব্র ? জগৎপু শুম্বা ভমপদবা মতিক মঙাল থম্মোয়দা ঙান্দুনা লাকই হায়বত্তুমদি চুম্ভগী সংসারসিদ ভাবোক লৈতেং ওইবতমক থুংলব মীনম্বু খঙব হৌনব্র ? খ্বাইদগী পঙনা নত্রগা খ্বাইদম্বী থিঙাও লিঙা-উনা হৌরকপনম্থ মহাপুরুষকী পদমী কংখিদবা নত্তে। থাদি অমম্বদগী পুর্ণিমাগী মক হুম্নৈ থানিল থাজ ম্মৌলথা শাজিবু

নোংলৈ অকিবদগী বসন্ত মমী তননৈ য়েন্নিং মপুং ফানবা অসি-গুম্ব গুণসিদি তাইবঙ্গদ তাংনা খুদোনলৈদো হায়না জ্ঞানেশ্বরনা মরুপকী পাওখুম পীজে। শীনফম ওন্নবা শীনফম চান্নবা হায়বসিবু মপোক্কী পীথোরকপদুবু অখণ্ড খণ্ডদ নাইনা শিজিন্নকুরিবা মী মীচুগী মরাল ওইগদ্রা ?

য়াম্ন ফজবা ব্রাহ্মনি ব্রাবমচু শুগাইনা হায়বদ ব্রাহ্মৈ পরেং খরনদি মতিক চাদে অচুবু শম্নপ্ন মরুপতা হঙ্গংচগে শক গুণ রাশীদি মীৎনা লেপ্পদ ব্রাদে পঙ্গনিংই। অচুগা পীথোরকপা শক্তী খণ্ডব তাকপদি ওস্তোক্লা লুনিংঙাইনি ওস্তোক্লস্থ ব্রানিংঙাই মশকনি মসিদি তৌথোরকপা থবক্তনা মশক ফোংই ব্র খলবু কনানা উবা ফংনি ব্রাখল শক্তীবু কবিনা ওম্ব য়ানি। থবক থৌওং তুনা পীথোরকপ পীথোরক্তব লেপ্পবা তাবনি পীথোরকব সংস রসিদ কনামক্ত লৈতে অথোই অব্রাংকী কুপ্পবা চাংগী ব্রাতনি।

খন্দুনা য়েংউ নোংমদি লৈবাক্কী মপী মপা শক্ত মীওইববু থৌগনগদবা অঙাংমনা অনংবা ইমুংদা মীগী চাকলেমথাক মীগী ফীমল খুন্দুনা নাওকোম্ব, কোলোয় মীংনা মালেম কোইনা, শক্ত শোন্নহৌগদব হরাও তয়াম্বগী থাগৎ খোজেন্ন ব্রা ব্রা লাওনা মনিল নাইহৌরগদব মহাক্তনা তে ন্ন তারবা কাংথক্ত গুম্বীবা অশুক লাইবক থীবা মানা চাউব্নবা লৈবাকপু সেবা তৌরক্তনি করম থাজনি সিবু শীনফম চান্নবা কৌগদ্র ? নোংমদি লৈবাকী অচংবা মীপোকলেন ওইহন্নি শাগৈগী মৈব্রা শক মালেমগী মুমিং

ওই ঙাল্লকনি থব অশাগী মোন্দুম মোন্তেকথক নাওথেম শুম্ন ম্নাতাহঞ্জব কনাগী মহম্নাক্তনা মীওইবগী থম্মোয়দা হু হৈজিল্লগদব ভমথিবা অঙাং অমবু থম্মোয় হুনা নাওয়োকচরিবা অশুক লাইবক ফবা মানা বদনামগী মাইহিংনা মশাগী লৈতেং ওইরকনি করম হায়ডমনি আশাগী লুরব পুথ্রিদগী লৌখত্তুনা চাইজথিব লাইজন মীংলুদ পীরাং ওইনা শীঙ্খহন্বীগদৌরিবা অসিবুনা শীনফম ওম্নব হায়গদ্র ?

ৈবনা তোকপা পোক্তে। শেবোত্তা মাইরেল পানদে। অফবদ অফব চংব ফত্তবদ ফত্তবা থোকপা সিদি তাইবঙ হৌনশানি। তৌবতবু সংসাবসিদা তাইবঙ তাইওম্নবা হায়বা নিয়মস্থু লৈতব নত্তে। মসি ঈশ্বরনা শেম্ন মপোক্তু নত্রগা মীন পাম্ব পুন্সি দরা মপোক্কী হাপ্লকপা গুংগী চা ম্না অথোই অৱাং উংপ্র ? হিরম পুম্বগী নিংথৌরেল ওইনিংবা যৌবনগী নোংলৈ পুকচেল থম্মোয় থুদি দ হুম্লক্তবা নত্তে, মশানা হৈনজগদব শিনফম অপাম্বনা লাংতক্লনা চিংলকপা শিনফম অনিগী নোংদম থঙদবা থোঙফমদ হেক হেক থোঙথাং লৈ মসিনা শীনফম ওম্নবা চাম্নব, লুরবা থম্নিংঙাই মতাংদা নত্তনা চেকশিননিংঙাইনি তোইবগুব্স্থুং চাম্নবা, ওম্নবা হাযসিমকতি লেংদমা লৈরগদবা সংস রমিতিনি।

করিগীনো কবিগী প্রতিভা লৈবা মীনা লেংবা লাইরিক ঙম্নু চপমান্ননা ফাওত্রিব বিজ্ঞানগী প্রতিভা লৈরবা মীম্বু বিজ্ঞানগী মথল মথেল হীরমশিংদা চপ মান্ননা করিগী হৈত্রিবা চান্নব শিনফমদা অমুক চুনবা হাম্নবমুক লৈত্র ?

মীদি মহৈদা মপুংফাবা থক ওমদে ওস্নবগী শক্তীসু লৈতে। জগৎসিদি চোইচাংগী সংসারনি করিগুম্ব অমদা রাংনা লৈবহুনা করিগুম্ব অমদা হেন্দোক্ন য়াওই। কনামদা হেন্ন য়াওব অহুনা কনামদনা রাংনা লৈ। অথোই অরাংকী কুপ্ন কুপ্নব চাংনা তোঙান তোঙান্নহল্লি অমগা অমগা খেংনহল্লি।

নোক্ন চাউবা ভাইবঙদা অথিংবা ঙৈথায়বা লৈবদগী পুক্নিদ পন্নোন লৈহুনা অহৈ অশিং মতিক মঙাল ফুদোংবা ওমদনা লম্মাথাংদা মাঙনখিব কোক্সাইমি, অহুগা অপন অয়েং লৈবশিনা মী অমগী মশাদা চেন্ব মতিক মঙুণ পুম্ব নিংহমবা লৈতনা অথাং কন্ব পাঙন্ন চিংথোক্নুনা পোকচমল মহৈ য়াম শকথঙ-নবসু কয়ানি। সংসারগী থুন্নৌ চেনবা সংগনা লম্ফাং লমলোংমরব ভাইবঙদা লমওক্নহুনা মাঙনয়িবা ময়ামসিমুক লৈতবা তায়দি অতোংবগী মঙুন অমুক খঙনরমলোই। মরম 'সিনা মীরমলেন্দ চোইচাং মখল নাইনা হাপ্নকপনা থোক্নব ঙাক্নুনি "অফাও অশিং মরক্ক অশিং মখল নাইবনি অপঙব মরক্কনু অপও মখল থারবনি"

রাফমসিদ পেল্লহুনা বিশ্বসাথমা মক্নপপু থাগৎলহুনা মথা শমথৈ মীনা হায়নৈ ধবক খুদিং হোৎন কনবগী মখা পোঙব ঙাক্নুনি। হোৎমরগা ওম্নমক মাইপাক্নি হায়বসি ইপুক্নুংসিনা ইপেন পেনদে মরমদি হোৎন'নিংবগী নিশা। চুদনা হোৎনকম অমা লেপ্তুনা অপাম্ব খুদিংমকপু করম হোংনক্নি হৈনিংই খঙ-

মিংই হায়দুনা হেক হোৎনক্করগা মাই হেক্ত পাবনি হায়বসি ওইথোকলোইদ্র খৈজে। খল্লীমদুস্সু চুমদবনি নত্তে মী হায়বসিনা মাইপুননা হোৎনকনবদি মশাগী হৈনবী খুৎলোইব হিরমদুনা খাইমক্তগী হেনফম থোকই। মশাগী খঙজ হৈজবা হেন্দোক্ল উৎথোকপা ওম্বস্সু হৈনবা হিরমদদনি খন্দুনা য়েংউ পান্দ লৈবনা মুংদা লৈত্রবদা মুংদা লৈবনা পান্দ লৈত্রবদা মীনা মীরমসিদা করম হিংনি, করম লৌশিং তাননি, করম শীম্মানি পান্দ লৈরিবা ঈশিং মুংশিং মৈ অসিগুম্ব হকচাংনুংদা লৈত্তব য়াদে তাইবঙদা অখঙব খঙদবা লৈ। থোপ্তস্সু অখঙ খঙদ নাই "পাক চাউনা শক্তম শক্লোকপনা জগৎ সংসারনি পীক্ল শক্তম লাকশিনবনা তাইবঙ নমু হকচাংনি" খঙলকপা অদুনা লৌশিংগী অরাংবা কৈ-র'ক কারোইদবগী মরম করি লৈ।

অসিগুম্ব রাহঙ পাওথুম ওইবা নৈন-রারী শাম্নবনা জ্ঞানেশ্বর অমস্নং ইন্দীবা মবাংগী মকমদদি চান্নজনা ওস্থোক্ল হৈনবী ওইনা মুঙায়জে। অঙকপা মমুংঙাইগীরারী রাভাই হায়দুনি। জ্ঞানেশ্বরনস্সু অর্থ লৌবা হৈবা খঙনি'বগী হৈনিংবনা ঈখৌ লাংব ইন্দ্রিয়াগী পুক্লিং চেকশিনব মনা থোইদোক্ল থাগৎচৈ পেনজে। পুম্নমক অসিনা ইন্দীরানা থারকপা চিঠীদা থাগৎলক-খিবদু অসিনি পেল্লবদি থাগৎপা হৌনৈ মুংশিন্নবদি শিংথানফম থোকই।

# তরানিথোইশুবা পন্দুপ

থা অমদগী থা. মমা অশুম চংখিবনা থাবুম শুরুক তরেং-লোম ফারে। জ্ঞানেশ্বরগী মিংদা যুমলোমদগী টেলিগ্রাম অমা লাকই। মরোলদি মমা নারে অচিনব লৈত্রবদি থোরকউ অহুগা তম্ন অমুক চংউ হায়না খঙহল্লকই। হায়দগী কর্লকত্তদা মতম কুইনা লৈরকপনিনা পোক্লকম লমদমবু থোইনা খল্লুদবনি অহুবু তামহৌরবা খুঙ্গং হুন্দোকুনা হন্দকমুক লৈথিবসিনা মপুকনিং অদো নোংদোলগী লৈচিলথক্ত শাদোং ওইনা হেক হেক পাই-নিংঙকপগুম লৈ। মাস মী অমত্তগী রাখল নত্তে, পুম্নমক্কনি হাযনিংই। মহৌশানা নুংশিবা লৈযা লমদা রাধন্ন মশা পানব হৌনৈ। মতৌ অশুম্না ফনা থোকনিংবা লৈচুনস্থ লাইরিক লাই-শুগী কৈশুমশঙ্গদ বন্দী ওইন লৈথিবনিনা য়োমিংঙকপ কয়া পুক্লিংন হন্ন হন্ন খামজনক্তে অতুমকপু কালেনদা অমুত্তং থোক্লগ্ন নত্তনা থোবকখিত্রবনি।

মতম অদো কুইনা উন্নদ্রবী পূর্ণিমাবু উনিংনা লাকপনা যুমদা থুংলবগা ইকুই কুইদনা মুমিত্তুগী নোংঙানবদা চংলুই। য়ুমগী চুকয়া ওইবা মচি অমদা খামতুনা লৈরিঙে নুপী পুংকক চাওবী অমা কোম্থোং ময়াম্দা থোরকপা উই। মহাকপু মথুং খত্তুনা মনাক্ত কৌশল্লগা পূর্ণিমাবু কনা খঙহন তাহন্দনা কোং-থোকলুনবা হায়রকই। নুপীতুনা অয়ুম তম্ন চুমদ্রিং চংখিবদদি মাঙ্গোলগী মচি মরুম ১দা পূর্ণিমান মনাও নুপীগী হিক কায়তুনা

লৈরম্মী। মুপীহূনা চংশিন্দুনা পাও তমলুবদদি মাস্থ ইঙক ঙক্ল হৌগৎতুনা ডারীদা খুনিং কাংনা লম্বীরোমদা য়েংঙকই। অহৃদগী হরাও মুংঙায়বনা ইথক থকৎনা মপান থোরক্লুনা মনাক তাম্ন লাকই অমনা অমগী মশক উন্নবদা থম্মোয় তনিক তনিক মুঙায়বন মাইথোঙ ঙাম্মোকচৈ ঙসিদা থুংলত্র নোক্লী নোক্লী হংই ঙরাং থুংলবনি ঙসাইদগী নং থোরকপ ঙাইবদ ৱাক্লরবনি গাড়ি মখোলবুদি ঙাইয়ে নংনা অশুম্না লাক্লনি খঙদবনা লম্বীদা চং-লিবোই খল্লুবনি ইমুংদা চঙলুসি লাকও ঈকাইত্রা ঈকায়রুনুদা নখোয় অহন্ন মুঙায়গত্রনে করিসু তৌরোইয়ে চঙহল্লক্কে হায়নহুম ৱারৌরিবনি। অহুম হায়না হায়শন্ননু নঙোন্দা ঐনবু ওইদবা ঙাংগ্রবরো চংদ চংলুসি চংলগা খঙগদবনি লাকওসে, অসি হায়না মবানি কে'ম্মোং লানশিনমিন্নহুনা ইমুংলোমদা চঙলকই।

খুঞ্জা অহন থরগা মপাগা শুমাং নাকল মচি অমদা ফক্ক ফম্নহুনা গঞ্জা থক্কুনা লৈরম্মী। মচান্নুপীগা জ্ঞানেশ্বরগা চঙমিন্নর-কপহু মাই ওনশিন্দুন মুন্ন য়েংই মপাহুস্থ ঙক্লপ চাক্লবদগী লৌশিং ভারকপোইনা ইবুংঙোদি ঙসিদ থুংলত্র চংঙকউ চংঙকউ হায়হুনা কৌশনবী। ঙরাং থুংজবনি পাবুং মরুলুক্ল খুমই চুরিত্তাফম য়ৌহুনা খোঙঙূপ লৌথোক্কে তৌবদ লৌথোক্ল বমু য়ানিদ হেক্ক চঙউ, মপাহুনা অমুক্লা হায়রকই। অসি হায়হুনসু খোঙঙূপ লৌ-থোকলমলগা দাড়ী কাথৎলমই। খোঙঙূপ মরী লৌথোকলমদাইদ মখুৎনা পায়রকপা সুইটকেস মচাহু পুর্ণিমাদা পায়হল্লগা ইমুংদা চংমিন্নরকই।

মমানা ইমুং লময়াইদা শগোল হৱাই নুংগী চক্রৌদা তন্তুনা লৈরম্মী। মচিন মৌপাৱশিংন্থু অহন নাক্ত ফমহুনা ৱারী শান্নবা ভাবা য়াও থবক কৌনরম্ব য়াও লৈরম্বন্থু জ্ঞানেশ্বর লাকপন্থুদা চংলক্লুনা তঙক তঙক য়েংলে। মমান্থুস্থ থবক খুৎথান্থুনা জ্ঞানেশ্বরবু তরাম তরাম কৌশন্দুনা সেবা লংবগীদমক ইক্লাং লাংজে। নিঙোলগী য়াহিপ স্নাতাকম নিঙোল কাদা পুশঞ্জহুনা মোড়া থান্থুনা ফমহল্লি। নুমিৎ অসিনা পূর্ণিমাগী য়ুমদা চংবা অহাম্বনি।

পূর্ণিমানা মথুন্তা পায়রিবা সুইটকেসতু হাংদোক্লবা হোৎনৈ হাংদোকফম খঙদনা চমম্নবদগী হাংদোকপা হৈতরে করিনো য়াওরিবসিবো থাবল্লেগা নঙগীগা নবানিগী লৈবীরকপা ফীনিদা হায়হুনা হাংদোকপীন্থুনা য়েংহল্লি। ফীন্থুগী নাকলদ লিক্লৌগা খুজিস্থ য়াওরম্মী। খুজিন্থু পায়থন্তুনা য়েংনা য়েংনা ফীন্থুস্থ লৌথোক্লুনা মমাদা মচুসি করম্বনা পকচনি হায়হুনা য়াম্ন হরাও-জনা হংজে। মনাক্ত লেপ্লরিবা মৌপৱাদা নচে থাবললৈন্থু ইচেনা থুনা লাকউ হায়ক্লচো ইবুংঙো হায়হুনা কৌক্লনবা থাখি। খুঞ্জা অহনশিংন্থু থংদোক্লম্নগা পূর্ণিমাগী মপান্থুস্থ চংলক্লুনা জ্ঞানেশ্বরগী চানথরবা থোদারৈ ইচম চম্ন ৱারি তৌজরৈ।

নুমিৎসিদা মমা মপান্থুনা হরাও তয়াম্ন তরাম্ন তৌবিন্থুদ পুর্ণিমা নুংশিজবগী মথক্ত নুংশিবগী শুংশিব ঙাক্ত তৌল্লে। পুর্ণিমানা হায়বা ৱানা অচুম্ব ওইরম্বহনাস্থ ওন্থোক্ল পেমজরে কয়াদ নুঙায়গ্রবা! মমা মপা ওইবনস্থ য়াবা মচান্নুপীনস্থ নুংশিব হায়বদো কয়ামুক নিংতম্ন নুঙায়বগে হায়বন্থুমা ক্ষমিৎ অসিদত মথঙই।

মুমিংসিগী মতুংদ মবানি উন্নহুনা থম্মোয় তিংথোক্লনা ব্রান্নি শাই। ঐমা চংখিবা মুমিত্তুদগী হৌনা নঙবু করম হায়না লেলম গদগে অহিং মুংথিল খাক্তনা মতম খরদি খন্দুনতা লৈ। অহুদগী অশুম কুইশলক্লগদি খর খর অশুম ফরকই ঐদোনা নঙস্থ তৌব্র? করিগী তৌদমি গাড়ী মথোল অমা হেক তাবদা পুক্লিংসে থুক লাওরৈ য়েংনিংঙনা লাংতকনৈ য়েংলুরগা ওইরম্বদি নত্তবনিনা করিদ্দি ওইমিদো। মসিগী ব্রাসি হায়দোকপা ঈকায়জৈদা কনাদ ঈকাইরিনো হায়দোকউ নাগদোবস্থ নত্তবহুবু নঙনদি ইখুং পায়হুনা গাড়ী থৌবা হৈনবনি হায়হুনা হেক হেক তম্বীরম্মীদো হৈস্থ হৈহল্লম্মী খোবস্থ তোইনা থোহল্লিদো অহুনরা খংদে মঙদ নঙগত গাড়ী থৌহুন শান্নমিন্নে নংবুত নিংশিংহুন লৈ, মতম অশুম কুইরকপদগীদি নঙদোনা অশুম ফরকএ করি করিগুম্বদস্থ মরক মরক্ত অমুক অমুকদি ইবানি কোইমিন্নখিব লম ঙাংনখিবা ব্রা নিংশিংলক্ত অহুবু হঙনি হঙলিবহুবু কৈদৌৎনো নশানা খঙলব নত্রো। ঐমুক য়োনা নিংলমনি থাজদহুনা হঙলিব ফাগী ওইরপ তৌনা হায়, ঐনা নঙোন্দ করি থাজকম থোক্তব থবক তৌগ্রবগে হায়না শাও রংনরকই নঙস্থ ঐনা নিংলিবসিমক য়োনা থল্লমনি থাজদে নুপী দি অউবত্ত পামগন্ন থেংনবদ মুংশিগন্ন পূকচেল লেপ্তব থম্মোয়নি হায়বদ লানগনগদ্রনে মসিগীস্থ মথক্তা ঐদি লৈউ নেম্বী লৈপানগী লৈথোক তেনবী লৈগুম্বনি পাংথী কোমথীদা শাংপী ককইলক্তী কবোককঙ্গ মপালগুম্বনি নঙদি সনাগী তাংবন্দা ফম্নবস্থ মগুম্ন মহেল্লগদব লৈমাশিজনা থৌগম্বদস্থ নতিক মঙাম্ন মথোইরগদবা মশেক লৈব অনিশুবা মুমিংকুম্বনি।

অসিগুম্ব অচৌ অপীক থায়ব ৱাতাসি হেক ভাৱকপগা মশম পায়ত্নুনা চিংই করিগুম্বদনা কীম্ন মকোক্ত খিল্লি মসিদা পুর্ণিমানা অনাৰা খাঙনা নোক্লী নোক্লী তৌজবা মহাক্কী মতৌহ্নু ওস্থোক্ল নুংশিনিংঙাইনি মসিদ মানা করিগুম্বদনা শাওৱংনবোই ওইনবোই তৌনা ঙাংলকপা ৱাঙাং ওস্থাক্ল পুক্লিং হুম্নিংঙাইনি পুপী ওই-ৰীগী কাদা ইকায়বগী লৈতেংনা মমল হেন্ন কাবা ওইনজবগী লননা হেন্ন লেমজফম ওইবা গুণ অদো মঙোন্দ কয়াদ পকচনা লৈতেংলমলিবা শিংথানিংঙাইনি।

মবানিদি ৱাৱী শান্ননিংবা লৈরবস্থু য়ুমদা শাগগে যাৱে ঙহাক লৈনিংলবস্থু অদুম লৈথোকপদ কায়দ্রে কোইথোক্লীংলে ময়ারে মসিনা মখোয়নি কোইনবদা থোইনা ৱানিংঙাই লৈত্রে। অদুমকপু ইয়া মম্নারে হায়নস্থু মাং মখা তম্ন মৱাই হাইগংপ মীত্তাদি নত্তে, থোগল্লোন খঙনা অহন লমন ঈকায় থুম্ননা মবুক ইংনা লোইনবা মবানিগী শাক্তংনি। নুংশিনজব নুপা নুপী অনিগী মতৌ উৱগা মীংনাবা খোদোশিকপা মী লৈ। তৌবত্তবু মবানিগী চান্নজবা অচম্বা লোনচত্তু উবদা মথক থোংব লেমারবা মখা থাবা খীক্লি মবানি ইকায়খিনি মত্তাগুম চম্বী-গদবোই নিংই মৱমদি য়েংবদ লুনা তীন্ন তোংনযমক মাল্লি।

খুঙ্গাওগী খুঙ্গা নিঙোলমথৈ তরেং শেঙ্গা শেনখায় পুথোক্তুন চাকচা হৈজ্ঞানৈ। মতুদ জ্ঞানেশ্বৱস্থু য়াওরৈ খুঙ্গা চম্নুশিংনা মাগী মাগী নুংশিনজবা, মৰুপ মপাং ওইনা শকখঙ মাইখঙনজব নুপা

নুপী ঙম্ন বার্ত্তন তৌহনা চান্নবা চাকলেননি। জ্ঞানেশ্বরগী বার্ত্তনদি পুর্ণিমানা তৌজবনি খুঙ্গাওড়গী অচৌবা শঙ্গোয়দ নিঙোল পীবা অহন লমন কাংখুৎ নাইনা নুমিৎ কয়ানিমরুম কাং শান্নে। মসিদা জ্ঞানেশ্বর চন্তব তৌদে অহুম মচংলি। খরাই মীরক তীম্বদা মতারোইশিংগী মবক্ত মামত্তং য়াওবসিনা সভা রাসী লৈনা কয়ামুক চিংলেম্ব শকনো হায়বহুমক মীরক্ত য়েংবদা অহুম মখঙই। লৈকায় কয়াদগী লাকপা পাখঙ লৈশাবীশিংগী মরক্ত পুর্ণিমাবু কোইবনি শকখঙনবিব, যেংনবা মরক্ত মানা কয়াদা নুঙায়জখিবা খুঙ্গা মতারোইশিংগী মরক্ত খুঙ্গংদ পোকচবী পুর্নিমাদি মাগুম্ন পুকনিং হরাওজরমলোইদ্র ?

মৈতৈ চাকচা হৈজানবদ মুকা ফনেক মুকাগী মোইরাং ফীচম্ব ইন্ন চরৈ লাইতিনগী থবক থোরমদ পুঙৌ ফনেক মুকা যীতুপ উমং লাইবরাওবদনা ময়েক নাইব ইন্ন চরৈ অঙৌবা শেংচা চাজবস্থ উরে। মৈতৈ ঈনাৎ ফীজেৎনা নিঙোল শমু হকচাংদা তা'লরবদা কয়াগী মতিক শকী মঙাল্লক্ত ইনখৎলকপগী হুনৌ তনৌবা শাবান শাথেকলক্ত মখল নাইনা ঈপোম হৌনা ফজরিব মথেল খায়না ঈপোম লাংনা নিংথিজবিবা অউবনা খঙনহৌবা মঙাই।

য়ুমদগী থারকপা টেলিগ্রামগী মতু'ইন্ন মহাক অমুক থোরক্লে ম'সিনা অনিশুবা থোবকপনি লাইরিক্ত পুক্লিং য়ৌনা থম্বনা থে.ক্তী থোকনিংদবনি অনা লাইওং খঙদবনা নু.শাথিনা থোক্ত

য়াদনা থোরকপা হায়দুনি। য়ুমদা থুংলবদা মমাদু নাদুনা লৈ-রম্মী কনশন্নন নাবদি ওইরমদে। মহাক্তী অকপ্প ওইরমগদ্র থম্ম লাকপনি। অনাবগী হৌনবী পুকনিং রাখল শোম্বা মরমদগী মমঙ মহাদা নুঙায়তবদগী মচাই ঃশক উনিংই অমুক্ত কৌথোকউ হায়মম্বন। কৌথোকলম্বা ওইরমলে। মমাগী মথোঙ মথুং পায়-দুনা সেবা তৌজরে। মতম অসি তুরেলস্থু ইমায় পান্নিং পামাং নিক নিক চোল্লব খোঙবাল লুকপান পাথোকলব নোংথক্তনা অমংবা নোংনা শল্লবা নোংজুগী মতমনি থুঙ্গা নুপী নহা অহন তুরেল তোর্ব্বান্দ পরেং পরেং ঈলজিংনরমগনি ঙা ফাবা য়েংব মীনস্থু য়েমপাক তুপ্প য়াও শাটিন তুপ্প য়াও মরি মরি চত্তুনা কোইরাং লাংনরমনি য়ুমদা লৈনা লৈনা মমাগী মনাক্ত ফম্ম ফম্ম থল্লকই। চংনিংবনা লাংতক্সরকই। য়ুমদ লৈনিংঙক্কে। থুঙ্গংদ চংপসি মমা মপা অনিদি য়ামনা শাওই চংহন্নিংদে মরাল লৈতবী মশকস্থ উদ্রিবী মাবু হন্থনা ঙাংবী হায়বা লোইনা থঙই। অহুবু ফন ঙাংই হায়দুনস্থু তানা তানা তাশন্নদে শাওই থঙনা থঙনা থঙশন্নদে নুংশিবগী ময়াই ওন্থোকন কল্লিদা।

## তরাহুমদোইশুবা পন্দুপ

য়ুমদগী থুঙ্গং পাংলকপনা থুঞ্জিল য়োবদা লৌকোল লম-জাওদু পাংকী মতৌগুম ঈশিংন নিক নিক লাওন লংনা লৈরমলে।

মহু য়েংনবা লাকপা মী লেপ্প লৈরমদে ঈশিং ইচাওনা পল্লি নমখায়হুনা ষণলোক কয়া শীরে মী কয়া অশোক অপন নংলে হায়না ময়াম অমগা অমগা রাতম পাওদম্লনা ঙাংনব তাহুনা খঙলে। নিংখায়ফম পল্লিহুমক্ত্ত্দ মীয়াম মীতিন্দুনা থাপ্লপ লৈবহু উই। পল্লি থীংনবা সরকারনা থারকপা মীনে খুঞ্জানে পুন্ন থীংবা ঙম্লবা থোৗরাংনরমলি। পুন্নমক্তু উবদা জ্ঞানেশ্বরস্থু করি থোক্লমগবা মীপায়ব অকিবা চিংনবনা পূকনিং চরাং নরকপনা লৈতাবা ঙম্লক্তে। মক্ম অহুরাইদা লৈরস্ব অহন অমদা চিংয়া তাবা খুঞ্জাওসিগী মী মথৈদি করোমদা যুমহোংনগ্রবগে পল্লিসিন করস্ব মতমদ নিংখায়খিবগে হায়ন হঙলুই। অয়াম্বনা অসোম থংব খুলসিদা হোংনগ্রবনি থরমস্থ চিংথক্ত লৈখিবা য়াওই খরমনা সোমদা লাকপস্থ য়াওই। নিংখায়বদি কুইরে ন্নমিৎদাং নিং-খাইখিবনি হায়না অহন্দুনা তাক্লকই লবুক ময়াদা আদ লৈরিব য়্নমসিগী মীশিংদি সোমদা লাকপা উবিত্র মখুৎ থিন্দুনা হঙই। ইবুংঙো মসি'দি সোমদা লৈবা উদে অসোমথংব খুলসিদ লৈনরস্ব য়াই। ন্নমিৎ চিংয়া থাংলিঙৈ লৈক্রক চৎলে হায়নরকপদগী অয়াম্ব হান্ননা য়্নমহোংনগ্রবনি থৌশানরুদব খরনা শোক্ল পম্ল অশি অনা য়াওহুনা অরাবা নংগ্রে পাওদমহু তাবদ ন্নশা খিরস্বহু খজিক ফাঙমই অহুবু তাংদাংবা অমা খঙদবনা চমম্লদবদি নক্তে॥

মতম অহুদ ঈচাও-ঈথুম্লব লোকোলহু হিজাও অমনা মী পুখোক পুশিন তৌহুনা শেন্দালক্মী। হীরাম্বগী মওংনা কোইনা

লায় মাকোই হিরায়ি মহাক্ন পুরকপা পাৰ্ভীহ পোরোক ময়াদা লৈবা য়ুম অমথক্ত শীয়রয়ুগা অসোম থংবা থুন্দা হি তোংহুনা লাকই। লাইজ-ঊপকুরবা তোঙ্গান য়ৌবদ হিরামল পৌরম-লগা থা পাংনা হাইরকই লমসিদা থওনবা কনান্থ লৈবা নত্তে হংলগা মীবা কংগত্র থম খিনিংবা য়াথলনা পুহনা হেক্ত ময়াক্লবনি খজিক্তং হাইথরকপদা থুলগী কৈথেল মচা অমা লৈরমী। ইনানা কুপ্প পোংকম পওলেন পয়েং মথাং নাইনা লৈরিবা মরক্ত পোং লৈবা পোং য়োম অনিনা চয়াংনরমী। অচৌবা সহরগী অচৌব কৈথেল কয়া উহুনা লাক্লব মঙোম্দ থুঙ্গং কৈথেল অপিশক অ-হনা পুক্লীং নৌনা মুওলহৈম্র পোংলক্ত অচং অথোক ময়ামহু য়েংই। মরি মথোং হংগে থল্লিবহ মনাকয়াইদা নুপা নুপী অভাং মগ্নি মগ্নি চংলিবহুদ হংগে লেপ্পকই। তপ্পী তপ্পী পোংলক্তগী পোংয়কপী য়ৌমহা ওইরপ তৌবী নুপী অমদ মপা থোকলুহুনা করিগুম য়ামন্ত হওজহৌগে হায় করি হায়বিগদবনো হায়না নুপীহম্থ লেপ্লগা থুমই। লৌকোন ময়াসিদা অহনম্থ ওইরবা ব্রজ-গোপাল হায়বহ থওবিত্র। লৈ লাকপা উবিত্র মথুং মশা য়াওনা হংই। থওজৈ মথোয় দি সিদগী থর হাইথবিয়গা লৈরক অচৌব অমা থেংনবিগনি লৈয়ক অহুদা চংলগা অরাংথংব কোম্বোং অহুম জুবদা চংখিয় মহুদ হৌজিক লৈরিথনি লৈথায় জানা তাক্লমল্লগা চংশ্রে বাহৈ থরহুনা লাংতক্লথ য়াথল নেমথহৌই।

মফমহু য়ৌনা চংলগে থৈরাংজকপমক্তনা কৈথেলনগী হাই দোয়কপা মীয়জগী থৈনা লিংথোরকপা মাইথোঙ অমা থঙহৌদনা

উরক্লে চঙক্লব মীয়্যেংলক্ত অঙাং মচা 'মা মখুৎ শন্নহুনা মপুং ফানা হাইদোয়রকপদ পুর্ণিমা ওইরম্মে মখুৎ নাম্ম অমনা অমনবা থাও অমস্থু পায়ব্রি পোৎ লৈক্কবনি খঙলে মহাক্লদি থীরকল্লিবা মাবু উত্রি। মনাক্ত চংশিন্দুনা পুর্ণিমা হায়না কৌই। অঙম্মা খেংননি খন্দবনা মম 'হু চম্ন হাইগৎলকই। ইখঙ খঙবোইনা অঙুক হরাও নুঙাম্ববনা মাইখোংদো পুংথল থল্লে খঙঙান ঙহোরকই কনানা তাক্লকপগে ঐদি অঙম্ম লাকনি খল্লুদে ওহো ক্ল ঙকলুং রেদা "ঐস্থু নখোয়না অঙম্ম লৈরমনি নিংউদে অহন অমনা তাকলকপদগী সোমদা লৈরমগত্র খম লাকপনি" চংনা চৎনা ব্বাবী শানা শামা পুম্ন যুমতাংকমদা লাকমিন্নরে। অঙম্ম লপ্তনা লাকপনা ঙসাই ব্বাহংলুবী মৌনহাহনা তাক্লকপা লৈরক হায়ব-হুমক লৈরম্মী। লৈখোম থোকপনে যণলোক চৎপনে লৈরক্লুমদি মওং থিনা লৈক্লম্মে। লৈরক মতাই অনিদা চক্ল থাবা য়াও উ-রা থম্ব য়াও খোঙলম্বী শাংনা শেমলম্মী লৈরক্লুদ চংলক্লুনা কোহোং অহম শুবহুমক য়োরে। অহুদগী পুর্ণিমানা লমজিংহনা মৈতৈ য়ুমজাও অমগী মমাং শঙ্গোই নাকল অমদা ফকলোং খানা শৈদাংলিবহুদা পুশল্লকই। অবাং থংবদ ফৌকৈ অমস্থং ফৌওবুঙগা পুম্ন লৈ নাকল অমদনা শঙ্গোন শংশাং অমা শাই। হক্ল তহেব য়ুমলৈহু উবদ মৈতৈগী য়ুম্বান কৈবান শক্তাকনিংঙাইনি।

ফকলোং খোং হাইদোক্লুনা লৈপাকলৈ মখুৎ নাম্মনা য়াং-কোক পামহুনা নাম্মনা থুংম্মোক অমদু পামনা খোরকই। মহাক

ছেং খৈগে খোরকপনি অম্নাং ন্নাকলদা মঙ্গং মথুং পম্বেং থান্না খোঙলেং মুংপাক মখোঙ থাংনা থাংনা ডারি ভান চংলকপহ উবদ্র লক্কপোই হৰাওবোই চংলকউ চংলকউ ইবুংঙো এখোম সিদা লৈ হায়বদি কনানা ভাক্কই নচলমা করম থেংনরকইবা, কৌনা অকিংনরা লেপ্ন হংই। অহন অমত্তক ভাকপীরক্সনা লাকং পনি ইমা কৈথেললসিদা মহাকা অমুক থেংনহনা লাকবিরররা অসি হায়না খুমলহনা ডারি কাপ্পংলি খোঙঙুপ ম্নোখোকই।

ইমুংদা মৈক্ষু ভিক্লম্ম ব্রজগোপাল বাঙাংনবহ ভাবদ কনানো খল্লিবৈ ইমুংদা পুম চঙলকপহ উবদা জ্ঞানেশ্বরনি হায়বা খঙলে "ইবুংঙোদি গাড়িদ লাকপা নত্ননে গাড়ীনা কনাদা শীম্ররম্মী" মৈদা মখাং ম্নাইনা ম্নাইনা হংই হোই পাবুং ম্নোরোক ময়াদ লৈবা মুম অমথক্ক শীম্নরমলগা লাকচবনি মৈনাকসিদা কমহনা মৈ ভিকলো লাও নকিছ হে'ংদোকউ হোংদোক্ত বস্ত ম্নানি পাবুং হায়হনা পূর্ণিমানা মৈনাকবাইদ থারম্ব মোরাহদা কমহনা মৈ ভিকই। মপাহ মৈ ভিক্লম্বদগী হোগংলকনা ইপাম্নু খ্বাং নাই হায়হনা মৈ ঙহাক ভিক্লম্বনি লৈকাইসিদ নহান অহন অমা লৈখিদ্রে নহা ওইরিবৈদ ভিম্নরকপনি নখোম্ন লাক্কবনিনা ঙহাক্কং ম্নোকখিগে ফম্নমখো, নঙগী ভাদাসিগীস্ চাক ঈশিং নিংথিনা লাংউ হায়না মচাম্নুপীদা হায়রমলগা চংখোকখ্রে। মৈ ঙহাক ভিক্লমলগা চাকথোংনরা হায়হনা পূর্ণিমা পুক্রিদা ইক মাইথাব চংখ্রে মুমিং অহ নোং অমুক ভা অমুক হাং নোংমী নোংমংব ওইনা ঙ্কোই মুমজাওরোমদগী ইক্কালদগী খিপা অম্না লাকই

হায়নন্নুনা লৈশাবী মৌনহা অহন মেংবা লাকই। মখোয়গী মৈ তিকপা খর য়াও খর লেপ খর কম ইরাং লাংলৈ ঈরুজবা কারক্লুনা চাক খোংনবা থৌরাং তৌরকপদদি চাকখোঙ মৈখুনে চিনগ চিনগদবনে রারী শাবগী লাংগ লাংগদনে পুম্নমক্কুনা ইমুংদা লৈবা মুঙায়ররোই খন্দুনা মপান্দ মৈক্লু পুথোক্কুনা মখোয় ময়ামতু ইকোই কোইনা কমলক্লুনা রারী তোনজে। অা-নেম্বরনা কোইবা লৈতনা ঙাংবা রাঙাং তাবদা ইকায়নরম্বী লৈশাবীশিং মবুক চমই খল্লুবনরা ঈকায়বা অমুক তৌদনা রারী রাতাইদ পুকনিং চংলকই রাঙাং হৈবা রারি কবা মাগী ঙাংলকপা রাহৈদ তুম্মিন তুম্মিনস্থু ঙহাক লৈনৈ ঙহাক ঙহাকস্থু থরাই তানা নোকখোক্লুরকই অরা অনা কাওখোক্লুখিবগুমই।

চাক লোইরবদ পুর্ণিমানা মমাদা ওনশিন্দুনা চাক লোইরে তাকচৈ মমানা য়ুমজাওরোমদা থাংহুনা নঙগী তাদাগা চামিন্নরু-রোমদা সিদদি চাইগা চাইবনে মোংকা মোংপনে মুঙায়ররোই হায় কৈদৌই হায়বগে ইমা মোংচসনু সিদা অশুম চামিন্নবস্থু বাইদেদা। ইমানা হায়বদি অঙাংশিংগা চাকম থককম খঙঙোই অহুগী শরুকপুদি য়ুমজাওগী কাদা ইংনা চামিন্নরুবনা কনি। ময়ামস্থু য়াওনা য়ুমজাওরোমদা চংনবা চক্লনবা হায় মহুদা মানা শিকখাং খাংলুবদি য়াদবনা ইম্ব তারে।

মপাগী চাকম্নুক অহমনা শমমুকথক্ক থাঙ্গক্কুনা চাকউপনা কুপহুনা থমই মমাগা অঙাংশিংগনা হৌঞ্জিক চাগদবনিনা মাগী মাগী শীস্নোক্কুনা থম লোইরবদা য়ুমজাও কা অনানবা অহদা

চালুকপ পুন্থনা চামিন্নবা শিনলু লাংলুই। চাকচা হৌদ্রিদৈ মবানিগী মত্তৌ য়েংনিংবা ঙাংনবা তানিংবদগী থোংজিনবাইদা লেপ মীন্থংথোংদ য়েংন যুমজাও মুপীশিংন্থ লৈনরম্মী। অন্থবু জ্ঞানেশ্বরনা য়েনশাং মহাও য়েংশি লাও হায়না কৌশল্লুবদা ঐথোয়দি চাকচা তোকপদা ঙাইরিয়ে চাত্রবম্ম য়ারনি চাবিরো ৱারৌবিলু হায়রগা মপুক্লিংদা মথোয় লৈরদি চাবা ইকায়রনি থল্ল-ন্থনা মহৈ মহৈ চংথোপপ্রে মবানিতা তাহৌরে।

জ্ঞানেশ্বরসু চাকচা ফিদাদ চাকচা হৌরমদাইদা খুদক্ত পুর্ণিমানা চালুক শেমলকপন্থ অমত্তমক ওথোকলে য়েনশাংসু ঙা অথোংব অমগা হরাই থোংব অমগা মথেল অনিনি পুকনিং চংনা লাংজবা চাকথোঙনি। জ্ঞানেশ্বরদি মসিগী মমাংদা পুর্ণিমাগী মথুংনা থোংবা চাক কয়ারক মযুমদা চামিন্নথ্রবনি। চাকলুক অমত্তদা চামিন থকমিন্ননা মমিং মনা কুরুক কুরুক য়েংনা পুর্ণিমান মথুংনা চথোম পায়থংডুনা ইম্ব হৌরকপদা মাসু পায়থংডুনা ইল্লি অমগা অমগা ভুমিন ভুমিন নোকমিন্ননা ইম্ম ইম্ম চামিন্নরক-পদা জ্ঞানেশ্বনা য়াম্নংদগী মথুং শাংতোক্লিদৈ য়ানা থঙচিক চিকই। থঙবোই লাকপোই তৌনা চৈনা থাংনা ঙগংলন্থনা আয়ো হায়না নাশোন পিক্কলপ থোংলোমদা য়েংনা লাওই। অন্থগা হায় নঙসিমা পম্মোক্ল ঙাওশিন্নথ্রেদা থুংসে নয়ানা চিক্ক-বদি হৈনদ্রব অন্থম্ন তৌরদি শুকইন ইল্লরোই” কৌশবদা হৈরবা নথুক্তবু অপিকপা য়াসিনা চিকপদ কয়ামুক নারবগে অমুক্ত য়েংগেসে হায়ন্থনা মথুং পায়না য়েংগে তৌই পুর্ণিমানা মথুং

লোংশনুনা য়েংহল্লে য়েংবগে য়াদহন্দা য়াম্নকা চিকনিংলুহনা চিকলুব নত্তে মুংশিন্নহুনা নহুক য়াওনা চাগে তোবনি নঙমু ইক্লদি লোইনা ইমো য়াত্রা ফানী ওইনা শাওশিননৈ মহুদি নঙনি মী নত্তেদনা নিংচাবনিদনা মী নৈতব চাকলুকপাগা চামিন থকপিন্নরিঙৈ য়ানা চিকলুবতা নত্তে মশক হেক ফোই মনা হেক নৈ মনাক্লোন পাম্নহুনা হেক চিং মক্কিদ মানা তোন্নকপা মতোম য়েংলগা মঙোন্দা ওয়েক্ক মুঙায়হবলাংনি।

চাক্চা তোক্লবদা চগুম চাপাই শেংলহুনা পুর্ণিমানা কোল লেংবা থোকখ্রে। জ্ঞানেশ্বরদি মথুং মশা হায়তোক তৈথোক্লুনা য়োড়াদা ফম্না চক্লপ থক্লুনা লৈহোই। ওহাক নৈরগা পুর্ণিমা চংলক্লুনা ইল শোম্নুশি ঙা লকপা য়েংইসি লাও হায়হুনা মপান থোরক্লই। মপা হক্তিকলকপাগা মপা থোক্লবদ ইবুংঙো চাক ঈশিং চারক্লো হঙঙকই। চাবে পাবুং হৌজিক চংলগে হায়বিত্রনে ঙা ফাবা য়েংলুখিগে পাবুং হক্লগা চংলনি হায়রমলগা ইনজিংক্লম ভাম লাকলে অহনুনা ইমুংদা চংহোরে।

উ রা পরেং হৌবা তোর্ব্বান অমসুং লৈত্তোং ওইবা ইপান্দ খুমং ইমা ইবেল লৈশাবীশিং লাপ্লপ লাপ্লপ নক্লপ নক্লপ ইল-জিংনরম্বহু উই। লৈচিল পারপ থাংব অতিয়াগী মমি ইয়াইদা ভারি। ঈশিং ঈচাও ওইবনা তিন কাং তাবনা উচেক রায়া ইরাং ফাংলি। ঈপান রাইদা য়ুমনী ঙান্নু কাংঙা পরেং পরেং চাক্লারি ঈলজিংবনী নীখোমে ন্নেকখোমে অদিনা নক্ল লাপ্ল

লিলখোংলিব থীংখেনজন ঊমাই ইপাক্তু পাক শান লৈরিবহু য়েবদ পুকনিং হুনবগী মশকনি।

ইল থাকম য়োৌবদা লাছনা থম্বা ইলহু শোনকখলি ইল অমুংদা ওায়াম চো মুনা লক্লীবহু য়েংবদ হরাওনৈ হন্দকী শক্তি নিংখোয়বক্লিনা লমদমসিগী অক্লাবা তারবস্থ ভায়োক পূত্রি অয়াম্ব পাখোক্লখিবনা হেন্দোক্ল ঙা কানৈ লকলিব ভাহু লৌশনূনা তুংগোন্দ হাপতিল্লগা ইলহুমুক ইরেম থারভুংদা পুর্ণিমালা হায় ইমা ঙমদে হায়বনু কন্নাব কম ঙমদবনো অকব অনাবদি অস্তে থর লৈরগদি কবস্থ ময়ারে ওলিদি কাবত্ত হঙগেদন অমত্ত মঞ্জ বস্থ তরাখোকন হঙউ করি কানো ইমানা ঐবু মাগী মমৌ ওইবদবু য়ানিংজ্ঞ য়ানিংদত্র নঙনস্থ ইমা উক্তি ইমানস্থ নঙবু উত্রি পুজং সুপী কোই তাকদ য়ায় ঙাংই য়ায় খিংই পাবনস্থ য়ানিংদে নত্তোন্দ হায়প্রব নক্রো। পাব ইশানা খোইদাবা মমৌ ওইক-নিংব লৈপ্রবরা, নত্রগা মচাগীদমক আশা চাউনা খন্দুনো লৈবনস্থা লৈরম্বস্থ য়াই লৈরমদনা নঙনা থক্লিবহুমক খল্লম্বস্থ মঙ্গাই ঐদি খঙত্রি ঐদি উদ্রি ইমা পাবা অনিগী অপাম্বহুদি খঙলমগলি খলি তাকখোকপীবদা কল্লি অকায়ব লৈগদগে ঐগী অখঙবা লৈং-

ঙগবু নত্তোন্দ তাকগোইদবগী ঋয়ব কল্লিও লৌডে মখোয়ল মমৌ ওইনিংবদি অচৌ-অশাংগী মচা শঙস্থ ওইব, মশকস্থ য়াওব, মইহৈ হৈবা, মরমচংস্থ কজব অত্তুওবহুনি পাব ইমানা নিংজন্নিবহুদি অকব তাকলিনা লংগা অতিক লমাইস্থ চাক্কা চাতলিনমা অত্তুনা লৈ কৈদৌবগে অহনগী মনিংদ দুখৈবদনা দুখনবা য়াই

অহুবু থুংহৰ ওয়ৰোই মমা মপানা মসিগী মৰমদদি থুংথিংজনকম থোক্তে, কৈ ফত্তে ৱাতাৱবদি কায়দে খল্লি, মসিদি থম্মোয়গী মখা পোম্বনি নহাক খাজত্রত্র ঐদি ঐমগীদমক, অৱা অনা কয়া খাংনা চাউনবা য়োক্লকলিব, অশা কয়া লাংজহনা মতিক চাবা মীওইনবা মহৈ মশিং তমহঙ্গুরক লবা ইমা-ইপানা হায়ব ঈশ্বরবা অহুমক্তী তেৌহন্নি'দে নংগী মমল য়াম্ব পুন্সিবু লমথাংদ থেংনবী মতিকস্থু চাদবী অপঙবী ঐনা লৈখা তাহন্নিংদে ঐনা নঙবুদি পুন্সিচুপ্প মুংশিহনা লৈগে অহৃগা নঙনা ঐবুদি খাদোকপীয়ু ৱাহৈসিনা। হৱাও তয়ামজৱম্ব পুক্লিং অতিয় দো মুঙায়ৱক্তবগী মুংঙক্রব লৈচিল্লনা শীখ থুংনা পুম্মম মমশিনহল্লে। নঙনা ঐ-হাকপু মুংশিৱম্নব'দি ৱাহৈ অদো হায়ৱমলোই নঙনা ঐবু মুংশি হায়বহ'দি তাংনি নত্রা? হায়যু পুনিমা নঙবু লৌগদৌৱিবসিবু ঐগী অহন লমলহনৱা নত্রগা ঐনৱা অহৃগা নঙনা লৈগদৌৱি-বসিবু ঐগী অহল লমনহুদৱা নত্রগা ঐঙোল্ল? অহুবুদি নঙোম্ব-নিদনা অহু ওইৱদী ৱা শাংথবগী কৱি কায়বগে থুংনজনিংবী অমনা লৌজনিংবা অমবু কৱম খাদোককম থোকপগে নিংববু থুংদনবা নিংনত্র, মুশিববু কায়ননবা মুংশিনত্রা?

ৱাতাহুদ নোক্লি নোক্লি ফিজি খাক্তনা ঈকায়বগী মক্সমদ ওইনজবী মাইথোং তংখায় খলহনা পঙলাওস্থু লাওদবী পঙ-থুম্থু থুদবী মমিক্তনা চেল্লপ চেল্লপ য়েংলহনা হায় হয়েংৱাই ননাক্তা লৈৱগা হৌজিক মুংশিৱিব'সি য়োনা মুংশিবীগত্রমে, ময়েং তারক্লোইক্লো হৌজীক্তী চাক্লে খঙলে নথোয় যুমদ লৈৱগা নঙগী

ওইরগদি হন্থরক্কনিদা অহুগী ৱাহুদি লৈরগা কোন্ন খঙগদবা ৱানি লৈহাও লৈরেলবু লৈকোন্দ পারগনা মনম হেনত্র মোংশোংলক্ত হৌরগনা মনম হন্থত্রনে অসি হায়না মবানি নোকমিন্নৈ ঙসাইদগী ঈরোনন্থু দা তারিবা মমি জুরা অহুনা মবানিবু য়েংলিবহুদি মবানিনা খঙবিদে ঈনজিংংফম লোমদা তাওশিন্নকলন্থ ঙান্নু ময়া-মহুগী মরক্ত লাবা অমোম অনিখক মশা খপ্নহুনা তান্নবগী মখোললক্ত মীয়েং মপা থোকলুদনা য়েংলুই। পুর্ণিমাদি মমাই লুকথহুনা লৈথোকচৈ। অহুদগীদি মবানি ঈনজিংফমদগী হন্নকমি-ন্নরে। ম্নুম য়োরবদা চংনবা থোন্নাংলে মমা মপাদা নত্তন লৈরন্থ ময়ামদগী বিদায় লৌহুনা হিদাংফম তান্ন পুর্ণিমানা খিন্দোরক্কুন লাকলে কায়নবা অমুক ঙারে।

হঙচিং লাক্কে য়ুমদা লেংদনা লৈরন্মু মশেমগদি চংলবা য়াই হন্দক চঙবদগীদি থোক্কক্লরোই ঙন্ন লাক্কদব। ওইরগদি চাক হাপ্লন্নগে লৈহৌরগে চংলোকো বীদায় পীরকই। ইমাইথক্ত অশুম চংখিহুনা লাপথোকত্রবদ হীশক্ক মমি শান্নক্কব ফাওবদ য়েনা তোক্কানথক্ত লেপফোই।

## তরামরিশুবা পন্দুপ

ন্থুংশা শাবা নোংমগী ন্থমিংযুংবা মতমনি! ইম্ফাল স্না লন্থী অমদগী সহর চিদাই থংবা খুন্নক লমবেল অমদা অহন মতৈ মনাও

অনিখক রিকসো থৌবত্নুা পুত্নুা লাকই। কোক্ত উপ্প তুপী অমথত্নুা মুংশা থল্লস্থ মমাইদ হুমাং তানা থৌবত্ন উবদা রারমগ-দবা মাল্লি মী অনিগা তোংবনে পোংয়োম থরগা হাপ্পনে অত্নুা গাড়ীত্নু য়াংনা চেনবদি নত্তে ময়াইরক্তা ওইবা চাংদা থোই।

অশুম লাকপনা য়ুম মপা য়োরবদা গাড়ীদগী কুমথত্নুা কোম্ছোং ময়াদা মপোং মচৈ লৌথবা লোইরগা ভাড়া পীরকপত্নু লৌত্নুা মফমত্নু থাদোক্লমলগা লম্বী অশম্বা অমদা থৌরকই। রাগা রাবনে মুংশাগনা শাবনে ঈশিং খৌরাংবনস্থ চিনবান চরম কংলে থৌনা থৌনা লাকপনা লমথাংদা লম্বী মতাই অমদা পুখ্রি মচা লৈরম্ব থেংনক্লরে। লমদাত্নু খুল্লক লম্ন তাই উপাল রাপলনা নাখল ওইব য়ুমলকনি। পুখ্রিত্নু হেক য়েংবদ চান্নরমগদবা মানদে থেংনক্লবসিন খৌরাংবা হেম্নকপন। থকপা ফৈ ফত্তে থোইনা রাখল তৌরুদনা গাড়ীত্নু উরুমদা খাম্লম্লগা চংশিনখিত্নুা মথুংনা ঈশিংত্নু অনি অহুমলক হাইদোকই। ঈমাইদা মমাই লুকথক্লবদা মশাত্নু অখণ্ডবা পোক্লকই। ভকচাননা মুনা য়েংই থেককোই থেককোই লেংলি লেংলিবা লাইজ-ইপোমলক্ত মী অমগী শক্তদ ইরোম্নুংদা লৈরে। লেংলি লেংলিরম্বদগী লেংলক্লবদা শক্তমত্নু নোক্লী নোক্লীব মুপীগী শকফম ওইরমলে অঙাং ময়াম লাকপগী লাংবা খোজেল অমা মানা লৈরিবা মাইকৈদোমদ নকশিল্লকই।

খঙহৌদনা ইমাইদা লৈতুমগুম্ব পোৎ অমা থাদরকপগী ইরাওখোললক্ত মীনোকখোল অমগা ইরোয়ননা তারকই ইঙক

ওক্ল নোংথক্ত য়েংখংলি  মনা পুংবা হৈনৌ  পাম্বী মশা কা-
রোংদা উ তাংলৈগী মতৌগুম লৈশাবী মচা অমা লৈরম্মে ওক্লম্ব
থাদোক্তুনা হৌজিক্তদ মখোন থোক্তনা নোক্লকলে ঈশিং থকনি
ঈকাও কাওবগুম লৈরম্বছু নিংশিংলক্লুনা লৈরাই মপান্দগী ইশিং
লাম্ল লাম্লহুনা থকলে। নুপীসিনদি ইশিং থকপা চংলকপহু হান্নবা
উরবনি মতৌ য়েংনিংহুনা উথক্ত য়ৈশিন্দুনা লৈবনি ইশিং থকপা
লোইরগা তম্লহুনা লক্লুগেবু খল্লুবনি মহাক্লদি মহাক লৈ থঙবদি
নত্তবনা চুমথ্রিং চ'লক্তুনা তৌরিবহু উনারক্তগী মাইথোঙ খজিক
হাইদোক্তুনা লুকথনা য়েংথরকপদ ইরোননুংদা তাবা মমি উবদা
থঙবোই ঙকচানবোই তৌরকপহুদা নোকনিংলক্তুনা হৈনৌ অমা
তনহেক হেকলগা নোকপগা লোইননা হুম্বরকখিবনি খুদক্ত অঙাং
পুংকক চাউব কাংবু অমা নাওরী পাযবা য়াও উহৈ চরোং
পায়ব য়াও পুখ্রি মপান্দা ইরাং লাংলরি উথক্ত লৈরম্বী নুপীহু
উখাদা অমুক কুমথরকলে। মশম য়াম্মী শমকক্তুম্নু লেংপাক
ফংদনা ককপা শমককনি। মুনা জব্রাই জবাই তাই নুপীগী
হৌনবী ইকায হঙ্গোইজবা ইপক পকশিন্দবগুমক্ট লৈতেং মমি
তাদে মবুক্ত নাওরী অমম্নু য়েপ্পী। লাইবক নাকচিদা শোকখিবগী
দাক শাংলপ্প লৈ। শাকফমদি শাংতক্লবা য়েক্লম মাইদানি, মথোনা
লৈবী শক্তমগুমই। মীংতা নাতা চিম্বান য়াতা লৈকম থোকপা
নুপীগী লৈখনা রাংতে তৌবতবু কম্বা করুম্নব শকওংগী মক্লমদা
থোংচ মেংজবা পুম্ব লোংথ্রবগুম তৌবনা নুপীগুম্নদি তৌদ্রে।
নুপী মানা নুপাদোনা লৈরম্ব মতৌহু য়েংলগা রিকসো থৌবহুগী

পুক্লিংদা অঙকপা মুংশিবা নোকনিংবা ইতিন তিঙ্গৈ ঈমুন মুন্থে। তোঙগাননা মরু ময়াং চেংপা মশা উইনা থিঙব পাঙ্গল লৈবা মাল্লি মশক্তম মশাঙ্গং নৌনা উবা মীদদি কুম্মৈ ওইদনিংঙাই করি লৈ?

মরম অসিনা রিকসো থোঁবহুদি পঙয়েংদ য়েংনিংই য়েংল য়েংলগা মুঙায়বহুম মপোকই। মখোল থোক্ল নোক্তবস্ত চিন্ন-ন্দদি নোক্তনা লৈরে হায়বহুম মশানা কাওথোক্লবগুম নোকলি মীনোক্তদা হৈনদবরা নত্রগা শাওনিং শক্ত ওইবনরা মুপা মানবী হুনা করিগীনো নমিৎতুনা ঐঙোন্দ মুন্ন য়েংলগা নোকলিবদি কনানা ঐ হেক উবগা নোকউ হায় অশাও শক্তম্নমা ঙাংলকই।

মাগী রাতা মাগী মতৌহু মপুক্লিংহু ঈথক থকৎলি অহুগা মচিন্দদি ইঁচম চম্ন নহাকপু য়েংলগা নোকচবা নত্তে চুম্নগুম নোকনিংহুনা নোকপনিদা খুমই শেংনা খুম্বদি নত্রে। পুক্লিংদদি খল্লি, "মুপীদা মুপাগী শাঙ্গৎ চেন্নম্নবদবু ূকবিগীদি নোকনিং-লোইদগে অগুম্না ওম্ন তৈনবা নতৌসে য়েংবদ ঐদ নত্তনা কনা নোকনিংদব ঙমনি ঙক্তবস্তু য়াত্র নঙসে অঙকপা বিধাতাগী খুৎ-শেমনি", চুম্ন অগুম নোকনিংহুনতা লৈরদি নঙদি অঙাওবনিদনা শক্তাদো মানবু মাল্লি ইবুংঙো, মকমসিদদিনে নঙনা ঙাওবদা ওইজ ওইথক ফংলোই কৈংেলদনা চাম্নলি চৎপ্রো চৎলো খোইদৌ শীকপা রাত্র তাবদা শাওনিবোই করেম্ননিংবোই তৌরকই অহুবু মমিৎনদি মীতানা য়েংলহুনা নঙবু উবদা ঙাওদবা জগত্তা

কনাবু লৈনি ইবেম্মা মসি মুপাসিদি কৈদানিদনা হৈনৌ লুখাকসি চারগা চ'কেয়া নত্রগা নাওরি মরুসি ওইনা লাল্লকউরো তাখৎনা খুম্লকই উশিং থওইবীদবা মওংনি।

মাদি রাঙাং মশক্ত মহুদ শাওনিংববু লৈন্দরে মু'শিবা অম-হুম য়াওরে। ররী গুহুনা মতৌহ্ লক্লহুমা ময়েংনিংলে লুখাকপু মীঙোম্মা পীজবা হৌনব্রো পীদনা পীরবদি মপূম অ। ওইনা পীরোদনা চারগ চৎলগে ওস্থোক্ল মমাই ক'খ্রেদা মসি মুপাসিদি মাইদাগনিদনা হেক হায়বা লোইবগা হৈনৌ লুখাক্লুনা থায়। য়াংমম্বনা লৈথোকপা নংহৌদে মথবাক্ত মপা চানা পাল্লে। অঙাং শি হুদি নুপীহুগী মচিং মশোন খঙবনিনা কীনবহুম পোকলে অমদ। অমুক য়েং, অমদ অমুক য়েং, মীৎলৈ তোইনরে।

খঙহৌদনা মকোক্ত উপ্প তুপীহু নাওরী মরুনা থাহুনা মাল দ প ইথহল্লে। ওস্থোক্ল থুংলৈ থুনা থুংচুমগ্রব হায়বহুনি। বিকপো থৌবহুগী অথঙনবা চঙক্লবা শকফমহু উবদা অঙাংশিংহু হায়গী কিথি কীক্লম্ববা মতৌ থাদোক্লুনা মযা হৈহি হিগংলহনা ইশি শীনা মহৈ মহৈ নোকথে রক্লে। ময়ামনা নোকপঙ্গদা মুপী মাম্বী-হুস্থ য়াওনা নোকলে মীনোক খোলনা ইবাং লাংলে য়েংবদা ফাগী কুম্মে তারে মুপী:গী মতৌগুদি কীহম্বনি ভৌবঙস্বগী অহৈবক্ল উংথে কপনি।

হৈশি বা খুক পহু ঙক্লস্থ অকিবদি লৈতে নাচুংবিক্লদে লৈমাইদ ত বা তুপীহু চংশিন্দুনা থুনকংকে নোম্থক্লবদা নাম্বোম্মা পাইশিল্ল-

কপা মরু অমনা অমুক লাপথোকহন্নি মরুনা ঙংনা লাকপগী মখোল তুপিদা পানবগী মখোল অনিনা অমুক্কা থংহল্লে। মাদি অমুক কাপ্লকনি থল্লুদবনা চেক'ৗন্নুদবনি। নুপীচুগী মওংচু লক্কবিবনি খন্দুনা নোকলিব মরক্ক মাসু নোকখোরক্লে। অঙাংশিংদি নোকপনা পুকলি ত্তিংলে। থুম্দোম্বীনা নাওরি মরিদা য়াল্লগা লৈর লৈরহুনা হন্দক্কী কাপীররোই থুন্নো হয়েং মতুং মনাওদি য়েংলগা মরম চাদনা নোকপা য়াদে হায়বা কাওন্নু ব্রাসি হায়রমলগ অঙাং শিংচুগা লোইননা উরক ব্রারক ফাওচুনা অশুম চংখিবনা উখিদ্রে। মপুক্লিংদা খলহৌই শিবু শীদ্রবনি অঙক অঙকপা ঙাক্ক থেংনৈদা মওল মওল খল্লকপা ব্রাখংগ পোইনন ইম্মাল ত্তাম্ন কাখংলকই।

সসারসিদা মমা মপা মচিন মনাও মরুপ মপাং নুংশিপা ত্তমক্কপা হৈরকপা পুন্নমকসিগী ব্রাংমদা ত্তোপ ত্তোপ্প নুংশিবা অমথক্লা মীওইবদা অমুক অমুক্কী হৌবা লাকই। মতম অসিদা অসিগুম্ব নুংশিবসে ঐদি লায়রৈ ইশক থী ইপোক ফক্তে অহুনা ব্রাংনা তম্বীযু অচুগা ঐদি হনাক খুল্লি ঈশক ফজে মপোক ফৈ অচুনা শরুক হেন্ন হাচীগ্গ হায়ব য়গদ্র? কৈদনা ফংবা মখোং কারকপগী লনবু ওক্তবা কনা পোকই। লমদাংসিবু কান্দুনা চংপা ঙম্ব কনা লৈ মসিনা থুংলববদা তাইবঙলেনগী অক্ক অহেন অথেই অহেন অক নুঙাই ফ নিংদবা কনা য়াওই শে নিং চানিং মানং থুংদ্রবা কনাগী মফমদা পুন্নমক আসিনা খোঙ্গরাং খোইশাওনহল্লোইদ্র পুক্লিং শোকপনা ওংপীরোইদ্র অহিংবনা পুন্সিগী মরু ওইবনা হিংনবগীদমক লেম্ব ত্তাবনা মৈচাক খানা পুবা হৈহম্ব মত্তারোইদ্র?

অহিংবা লানলক্ত হকচাংবু মীনাই য়োংহিং চন শিন্থাগী কৈ-ভুমশঙদ পুন্সিবু বন্দী থম ভাইবঙলক্ত পাল্লগস্থ মীওইনা পোকপ নিনা আশাগী লৈকোলদি লৈখোং শোমদবা য়াদেদো লৈহাও হাপ্তব ঙমদেদো। ফনা শাগৎলুই হায়হুনবু অতোম্ব থম্মোয়দা হম্ববগী অরাবদি করম তাম্মোকপা ঙমনি লায়র অনং খোঙতেক মীগুাং শোনাইব কয়ানা শৌ শারবা ভাইবঙপানগী অরা অনা পুম্নমকসিবু পৃথিবী রা মদ হুন্দোকপা য়াগত্র? যৌবনগী ময়াই বাবা রাখল মীথোইনিংবা অশা পুস্থ হম্ববা পুকনিংগী খোঙপ কন হম নেৎখাইহনা থমলবস্থ চৎপিখিবা লৈতেদো।

অপাম নুংশি ইথক লিশিং লিশিং হৌহনস্থ নিংজ কনাদা রাহৌরুনি অপাম কাদা ইচং থৌনা রাফোংলুনি নুংশি বসন্ত অয়ুক্ত নি জবনা ঙাওহন্দুনা ফোংনিংবগী রাখলনা অচৌ অপীক নাইরুদনা পুন্সি খোঙবু খোঙলেইনসি পাওদমজরুবদ ফংলকপা চৈফম লৈতবা ঈকায়বগী চৈনা ঙসিফাও থম্মোয়নুংদা কোকঙমত্রি পুন্সিদা ফংবা থম্মোয় ফাওনা লেংবা চৈনাখোলবু তরাইনা করম কাওঙমনি খুৎথিবা নংবনাউরু থল্লু থুদিং তুকচবা উৎলরুত্র নিংজববু থুগাইবিগত্র মাংওইনবা রাখল পলনা পম্থিংলকপনা কীহল্লে খীহল্লে। নুংশিরুবা মাগীথম্মোয়গা নিংলুবী মাগী শাগৎলুবা রাখলগা অনিনা লকানুংদা মথন্ত রারী রাচানা নুংশিনবা শক ফোংঙম ফোংঙমদ কংনা কংনা কেমজংৌব মঙাই। পুঙম শাঙমত্রব রাখল্লক্ত থাংবনা খুইথররুবদা হে অপাম নুংশি নংদি ঐনা ওকচব ইতিক নত্তে, ঐঙোন্দ তাংলরগা মীনা থীনা শোম্নবীগনি, নুঙাই-

কোন্দ চেংলৌ ঙেম্ন নৈব লাইবক ফবা কাদা ননিং তম্ন তাংলু, হাইনা ছম্ন শান্নক, মগুন ফন' শেম্নি নি পুক্নিংকোন্দ শোন্থ নঙ হুনা বিদাই তৌজৈদো অশুম্ন ঙিদাই চমারক পীহনস্থ মথোং কারকপগী লাইরেম্বীনা মাইওলথিবা হোনত্র তু হনখীখিব ঙৈত্র?

শা'বী শনৌ কম্না মশু' মমান্নবা নুপীজ্ঞা কয়া পূহনা হেক হেক চংলি মথোয় মশেল শান্না ম্নশি ব্রারি ব্রাতাই মনাদ তারক্কব নত্তে। তাই জুবা জুরা চৎমিন্ন, কা'বু কাংবু কোইমিন্ন হুরাও কুম্মেলক ঙাওমিন্নজবা মযামগী নুংাষক: মতৌ উদবা নত্ত উই। অতোপ্ন হকচাংদ লাইবক খিবা ফিজেংনা শা'গোন্নরব কনাগী মফমদদি করি ওইরমগবা। আশা চাউবস্থ হৈহন মীথোই নিংবা ব্রাখলস্থ খনহন অক নুংাইগী মমলস্থ খঙনবীবা নিংবস্থ মহৈহনব ফংবগী শক্কক্ৰী ব্রাংপা কনাগী মফমদা ত ইবঙবু করি ওইনা উবিগবা! পুন্সিবু করি ওইনা খল্লিগবা।

নোংমতস্থ মুজ্ঞা ওইবী কনানা চুম্ন যে বিবা নুপানি হায়বত খঙবিবা নত্তনা নুংশি মীংচি থাবিরদে মীগ্ন শিদি মীরক্ত ফলকই হয়হুনস্থ মুজ্ঞা কনানা নোংমতস্থ নুংশি মীনোক তগীবদে। য়োংপুদি য়োংচাবীনা চিংবা ফৌনদো য়োংনি হায়হুনস্থ কোলহিং কুয়োমনবা য়োংপুদি করম চিংনি। ঈশিং হায়বত্নদি মীনা পামনৈ অনৈবা ঈশিংদি কনানা থকনিংনি।

## তরামওাগুবা পন্দুপ

থানথিব নুমিৎ অহুমক্তদ মবানি ইম্ফাল তাম্ন কারকই অহ্ ব জ্ঞানেশ্বরনা হাইখিহনা মমুম য়োবদা পুনিমা শীভ খায়হনা লৈরম্মী ঙহাক ঙাযরবা মতুংদা লাকমিন্নবনি থ্বাইরম্বন য়োবগা হোটেলদা চংহুন করিগুম্ব অচা অথক থর চামিন থকমিন্নকুই অহুদগী ফী য়োনকমদা চংহুন অপাম্ব ফী লৈবীরমগে থনন্দুনা লৈ। জ্ঞানেশ্বরনা মাগী মমা মপা মচিন মৌপরাগী য়াওনা লৈখিশি। হায়কুবদা লৈকন্নু লৈত্রম্বু য়ানি হায়হুনা থামই মহ্নদা মানা ন গীতা লৈরগা মখোয়গী যাওত্রবদি নুংঙায়গদ্রো নহালমুকীদ থাবললৈগা নঙগীতা লৈবীরকপা মঙাই মখোয়গীদি থুংবদ্রে ঐ হাক যাম্না নুঙায়তে লৈখিসি পৈশাগী ৱাদি থল্লুন্নু ঐঙোন্দ লৈবা নঙগীনি, নঙোন্দ লৈবা ঐগীনি নত্রনে হোয়নে লৈরোনে ঐ য়ারে অ ম্ন হায়নহুনা মবানি চংনা থন-থন্দুনা লৈরে। জ্ঞানেশ্বরদি মানা তৌশি চংশি হায়না নিংজবগা লোইননা লাংজরকপদ থমগুবা য়ৈহংলুবা অসিমক মঙোন্দা ৱারৌগম্ব ওইনা থোকপনা পুর্ণিমানম্ব কন্ন থামলুশা থক ঙমজদে। মানা তৌসি হায়বা ৱানা অকায়ব ফত্তব ওইব তারগদি থাম্ব ঙম্বগী পাঙ্গলম্ব মরৈগদবনি মহু থোক্তবনা মাগী ৱা ঙাক্তব ঙমদে।

লৈবা লেইরবদ ফী হাপ্ল চেথাওমথৈ গাড়ী মমুংদ হাপচল্লবদ সেনৈমা য়েংউসি হায়হুনা হোল তাম অমুক লাকলে। অগুম্ব লাকপদা লম্বী মতাইগী থোঙ লম্বীদা মমাঙৈঙ উনবিব রিকসো

থোৱহৃগা অত্তোংবা মীগা পৈশা খুশিন্নহৃনা লৈরম্বহ্ হেক উক্লরে ঙসি উবসিনা অনিঙগা নত্তে কয়ারক অমনা অমবু উন্নগ্রবনী উক্লবহৃমক কৌনঙাংনবা ৱারী ৱাতাই শান্নবা য়াবা মচনর্দি নত্তে।

মানস্থ মীপূনা চংলম্ব, মহাক্লস্থ গাড়ীদা চংপা হেক থোক লম, মফম মতাং থৈনবা ঙাক ওংরম, তানবা কৌগদবস্থ তাঞ্জা চাদ থোক, উন উন উনদবা ঙাক্তনি, উনফমসিমকস্থ সেনেমা হোগ ময়াদনি।

লম্বী মতাইদা গাড়ী থারম্লগা মনাক্ত চংশিন্নকপগা মমাই লৈথোরকপগা তানচাক্লহৃনা উন্নরে জ্ঞানেস্বরদি থোইনা ঙকন। থোকত্রে অহৃগা মহাক্তী থঙউ উবা ওইনা থোকপনরা ঙকচানঙমই। উদবা কুইত্রেদা নহালগৈ কদায়দ লৈক্লবগে? কলকত্ত দা থা থর লৈক্লরে, কলকত্তাদদি করি থবক তৌবিরিবা, থবক তৌব নত্তে লাইরিক তমজবনি অমুক চংজগ্রনি, মঙ্গল ওইবিয়ু হৌজিক্ল কদোমদা লেংনিরকপনো? সেনেমা য়েংসিরা হায়হৃনা লাকপনি য়েংগদববু ইথত্তরো আদা গাড়ী মনুংদঃ ফমলীবসিগনি। মানা অদোমগী কনা ওইরবনো। ৱাহংহৃদ খুমদলা নোকপত্তমক নোকই। মীনোক্তুদ থঙলে শক্তী ঈংইদনা মীংবু করি কো বগে? নাশোন পীক্লপ্ল পুর্নিমা কৌয়ে হায়না পাওখুমজে টিকেত্তি ককপীরত্র, ককত্রিয়ে লাকত ঙাইরিয়ে নং উবদ উন্নররিবসিনি গাড়ী তোংগদব মীনা চংসি হায়রৈ। মী ঙাইরিবনি হায়শন্দুনা জ্ঞানেশ্বরদা অসিদা লৈবিরম্ব, ঐ লৌজকগে হায়রগা চংকে তৌই।

মহুদা জ্ঞানেশ্বরনা খাম্নহুনা শেলসি পায়খো হায়ক্লবদ মহাকী অ।াওব শেম্ন ককলুগে হায়ৈজ মহুদ মহ ক্ল মহু তৌমু য়াদে হায়হুনা শেল নমহুনা পীশিল্লী। য়ারোংদব মঙং খঙহুনা শেলহু লৌরগা মীরক খাইনা চৎখ্রে।

টিকেট ককলুরগা তু'দা জ্ঞানেস্বরনা হুকান্দগী কা মতপ অনি লৈবহুনা অমনা মঙোন্দা পীজরে অমনা মানা চারে ঙহাক রারি শান্নরিঙৈদ অমুকসু তেংগদব মী চংলক্লনা কায়নবা তারে। ম'শিংহু পুহুনা অহুম থৌখ্রে। সেনেমা উংকদব পুংফম ঙকয়া ওইশিল্লকপনা পুর্ণিমা অমসূং জ্ঞানেস্বর মবানিসু সেনেমা য়েংবা চংমিন্নহোই।

সেনেমা লোইহুনা থেরকপদদি মুমিংসু ফনা লৈথরমলে ঙম্ন যোহৌনবা হায়হুনা গাডী য়াংনা থোহনা মবানি হাইথমিম্ন রকই। নুনিং চিংয়া থাংলমদাই খুজিল য়োরকই। মফমহুকাওব খিল্লম্নগা হনথীব য়াবনি মথন্ত থাজনখিবহু মীযুমহুগী মীমাংদা ফজদে থিল্লবদী ময়ুম য়োনা থীনজীস্বিরম্বনা ফনী থন্দুনা মহাক্ল হান্নদগী শীম্নজরকপা য়ুমহুমক্তদ গাড়ী থনম্নগা হি তোংহুন রাংম য়োনা লাল্লকই।

নুংশিংকী শউমলক্ত লাইজ ইথকন নোমহো নোমহো চৎলিব ইপাকথক্তনা হিমত্তং তরক্ল হোললিব, নৌগী নোহোনগা লাইজ ঈরাওখোলগা তিম্নখিবা নোংদোনগী অহাংলক্ত লম্নকী চেক্লাশিংন তুবং তুবং ঈমাইদা মমি তানা পাইরিবা, নিংথারকমগী লোই-

শক্লীবা থীংঙেলদগী চেম্বরকপা ঈশি না ইথুম্লবা মুম পংংদা ইপোম ওইনা ঙাথু থেংথু য়ৈরিবা খোংনাং পাম্বী মশক্তু পাইংোক পাইশিন শাম্নরিবা উচেকশিংগী উচেকখোল পুম্নমক্তুন হিন্নুংদ তোংমিম্নরীবা করাও ংম্নাম লাকচরিবা মবানিগী মফমদদি কয়াদ খঙ্গোয় ছনা উরবা মুংওলনা তারবা।

অসোম ৱাংমগী তোব্বান য়োৱবদা জ্ঞানেশ্বরনা পুর্ণিমাগাস্থু শকথঙ মাইথঙনজরম্ব অরল হৈরোইতুদ ইপল ঐহাক মাবু থিজন্বীর মথিগে ইপলনা ঙহাক্তং ঙাইবিরম্মো ঐ হন্নকখিনি অংরক্তী ওইনা হিরালমলহু পুম্না পীজগে য়াগত্র হঙই য়ানি কুইদি কুইরকনু হায়হুনা লৈহৌই। হীম্বংদগী কুমথহুনা মপোং মচৈহু পাম্নামনহুন মুমফাও থিজ্নগা হন্নকই। অসোম থংব ঈপাল তাম্ন লাক্তুনা খোংচৎ অনিগী হিরামল পীরমলগা গারী গৌদোক্তুনা মযুম তাম্ন লাকই। মুমিংসীগী নোংঙাম্বদদি মহাক মযুম থাদোক্তুনা অমুক হংখি।

## তরাতরুকশুবা পন্দুপ

লৈগী লৈনমদি মালংনা পুই। নাংোন কম্নাংনা লৌহুনা মুংশি মুংশিদে হায়ব থঙই। অপাম মুংশি লৈনমদি কনানা পুবী খঙ্গোয় লকাদা কয়ম্ব শকউদবা শোংশক্তা তিন্দুনা খঙ্গোয়কোক্ষ অনিংবা পোকলিবা! নিংজবগী পোংচাক পাজীনা তাকঙমগত্র?

মু শিবগী পোৎলম বিজ্ঞানীক্ন হায়ডমগদ্র ? ঙকঁ৺দকো তাইবঙ পালবু পুন্সিব অপাম মুংশি কৌবা নহাকসে ! য়েংনিং উনিংবা ৱাখলনা তত্তনা হৌরে। য়ুমগী ভাড়া ছুম্ন ছুম্ন মপুক পুবা ঙন্নব হোৎনবদা মথৌ চিৱনা শংদবগ মী পুন্থনা চৎপা য়াবা তাঙ্গা লাক্তবগা অসিনা চৎনিং চ নিং চৎঙমখিদে। লোংমদি লাইবক কবনা মী পুন্থনা চৎপা তারৈ নহালমথৈ য়ৌনিংলম্বদো মুমিৎ অহ্নুনা মনিং থুংহন্নৌরে।

করি মরী লৈহ্নুনা উক্তরিবা শকনো ? কমদৌনা মীতাৱক্লিব মঙাওংবা নাইতোম চেংলোনো খন্নদা মথন্ত ঙকচৈ। শক্তমহুদগী থে ৱকপা মখোজেল অহ্নুনা তুশোম্নুনা য়াতাপ্রব মু শিববু য়াকাই হল্লকলিব মাগী মওং মভৌহ্নুনা তত্তনা কৌৱরিবা করিগীনো মথন্ত হংজবদ মথক্তগী পাওথুম মথন্তনা পীঙমদ্রে। খোইদারে হায়হুনবু করম্ন মহাক্তগী ক দা পাওদমলুনি, মুপী ওইবীগী ৱাংমদ নাইতোম্নরমকবী মঙোন্দা কমদৌনা মুংশি ভীক্তা নিক্রনি, করি ৱা ওায়রগা করম মতৌ উৎলগা মুংশি খোজান ফংগনি চৎলে চৎনা চারে চানা ৱাখল লংজিল থিবদ অৱাবত হেনগৎলৈ।

মী পুনা খৌবিবহ্নুনা থেংনক্তম হেস্তোক্রনা লাল্লকপদা অতোংব মীহ্নুগী থাকম য়োহ্নুনা কুমথহোরে। তাৱা লোরগা থেংনকম তান্ন লাকই অহ্নুবু মফমহ্নবাইহ্নুদি কনাম্নু লৈরমদে লাকথিবদম্নু লৈহৌদে ইচিক চিকই মথক থৱ থৌগৎলগা ক্কুল অমগী মনাক্ত গাড়ীহ্নু থাহ্নুনা মী ঙায়ৱা শানা ঙায়। য়ুম্ননা কদায়-

দনো থোরকত্র থোরক্লোইত্র খঙবা জাং নক্তে লম্দা অহুম্বাইদা লৈরমনি থনহুনা মরৈ'রিবা হায়হুনি।

ঙহাক লৈরিঙৈ ইমফাল চংসি হায়হুনা মী মথং মথং লাকই শেনদি তাম্নিংবনি অগবু উনিংবা ময়াইনা চংনিংত্রে মা পূগদবা ঙায়বনি হায়শমহুনা লৈথহোই। ফনা কুইনা ঙায়রবদ অঙাং অমথক লাপ্প লাকপা উই নক শিল্লকপদ মশক খঙলে হরাওবনা ইপোম লাংলৈ মমিং মথা খঙবদি নত্তবনা কোফম লাকফম খঙত্রে য়েংলকপা মপা চানা মখুং হংতুনা কোক্লই। অঙাংতুস্তু মুপ্প য়েংঙকই মাস্তু খঙলমানে নোক্লী নোক্লা পন্থদনা চেম্ম লাকই।

মনাক য়োম্নকপদ নহাকপু কদায়দ চংলুবনো হঙই। মখুত্ত পায়বা থাওহু উংতুনা হুকান্দগী পোং লৈক্লবনি খুমই। রা অম হঙগে কৌবনি নহালগী মুপীহুবু কদায়দা লৈবনো আদা লৈরিবা কোম্হোং অসিদা চংলগা লৈবনি ঐখোয়গস্তু মুম অহুম লোম্নরে লৈরম লাক্লম্বদি উরমত্র ঐনা থোরকপদা মথন্ত অরাং লৈকাইদা চংখিবা উহোই করি হায়দোইনো খঙনিংহুনা চুম্ম হঙবনিদা মীংবু করি কৌবগে? লিলাবতী কৌই। মহাকপু মুপাদোনা অহুম তৌরত্রো ইমাহোইনা হায়বদি খোঙগ্রাও ফুরিংতমক শেংতুনা লাকই ফনেক শেংলু ফী ইন্নু য়াদে মমাম্মবীস্তু তিম্নখোংন তৌ-দে মুপামচাগতা লোয়নৈ হায়, হৌজিকফাও তৌরিত্রনে? হৌজিকপুদি চাওরক্লবনিনা তৌত্রেননা অহুবু হৌজিকস্তু মুপী-মরক্তা কয়া তোরোং থাদানদে ঐখোয়গুম অঙাং ঙাক্তপা তিম্ন-রিবসিনি ঐ ঙাইনরম্নগনি চংগ্রগে হায়হুনা চেম্ম চেম্ম চংত্রে।

শম্লপ্ল রারী তাহৌঁবহ্না স্নুঙাইখদি পোকচৈ অহুবু মরি মখোঙ্ভ শুনা তানিংবনি খাম্মুবা য়াদনা চংখিবনা ঈপেন পেন-হৌদে। হল্ল সিরা লাকপহ্ম ঙাইথিসিরা খম্ল ঙহাক লৈম্লিঙৈ-হুমক্তদ অঙাংনা হায়রম্বগুমহ্না স্নুপীহুমক লাকএ, লাপ্লপ উব-দ হেক্তা খঙই অনিংবা মীসিদি অনক অরাপ খীদনা উবু উরখদি হেক্ত শক্লাকপা ঙমবোইয়ে।

স্নুপানা লিংকদবা খুদাংচোনবী কোল্লর য়াওবী ফুম্লিং অ-রাংবা অমা লিংলি। ফুম্লিঙ্ভুগী চোম্থরকপা ফিদোন মচিন অনিহু পুম্ল মবুক লাকশম্ল কীশল্লি। ফনেক শেংলিদি হায়ববু ওইনা কোংনা শেংলি শমনা লোংনা হাকংলি।

হাম্ল কৌহৌসিরা মানা কৌরক্লদি করম খুমনি ঐবু মানা খঙলমথিদ্র চরাংনবা রাথলনা মবুক লাংঙকই। শকউদ্রিঙৈদদি উনিংবনা লাংতক্লরম্বনি উরকপসিদদি রাহ ইচিল চিল্লকপোহ রাথল ইচোই চোঙবোই তৌরকই। অহুমকপু উম্লরিঙৈসিদা রাহৈ অমনিদা ওইরস্থ হায়হৌগে য়াবা য়াদবা ইরাইবকনি তোইন লাকপস্থ ফ লোই খন্দুনা কোম্হোং য়ৌদ্রিঙৈ মানা হম্ল য়ৌহৌগে নিংহুনা গাঙী থৌহুনা লাকই। সুপীহুনস্থ মাবু উবদগী বিক্লো থৌবহুনি হায়বা খঙলে। উথোক্তনা উবনে মানা তৌথিবা মতৌহু নিংশিংলকপনে নোক্লী নোক্লী তৌরকই। শকখঙনখিবগী ইচম চম্ব মীনোকনি, মীনোক্ত উবদদি নিংজক্লবা কনাগী মফমদ স্নুঙইনিংঙাইনি। শোম্বক্লবা পুক্লিং তেখংলিংঙাইনি। মাইথোং

অনিমক মামদে অমনা মুংশি-ঈখো লাংনা মুংশ: খিরূপ তৌবা শক্তমনি অমনা উন্নবদা ইতিং তিংনা তরাম মোমোন্নবা মাইখোংনি।

গার্ভিদগী কুমথচুনা কদায়দ চংলুইনো হায়না কৌরুই। অরাং লৈকাইদা চংলুবনি খুম্মকই, তাল্লক্ত মী লাকপ, চংপা উদে মাদি পাওখুম্নগা অশুম চংখিদোই। থবক অচিনবা লৈহৌত্র বা থর হায়নিংবনি চংলগেরা? লৈহৌদে, করি রানো মমাই লৈশিল্লক্তনা হায়। মহাকী মতৌচুদা বা হেক ঙ'ংখোকপা ঙমদ্রে। মখুং নোইরচুনা য়েংবোই লুকথবোই তৌনা লৈরে ভুমিন লৈরবদি কৈদৌরে চংখ্রোরা চত্ত চংখ্রগদোই, খল্লচুনা নঙোন্দা হেক হায়গদবসি ঐকীরে মথঙ লাকপদা থেঙনরবদি মচুদা হায়রগে রারৌরন্নু, রাতাচুগা মাগী মতৌচুগা য়েংবদ নোক'নিংলক্নমানে নোক্লচুনা ঙসিদি নাওরীস্থ য়াওদ্রে নহালগী-চুবু হৌজিকফাওবা অশুম খল্লুচুনা চিংনরিত্র অচুগী বা নভেংা ঐনা হায়গদবসি নঙোন্দ তমলুরগা তথি তথি চৈরকদ্র খন্দুনা ঙমদ্রবনি, রাঙাংচু ঈনৈ নৈশন্ন খুমই অচুম্ন বা লোকংমু মুঙায়তে ঙম্মোইদব লৈরদি করিগী বা হায়গে হায়রিবনো মানা হায়গদবচু খঙনিংবনা অশুক কুইনা পম্বনিংউবনি নত্রবদি অচুম চংখিবা রাম্নবনি রাম্নবুদি হায়রগে নহাক শাওরকলোইদ্র কৈদৌবগী শাওদোইনো শাওরোই হায়মু নহান ইবানি থেংনখিদনা হোয়নে থেঙনৈনে, থেংনরুব পুমিত্তুদগী নঙবু মুংশিরুরে অচুনা নহাকপু উন্ননিংচুনা ঙাইরম্বনি অসিগুম রাতাসি অমুক্ত তারক্ত-বলিনা খাও লাওই। ঙসিদ তারকপসিদদি ঙকচানবগুমই মমিং

মনা শুকতোরক্লুনা অশাও শকফম ওল্লকই হৈনদব মতৌ উৎ-লকই অহুগী বাহু ঐরেঙান্দা কনানা হায়য়ু হায় নঙুগী নমা নপা লৈত্রো। মখোয়দা অহুম মুংশিয়ু ঙসিদি খঙদহুনা হায়রে মতুং মনাও নচিন্দুনা অমুক পল্লক্লবদি চোপতুনা তোকচনি খঙকেদনা চংগ্রো চংলো য়েংনিংদে। মমাই হাইগংপা ওয়গ্রে শাগংলম্ব আশা লাংলম্ব রাখল পুম্ব ময়াই চয় খুইথরে ঙহাক লৈরগা মমাই হাইগংলকপদদি মনাক্ত লৈরমগ্রে য়েংখোকলুবদ কোম্বোং হাইজিললম্মে চংনা চংনা অশাও মীয়েংন খানা য়েংলকই। মঙো-ন্দদি ঙান্ন ঙান্ন মমহৌই নিংলম্ব আশা মচেং মচেং তাহৌই করিন্নুংগী হায়রুরিবনো মথস্তগী পুক্লিংবু মখস্তনা চৈহৌই।

মফম অহুদগী তন্দে মান্দে থাংবা খোঙথাংনা ঙহাক গাড়ীহু ইন্ন ইন্ন চংলম্বদগী তোংখত্তুনা মরু লুরু থৌগ্রি ঙসাই লাকপ-দদি মাইখোঙ মকা লামজনা লাকচরম্ববনি কুইনম্নু ঙাইজরম্নবনি। হনখিরদনা কয়াদা মুংবংননা হনগ্রবা!

## তরাতরেৎশুবা পন্দুপ

পুন্সিগী মচিল তুমথংলকপা তাংকক্ত, হোংমকম্বগী লময়োব লমদাংদা য়াইফ থম্বাল শাংলু তগ্নবোই জ্ঞানেশ্বর পী এস দি মাইপাক্লে। স্কোলরসিপ কংহুনা রিসার্চ ফেল্লোসিপ ওইনা আমেরিকা মহাদেশতা চংপা তারে পাওসিমক ভারতকী

মক্ষম অয়াঙ্গদা ইশন শনখি মসিমক্ত জ্ঞানেশ্বরগী মকমদদি পুন্সিগী অহাখ খুদোং চাবা ফিরাল মমাই চুপ্ব হায়ভুনি। য়ুমগী নমা নপা মচিন মনাও ময়াম উম্নভুনা পুকমেন পাওমেন্নজনিংভুনা মরূমদমদা হল্লকই। ময়ুমদা থুংলে।

ভারত থাদোক্তুনা সমুদ্র লাম্ন চৎকদবা রাম্নমতু পুতুনা থুঙ্গ- দা লাকই মহাক্ত পুর্ণিমাহোইগী মথুম থুংলবদদি মপাতু অয়াঙ্গ লম অমদা চৎখিবনা লৈরমদে।

পুর্ণিমাস্ত মমাম্নবীনা হৌরতুনা ময়ুমদা ফী লাইজি থোংব য়াওমিম্নবা চৎমিম্নখি হায়তুনা লৈরমদে মমাতুগা মচাম্নুপা ১গতা লৈরম্মী। মমাতুনা মচাতু থাতুনা মচে কৌহশ্ব চৎহনখি জ্ঞানে- শ্বরস্ত পুর্ণিমা লাকত্রিভে মানা চৎকদবা পাওতু তমজৈ মতুদা মমাতুস্ত লাইবক ফবা মপাওস্থ তাবদ য়াম্ন হরাওজৈ। অশি বাদকী মতৌগুম মুংশিনিংভ্রাই ওইবা রা কয়া হাযবী। মতম শাংনা উম্নবা ফংলোইদবগী মুভায়ত্তবস্থ অতম মশোনজৈ। মপাগী মতস্ত তাকচবা ওইন মথা শমজরকই—নবানিগী দমক্তদি পুর্ণিমাগী মপানস্থ ননিং থুংহন্নিংগনি, অতুদা লরাই লমগা ওইবনে নংগা নংবনে মসিনা লৈবাক্ত করি হায়নগবা নংগী অহন লমন মরি মত্তাশিংনা করি কমদৌরমগদবা হায়বসিদা লাইমল ওইর বনি অওং অউলস্থ মতিক চানা তমনিংই লৈবাক মাংদা চোপ হন্নিংদেদো মসিদ খবদ লাইনিং ওইরবনি অতুবু নগুনা মতম শাংনা চৎকদবা লৈবসিনা নখোয়নিগী লাংবদা ইনিংদি থুংবা

ঙম্ননিদনা ইমাম্বনে নবানিত লৈমিন্নখিবহুত ইমিংনা উজবা ফং-খদো ইমাগীদি পেন্নবনি ইবুংঙো ইমানা পাবুংদা অওং অউনগী দমক কাহেন্ন কোক শাবীক্লনু তমকম খোকপা অঙবা খর চংনবী ঙাক্ল তমলগ লোইরে মহুদ য়াম্ব য়ামদবা ফজব ফজদব খোইন খিবীক্লগনু হায়না তম্বীয়ু ইমা ঐহাক্ল অরৈবনি হায়হুনা হঙ্গংচব নচ্চদে মীনা নোক্লগনি হায়হুনা পুক্লিং শোম্বগী পীদোম্ব ৱাহৈ অদো তাবদ ঐঙ্গোম্মদি খোইদোক্ল হুঙাইতে মীচিল হায়বসিদি থীংঙস নত্তে। ঙাংনিংবদ পঙঙাং ঙাংবনি হায়নিংবদ পঙহায় হায়বনি মখোয়গীদমক য়েংনা ঐশোয়না ৱাগদব নত্তে হায়জনিংই ইমা, ইমাগোইগী পুক্লিংদা লেপ্পীম্নিবহুনা মমল য়াম্নবনি ৱাখল অহুত লেংদবা ওইবিয়ু মচা লৈরী কৈদৌবগে।

অনং ৱাখলনা পুক্লিং পীকথনা লৈরম্বী লৈপাকলৈ পুক্লিং তেংনা হায়রকপা ৱাহৈহুনা পুক্লিং তেখংচন্নহুনা মাইথোং মকা লাম মচিন্দুনা নোকমী নোকমী হরাও মীনোক তম অহুগী ৱাবুদি ৱাক্লনুদা ইচাশিদি ইমানা নখুত্ত শীমদোতা ঙাইরবনি নঙদ মঙ্গল ওইহুনা তেক্ত কায়দবত লাইনিংউ নঙনা হন্নকপদদি মপাং মরৈম্বু চপচানা ফারনিদনা শিংবম্বু শিংলনিদনা অতম্মা হাতামনা ৱারী শান্নিঙৈ পূর্ণিমা থুংলৈ। কুইনা মাঙলুরগা হন্ন-কপা বসন্তনা মালেম নৌনা মালহৌনবঙম জ্ঞানেশ্বরনা অতম্ন লাকপসিদ পূর্ণিমাগী মকমদ য়েন্নিং হন্ননিংঙাই ওইরোইত্র? পঙনা উবা ফংদবী লাইজথকী খম্বাল উরগা খোইমুদি হরাওজরম

লোইত্র ? অহুখুদি উডনিংনদ পন্মু চেংলৌ তানিংবদ নুংশি মপাও শোন্নরিদো মচানুপী লাক্লবনিনা মমাহু ইমুংদগী থবক্ত মাইওনশিনগ্রে। পুর্ণিমানা মৌপারহু কৌশল্লগা শিংজু বাংঙৌ লৈক্লনবা অমুক থাগ্রে অহুগা মখোযনিদা কা অমদা কমম্মিন্নদুনা থারী রাভাই শানা ভুহাক লৈরম্বদগীদি মতম কুইনা থাদোক্লুনা চংখিগদবা পাওহু ভমলে অমুক উন্নবসিদগী অমুক উন্নদনা চংখি গদৌব। কায়নরমদাই রারীনিনা নুঙায়তবনা শরুক হৈল্লে মহাক্ল ভমলু হৈক্লব মহৈহুগী মগুনদি মশানা লাইবিক হৈহৌদবনা খঙজবনস্তেদো মীকোক থোংনা মাইপাক্লে তাবসিনা মাগীদি নুঙাই জবত মঙাই হন্দক কায়নবসিদগী অমুক হল্লক্লুনা উন্নবদদি পূন্সি লৈপুলনা ওকপীংনা লৌন লৈনরনি হায়বগী রাক্সোংদোক রা ঙাংনা থায়নরমদাইগী নুঙাযতবহুমদি নেমংখিবা য়াই মসিনা কথা কুইনি যুমগী পোম্বীনা লৈহৌনি লমগী চেক্লানা মরম লমলেন লান্ন পাইখিনি খন্নরুবদ মীংলুদা পীরাং শীম্বনিংঙাইনি।

নুঙাইরক্তব অরাবা কয়া নুংদা ফুমলগ। নুঙায়বা শানা পুর্ণিমানা হায়—নহাক লাক্তি বমথৈ ঙাইরমলগা শোইরেদনা। ঐবু থাদোকপদ নুঙায়তবা তৌবিগনু ঐদম্ভু নত্তে থ্রঙগী কয়ামস্তু লৈনরিবনি নঙগী য়াইকবনা ঐগীম্বুনি মংগী অহু বদা ঐগীস্তু শক্লক লৈরিবনি নঙনা শোইদ ঙামদন। নুঙাইনা থুংখিবা অনা অয়েক থুরৌ চেম্ব লৈহুন। মাইপাব্ল হল্লকপ অহুৎনি ঐনা মুমিং থা থুক্লমজহুনা ঙাইজগদবা চহি মরি মঙাবু কয়াম কুইবনো ঐদি

হাম্নদগী ঙায়না অশুম লাক্লবনিনা ঙাম্নবগী ঙাৰঙমদব অৱাবত্থদি নংনা ঙম্বীহুনা হৈহল্লবনিনা করিগু ৱারোই খাংব ঙমগনিয়ে। ঐনা খ্বাইদগী পেঙ্গবদি নঙনা অহুম্ন ঙাংবহুনি অহুম্ন পূকনিং চাওথোকপা ৱাহৈহুমকনি ঐনা নঙোন্দগী তানিংইগসে অহবু ঙনিদী তায়ে ঐদি নঙগীদা হন্দূনা ৱাক্করবনি মতম অশুক শাংবসে নংবু উদনা লৈগ্রনি নিংলুবত ইথল্লস্থ ইৱাদ ৱাই অহুবু পুম্নমক থাংবা তাই লৈপাকলৈগী অথোংপা লৈমানা থাংবা ঙমলগা মীওইবগী কল্লবা হকচাংনদি করিগী ঙম্লোইদগে ফরে মসিগী ৱাসি তোক্রসি; ৱুমদগী যাত্রা তোগদব ন্নুমিংসিদা হন্দক্তী এৱোত্রোমদ নঙ + ঐ ঙহাক উম্নরগা কায়নবা পামই নঙ করি খল্লি। ইমাদস্থ ঐ হায়গে নঙনবু পামলবদি থাবললৈগা লোইননা অঙম্ন কারকপা।

গাডীদা য়াওরক্লগা লোইরেদনা মৌপৱাহু শিংজু কাংঙৌ পৃহুনা কাহুদা চংলকই। পোংফম ফম্বীগী মমুমদা চত্তুনা লৈক্লবনি ঙ য়রগা পুরকপনি। শিংজুহু মমাগীগা মৌপৱাহুগনা শক্লক খাইহুনা পীরে। অহুগা মবানিগীনা শেমপাক্ত হাপত্তুনা চাম্মিম্নরে। মতম পুংফম হায়নহুনা লেপ্লজৈ ৱাকমহুমক মমাদা তমলে ম্নারে। ইমুংত্থদ ফনা কুইনা ৱারী ৱাতাই তৌনা লৈৱম্বদগী হল্লকই অহুগা পূর্ণিমাদি ন্নুংশুক ন্নুংজানবা মরক্ত লৈহৌই।

## তরানিপানগুবা পন্দুপ

খোঙশানগদবা নুমিৎতু য়োরহনা অমুক্কী ইক্ল মাই-থরে মমাগা মপাগফুস্ত ফিশেং শেতুনা ইমুংগী চনাম্হি ঈরং পোৎলম কৎতুনা খৌনিজ তুলসিবোংদা ঈশিং অথনবা অরংবা পাত্র অমা থিন হৈক্লক পানা কা হৈ লাকোই লাদা থেন, ধূপ থাগুমৈ থা, মঙ্গল পূজা লাংজে। চৎপা য়াবা মতাং থুং লবদা মমা মপা মচা মখোয় অহুম এরোড্রোম তাম্ন গাড়ীদা লাকই।

এরোড্রোম য়োবদা চংকদবা যাত্রিক কয়া ভীল্লম্মী গাড়ীদা থিনলরকপা লাককদবা ওকনবা কয়া মফমসিদা পুল্লম্মী গাড়ীদগী কুমথবগা কোইয়েং য়েং। লাকপা উদে মমা মপা অনিদি যাত্রিকশিংগী ডায়নফম মীতিনফমলোমদা চংহনা লৈখ্রি। মীতিনবা মীরক্ত জ্ঞানেশ্বর চৎনা চৎনা পন্থহোই। মপুক নিংনা থিরিবহু য়েংজে খজ্ঞানৈ! মীয়ামলক্তগী খঙহৌদনা মরুপ হায়না কৌরকই হম্ম য়েংথোকউবদ রিকসোথৌবহু ওই রম্মী মহাকম্ব বৃন্দাবন য়োগদবা অহন অনিথক থিল্লকপনি থিল্লম্নগা হাইদোকলকপনি চৎকদবহুগী মরিদা ব্রারী গুহাক তৌনজৈ অশুম্ন লৈমিম্নরম্বদগী, অমুক বিদাই তৌনহনা মবা-নিমুক কায়নরে।

ঘড়ীদা গুহাক 'লৈতনা লাংতক্ক য়েংই। লাক্লরোইদ্র লাকখিদ্র চরাংনৈ মীরক্ত মীৎনা য়েংবস্থ লেপতে লাউদ স্পী-

করদা প্রেম লাকপগী মরমদা লাওরি মপু ক্লুং ওঁনিক তনিক নুংঙাকনবিংঙ তাল্লক্লদ লুকথরম মমাইদু হ ইগংতুনা মীরক্ত মীথেং তা'রুবদনি মীরক থাইনা তশ্রী তপ্রী থমত্রাংননা চং-শিল্লক্লম পুনিমা থাবললৈ মবানিনা থাল্লম লাকপদু উরকলে রারম প্রক্লিংত থঙহন হন্থহল্ল নুঙাইবনা মীহুল তিংতিং চোং-লৈ মবানিননদি মাবু উদ্রি।

কদাযদ লৈরমগনি কদোমদা চংলগা থেংননি হাম্নবম্ন খঙ-জবা নত্তে„ এরোদ্রোমবুদি জ্ঞানেশ্বরনা তাক্লনা হাম্নদগী খঙ খ্রবনি অত্তবু চঙতুনা যেংলুবদি নত্তে। তীল্লমলিব ইরাং লাং-লম মীয়ামত্তু উবদ লমঙাওনগুম তোনা লাকলিঙৈদুদা হো-জিক্ত থুংলবদা ঙাইরিব্র হাযতুনা মাইয়োক্লনা হায় লমথাংদ গাড়ী বেডা তৌবকপদগী অবাকপা গাড়ী অমা হেক্ত কাব্লগা লাকপনে কয়াম থেংগ্রগে চংকদবা খিত্ত ঙায়রে প্লেন থু লরগনি ঙাইবীরম্নবু কয়াম কুইববগে তাদা হাযনা থাবললৈনা হংই ঐবুদি ঙহাক কুইরে লাকপা উদ্রবদ লাক্লরোংদ্র খল্লম্লবনি ফরে মসিগী নাকলসিদ লৈক্লসি লাও হায়তুনা মমা মপা অনিনা য়েংলকপদা উরোইদবা মচি অমদা পুশল্লি।

রারি শারিঙৈদা প্লেন পাইরকই নোংথক্ত মহৈ মহৈ য়েং খংনৈ মচান্নুপাত্তুবু কদায়দ লৈবনো য়েংনা য়েংনা মমিংতুনা লৈনা লৈনা থিবকলি। পুনিমানা চেথাও অম পুথোরক্লনা মমিমত্ত পুবিথো হায়তুনা পীকজরকই করিনোসিবু হায়বগা লোই-

ননা পায়শল্লি "নঙনা আদ শিজিন্নবা ফীনিদ'„ কি অসিমক ম-খুৎমক্লা শাজবা ঋিনি, ফিতুপ ন মখোয় অহুমত্থু উনা উনা মনাক্ত চংশিল্ল ঙমদনা য়েংনা যেংনা মীরক্ত লেপতুনা মমা মপা অনিত্থু লৈ, মচান্নুপাগা কোইনজৈ হাযবা খুঙ্গং নুপী হায়বত্থু ওইরিনি অমুক উন্নরোই হায়তুনা উন্নররিব ওইরমানে ভাবনা শাজন্দুনা খঙলৈ। নুপী অনিত্থুগী মরক্ত কনাগনো হান্নবত্থুস্থু ঙাংনরিব অতুনা অত্থুম তাকলে ঙসি উবসিনা মমা মপা অনিগীদি অহানবনি।

নোংখক্ত পাইরম্ন প্লেন অহ্ লৈখা কয় অশুম পাইখবক্তুনা রনবেদা তাতুনা চোল্ল। চেল্লম্নদগী তপথবকতুনা খাম্নবদা প্লেন দগী কুমথনবা সিডি পুশন্দুনা কুমথকম মপাদা খিল্লরবদ প্লেন মন্নু দগী মী মরিমরি কুমথনবক্রে। কুমথন লোইববদ লাওদ স্পীকরদা চৎনবা শেমশানবা মবমদা লাওথোকরক্লে মী পরেং পরেং চংশিনবা হৌগ্রে থুংলবগা ওল্লম্বগা উন্নতুনা মযুম পাংনা চৎনবকপ হৌরে।

পূর্ণিমা অমদি থাবললৈ মখোয়নিগী মফমদগী অরোইবা শিদাই লৌরত্থুনা লাক্লগা মমা মপানিদগীস্থু বিদাই তৌরত্থুনা থাতুনা লৈরবা প্লেন মনাক্লা চ শিনখ্রি। প্লেনসিনা পূত্থুনা চৎ গ্রনিকে। খল্লুবদা খম্মোয় পুবা রাহৌই। কাখত্থুনা চংলমদাইদা মমাই ওন্থোক্তুনা মখুৎ হাইরমলগা চংগ্রে মশক উখিদ্রে। পূর্ণিমা থাবললৈ মবানিস্থু মুনা যেংতুনা মখুৎ থাঙ্গংতুনা লৈহৌবত্থু

ময়েককুম থোকলৈ মসিগী মতুংদ মতম থানদুনা মী পোঙচিকপ মকমদ উন্নদুনা মুংশি রাৱী শান্নরকই পাম্মু শক উরগা নৌনা নৌনা ঈকায়ব পোকচৈ অত্তম ঈকায় য়েংঙরোই হায়স্থু হেক ঙমদ উরগা মাইপূব রাই উন্নরোই হায়স্থু উদ্রগ হেন্না উনিংব ঈখোলাং অসিগুম্বা মওং অমা মবুকনুংদা মথুম মরা; হৌরৈ মত্তৌহ্ন করিনো মশানা খঙজদে মপান্থোংদনা বাঙাং শাজৎ হাপ্পগী হান্নগুমই।

মতম অত্তম লোয়নরকপদগীদি ঈকায় হঙ্গোয়বা পুমন-মক নাথৈদুনা অত্তম ময়েং তারকপদগী অমগা অমগা কোইন-রকন্নে লিলাবতীসু নাইত্তোম লেনব পুন্সি লমজা ওইবা মপোক অহ্ন লিথোরকপদগী খঙলে মদুনা মঙোনদা মীনুংশি অমা পোক হল্লে। মুংশিবগী মথক্ত হেন্ন অরাবা উশনবী। মহাকী থুঁদোং চাদব কয়া লিহুনা চেন্নবা রা কয়া তকুবা হৌরকখি। মহুদা লিলাবতিনা মতম থরদি য়ৈথোক্ক্না থাঙলম্মী। তকশিনবা হেনবদগী মতম থাগহুনা ইঙাও ঙাওজনা জ্ঞান যেন ইতা তা-দনা চেল্লকখি চেনবগী মতম পাও অহৃদি পাওথোল ফব অ-ঙাং অহৃতমক খঙই অহিং চেনখিবহুনা নোংঙাল্লকপদা লিলাবতী চেনগ্রেয়ে হায়ব পাওনা মরৈকাই থুন্নোন লৈরোম্পবকাও তমশন শন্নখি অত্তা-অত্তাব ঙম্ন ঙক্লখি অমগা অমগা হং-হংনহুনা পঙ-নোকত্তা নোক্লখি সুপান্থবু কনা ওইরিগবা কদায়দগী মীবু ওই রিগবা ঙাংনহুনা চেনখিবগী রাত্তমক যুম্মথোঙ থুদিং নিম্ন রারীনখি

থাজদব মীনা থাজদব থবক তৌথোম্নকপ হায়সিদবু ওকনিংঙ
ঙাইগনি নৈকনিংঙাইনি । রিবসে থৌব অহন অনিথক পাও
অনিথক পাও হায়দোকপা চৎপীনবা হায়জবদা নুপী মযুমদা
চৎতুনা পাওদমলুই। ক্ষীবম চাদব ক্ষন ওইতুনস্থু মশা মশানা
য়াম্বনা চেনথিবনা পেন্সবা কয়া পেস্থোকপ তাই হৌনবী তুং-
ইম্ন কন্যাদান পীকম থোকই হায়ব রাথল চেল্লস্ননা অয়েৎ
খুরৌনবদি থোকত্রে । ইচা অনিগী লাইবক্ত তস্বনি লুহোংব অমদা
চংগদব পোৎলম মণ্ডম ওম্ন নুপী মযুমনা শীন লাংলগে লেংবি
রকলিব ইবুংঙো অনিনা মরাইবক থিবা ইচাতুগী অহন শক্ত লু-
হোংবসিগী থৌরাং লৌবিম্ন চংগদব শেন থুম লাংগদব মথৌ পুম্ন
নুপী মযুমদা শিমিন লাংমিম্নরসি হায়না রারেপ রাতেমলকই ।
নুপী মযুমনা করি কায়রককদব করি তৌরক্তব হায়না নুংশা
থিনা লাকপনি অহুবু মখোয়না শজথোকপা হেল্লকপনা লৈত
লাযর শকখঙই লৈবাক মচা তাই পুকচেল চাওই মপুক্লিং পেল্ল
রাথননুংদ থাগৎচতুনা হল্লকখি ।

লৈকাইদ লৈব ব্রাহ্মন অমগী মান্দোপতা লুহোংখি থা
অম অনিদি নুপী মযুমদা লৈয়ু হায়বদগী অহনগী ময়াথং ঙাক্ত
লৈরম্মী । লিলাবত্তিনস্থু যুম অমা তোপ্প শারগা লৈসি হায়
অহনশিংগী রাথলস্থ অহুনি । য়াওং ইম্ব শক্ত লৈবহু মহাক
পামদে পাঙ্গল তেক্ত গুরগা চরা নামত্ত চারবস্তু হেলবু হেল্লবস্থু
কনাগী মথা থাদ হুমাংমনগী পুন্সি মরেললক্ত হিংজনিংই । রা
ফমহুমক অহনশিংদা হায়রমলগা ভাড়াগী যুমদা হাম্নগুম অমুক

লৈরৈ, লিলাবত্তিদি য়ুমপাল্লবন্থ মহৌশাগী চুমগুাওনবী মশাজং তুমদি মৌগীশিংদা চন্দ্রি ইগুাও গুাওজরি ॥ থা কয়া হৌগ্রতুংদা লিলাবতী মশা গুমদনা লৈরম্বগী কম নারকখি। অনা পাও মূপী ময়ুমদা তাকলুদে। মশানা গুমলিবমথৈ অনা সেবাস্থ তৌ শেনস্থ তান হোৎনরকখি ! মীনা মগুোন্স কাহেম লুনা তৌবি-রকপ হেন্দোক্ল তেংবাংবিহুনা তৌবিরকপ তৌবীমলহ্ ওকপদা মত্তিকচাদ থোক মথন্ত ঈকায়জৈ, মুগুায়জদে, থাগুমদব অমা ওইনা থোকই। মূপী ময়ুম তৌরকদব অহ্ খললুবদা তাকলুব পামদবনি। মুংথিলদি কোইন গাড়ী থৌরুবনিনা অনাব মথস্ত হুন্দোকলম্মী শীন্থাদগী থুংথারকপদদি অহিং মীংশেন খাংন অনাবীখু শীং-নান্নুনা মথয়াই চাওখংহল্লি, মশামক্ল মনা-মশিংদগী ভংবা হি-দাক পীজৈ। পীকলিঙৈদ মহৌশা লাইয়েং হৈবী মবোককি লাই য়েং হিদাক মচল শেম শাবহ্ তাক্লুনা য়েংহুনা থগুহৌবনি। ভাক-তরস্থ ময়ক মরক্ত কৌহুনা য়েংহনদবদি নত্তে। অনা শিংগুমলবী পূন্সি খোগুলোই ওইবী মাগী মখোগু মপাম্বোম পায়হুনা অশাব জশিংনা তকথোক চামথোকচৈ মকোককি ফারব মশম হাং-তোকপী মথুংনা চাকহন্বী।

থবানমিচাক থাগী অতিয়াখা করিগুম্বদা নোংজু-নোং-খোং নোংদোলখা লৈমাইথকী য়ুময়াম মরক্ত পীরুব য়ুম অমগী কা অমদা পূলি মনাই ওইবী কাদা মপুরোইব অমনা মশাগী থৌ-জাল অথাকপ লৈতনা কংথোকলিবহ্ কনানা উবিনি উরগা কল্লি-নি গুাংনবীনি। মখোং পায়না মপুরোইবনা প্রেম পূজারী শক্ল

সেবা তৌরক্কবদা মীৎলুদ পীরাং থাকনিংখিদগে মসি লুপী অই-
বীনা থাঙহৈদব মঙৌনি ঙসংতা পোকপ কবগ মচানা মমানা
মচাদা হৈজলখিব তৌবিমল য়ৌন ভোঙমদগে ? য়ুমথোঙ খুদিং
য়ুমগী লুপীনা য়ুমগী মপুরোইবব লুপচব থোগল লাংজব সেবা
লংসারদা চাওব কবগ মপুরোইবমা য়োনা চংঙমগদগে ? লুপা
অসিনদি মনাই ওইবী মকাদা খঙ্খোময় পুজা কংনা তৌরিবা
মীওইপোকী আজ্ঞ সেবানো।

লোংমা লিলাবতি লাক্কুন মচানুবু করম পাঙ্গিবগে হায়রুন
য়েনশাং নাপী কয়া পুরুনা লাকই। কীবম শোক্ক নায়রহ তাক্লজে
কবি য়ারৌবা লৈ হায়রুনা য়াম্ন শাওরুম্মী য়াম্না চৈরম্মী অহ্নদগী
মপামগী মী য়াওনা জাইয়েংনরকপদগীদি হৌগৎ কাংথংপাঃ ঙম-
লকই। মসিদ লৈবদা নাতৈ চায়রোই চংলসি হায় লিলাবতিনা
মপুরোইবগী তোপতোপ্প থঙ্খোয় মশক খঙবনা য়ুমহোংবগী য়া
য়াখিদে। অনাবা মপুং ফানা করক্কুনা থবক তৌব ঙমলকপদগীদি
লিলাবতি লেন্দান্দুনা মপুরোইবগী অরাবা কনগে হায়বগী য়াথল
অমা লাকলৈ। লেল পীহুন অমনবা কাম্নদব চে খোমহল্লে।
নুংদাংদনা পাল'গী মঙালদা চেখাও মথল মথল শারুন হুকান-
শিংদা থাই নুংথিলদনা য়ুমদগী পঙলাপ লাপ্তব চেং তককমদা
চক্কনা চেংথপ্প য়াওহুন য়ুম পুখদা শক্ক য়ায়ল্লে। মবানিনা
লেশ্বান লেপ্পনা তাক্লকপ্ন চাকখুং কিথুং লীক্ক হৈন শিজিন্নবদগী
কল্লকপ, অহেনবা লেনশিং থমজনব ঙমলকপ অসিনা লেনফম
চানা নৈরকপদা খঙনব হক'ক্সা শাগেত্তাক্কুন লেগেওাই চাব হৌবদি

মতম কুইনগী ছুংদা বেকতা থমজিথ শেনথম মুতিগী থোক্লকপ শেল্লোক অসিনা শেনজাও পায়ব হায়বদো মবানিগী পুন্সিদা খওহৌদনা থুংবিরে।

চনিং য়েংল চথোম তাম চাদিংদগী চাগানা হেল্লক্লবদবু অসংবনা কয়াম কুইনা লৈওমনি। মুপী মযুমগী অহনশিংগা তাম্নচুন মফম চাবা হিঙ্গোল অমা লৈরে। য়ুম অমা শাবদ চংগদবা মচাক মপোৎ লৈহনা য়ুমশাব হৌথি। য়ুমশা থোরাংদি লিলাবতি মপানা শিল্লি মীনেক থুংওমল পীচুমা শাহনি মপাচুনম্ব বড় মিস্ত্রী ওইবনা মমাক নিপাগী য়ুমশাদা চোকশিন য়ুমদা ফজব য়ুমওং তানা লাংজৈ শঙ্গাগদবত ভাইরবদ হোসপীতালদা লৈখিবনি।

## ৩৩ শুবা পন্দুপ

মুমিং থরনিগী মতুংদা য়ুমদা পুথবা য়াব য়াথং কংহনা হোসপীতালদগী য়ুমদমুক লাকখি। অশোকপচু মপুংকানা তাইশন্নুন করক্লবদা য়ুম শঙ্গাবা মুমিং লেপতুনা থোরাং তৌজরে শঙ্গাবা মুমীংকী চাকচা হৈজানবদা জ্ঞানেশ্বর অমদি ইমুং মমুংগী মী য়াওনা লাক্লনা য়াওরে। মতম অমদা পীক্লিবৈদ মচাশিংগী মরক্ত লিলাবতীবু থিম্নবদ উথক্ত কংহনা হেক লৈরম মুপামরক্ত ইষ্টোপ পাযহনা খোওবান লুকপান ঈশিংলম মীগী মচা মও হেক

মৈরম বাখোক চাউন লাক্ল বাবী মচানুপীগী হৌত্র মা·লমচৎ ঙসিনা যুম অমগী যুম্বুরেনবী ওইনা যুমলেপচাম তমংকপ মতৌ উবদ মমা মপা ওইবা অনিগী থম্মোয়দ ঙকপু ঙকচবনে পুক্লিংবু ঈনৌ নৌজমমে পঙখৈ নাইদ সুঙায় ইনোৎ হাপলৈ শঙাবনী চাকচা হৈজানব মপুং ফানা পাংথোকপ লোইরবদা অরাকপা ময়ামনা যুমলিং কৈরিংজরক্লিব মবানিদ সুঙায় য়াইক ময়াং কায়ম পাল্ল তেক্ত কায়দ পুন্সি সুংশাং মরাতপ্ন কুবিবা ওইসনু হ'য়দুনা আশিব্বাদ তৌবীরম্মী।

যুম হোংজন্দুনা লৈখিব নুমিত্তগী যুমলিংলমদবগী সুঙায়তব পুক্লিং লৈতাফম থঙলক্তবগী অরাবা পুম্ব নুমিৎ অহুনা কোকহন-বীখি। রাত্ত-পাদ পাল্লগ্বদগী নংথরকপদি বানবগী মচাক্ত ওইরে অহুগা নংলম্বদগী সুংঙায় য়াইফরক্লবদি মহু সুঙায়বগী মশকনি। শেন পায়রমদব মীনা পায়রকপদ রাঙাং খোনফম চাউরকপ মঙক হাইগৎলকপ কাংবু লৈ। মাদি অহুগুম্ব মীতাম্ব ওইদে হোংলকপ হায়ববু শকচু ঙাম্থোরকপ পুক্লিং লৌশিং চাওরকপা মঙাই। অশানবা রিকয়ো থৌবা থাদোক্কুন রিকসো কুনথকী অশা মবা মপু ওইনা লৈরে অশানবা থৌব মীদগী লাকপা চাগা কোললিক স্না বঙোপ থম্বগী শেন্দোই চাবনী লেম্হোক অসিনা ইমুংগী শেন্দানফম ওইরে। চাকনিবা চংলকপ লমথাংদ থেংনব খোঙতেক মীত্তাং অবা অনা তাবা অউবশিংদি উনা[illegible]না উশিন-দবা থক তৌদে অতোল অতাদগী হৌরকপ মানা ফিভম চাদব

[illegible] থক [illegible] ঙ্মদে । মথোয়বু লুংশি হৈনা থোক্তাল [illegible] মচুং [illegible] হয়াওনা চংখিবা মুঙাইন লৈহৌবগী য়েংলগা মুঙায়ুজবদো হন্দোকপা ঙমদে।

নোংমা মী কুংবা থরাহৈরয়নগী লগী মতাই অমদা থিকসো থাহুনা কা চাহুনা লৈরিবৈদ্দ মনাক্ত লেপতুনা কৌয়ৈ নাকল অমদা মাইওন্দুনা লৈরম্বদগী লৈথোক্তুনা হয় য়েংলকপদা কুইন উখিজুবী দেবুগা লেপ্লম্বতু উবদা ঙকপনা চমমনহল্লে কৌরকখিবহুগী পাওথুম থুমনি কাওহল্লে। চরাংনব মীনিললক্ত লাকপদ হুয়া য়েংথোকউবদা মাবু উরকখিবনি। মীরৈবাক্তী শকথঙদব লৈবাক অমদা মজাতি মীমন্তং উরকপগুমই। মতম অমদা তাথিনা তৌবিশিব ঐকায়বা পীহুনা মরাল শিহুনা মাগীদমক কনা লৈজদব মাবু তাঙ্গোকখিবা হন্থব পুক্লিংনা মাবু হঙ্গোইহুনা থানা য়েংখিব পুম্নমক অদো পুন্সিনা তেংথা মীকুপ থুংলবদদি নুঙায়তব ঐরৌনা। রাখলগী সংসার অমা উরকপগুমলৈ। করিগুম্বদ নোংজুগী উথা অমদ চোংনা হিপ্লমগদবোই করিগুম্বদন। লমহাংগী নোংলৈ মুংশিত্ত রান চংলমগদবোই করিগুম্বদনা তুরেন তোর্বানগী লৈঙোইথক্ত মথুং চুব মেংন ফমহুনা তুফক তুকাইনা লৈরমগদবোই থল্লকই। রাখল অসিমক পুন্সিনা নোংখাই চাইরকপ মতাংদতনি। অসিগুম্ব মীনুংশি মৈশা লাংলবসিদি পুন্সিনা মথোই কারিগী ময়াই কাবগী ইথক ইরাং ঐপোমলক্ত থক থুংলদে।

পুন্সিং অসি রিকসো থোগদব লুপাহু মশা ঙমত্রে হায়হুনা লাক্তবদগী মানা ঙাসিগী মহৎ ওইনা থোরকপনি রিকসো থো-

বসে ময়ল লৈব মানা থৌবদি চোপনিংঙাইনি মীনা হুন্বন লৌব শীনফম'ন হায়ব রাখল মঙোন্দ লৈজদবনা শেন্দানবা থোরক-পনি। ওসিদি মতম কুইরবগী তুংদা দেবলানা কৌররিবসিমক তোল্লব মাগী মফমদা অওম নোংমদি কৌরকখিনি হায়বতুমদি মপোকসিমগী ওটনা থাজরুদ্রবনি। হন্দক্কী মপোকসিমদি মাত্তনা নাথৈগ্রগদবনি হায়গা খল্লুবনি। মাইয়োক্লব ওমদ ঈকায় হঙোই য়াল্লনা লেপ্পরবী মাগী মতৌদু য়েংনা ওকচানবদু হুন্বরক্লনা "কদায় লেংলুবনো" হওডুকই" ফি লৈক্লবনি খুমই করম পাল্লি মুঙায়রিব্রো? অওম্ন হংলকপ রাতাদু তাবদ মোমোন তৌনা "অনা অয়েক য়াওদবনা মুঙায়রি হায়ব তায়ে ঐদি নঙনা লৈখিব মুপাদু মশকসু খওদে লোইনমিন্নরকপ্র তেথংচরকপ পুক্লিংদু রাহৈদুনা অখংনবগুমলৈ ইহৈ হৈনজদবোই তৌই। মমিং ভুথনা লোইনরক্তেদ ইমান্নবীগা লাকমিন্নবনি মখোয়দি কদায়দ চংগ্রব চংতে আদা লেপতুনা ডাইরিবসিনি হায়দুনা মমাই ওন্দুন ভাকই। অঙাংদি কয়া ওরবগে? অনাং লৈত্রিদ খুম্বগ হৌ-ক্তিকপু কনাগীদা কদায়দ লৈরিবগে হায়না রাতাশল্লি তশেংবমক মানা হংব রাহংদু মঙোন্দ হৈনদব নুঙায়তবদা মথোকই। হৌ-ক্তিকপুদি য়ূম শাদুনা লৈরে অদু ওইরবদি নোংমা য়েংব লাক্কে-দনা হায়নিংঙাই লৈতনা হায়খিবগুমই। মী অমদা হেক্ত হংবদ থীব রারোই হায়দুনা লৈফম তাকলিহৈদ রিকসো তোংগদবা মী চংলক্লনা হংলৈ। অদুদগীদি দেগলা নোংমা লাক্কে চংগ্রগে হায়রমলগা চংখি।

দেবলানা বরগী ময়ুমদা কন্যাগী ফীজোল শেংতুনা চংখিবা মুমিত্তো উহৌই। দোলাইথক্ত নোমহো নোমহো পুখিবা মাগী চেংলোদো লম্বী মতাইদা য়েংনা য়েংনা লেপকোই। মুমিং অতু নিংথমথাগী থৱাইনি কন্যা পুখিবা মাইকৈদ ওন্দুনা লানগ্রে হায়ন শেংদোকচব ঙমখিত্রব মপুক্লিংনা অতোম্ব মপোক্ত পোকখিবনা ঐনা নিংব কায়ব মীশক অমা ওইকৌরবস্থ নঙদি নিংবা কায়দবী ওইরকউবো। পী তাহুনত লাক্লব ঐগী মীত্তগী ঙসি শীস্থ-রক্লিবা পী অসিমদি নংগী মীংলুদা লাক্তব ওইসন্ন শোম্বাংনজহৌই চেং চাক মনা মশিং লৈগে থন্দুনা মহাক কৈথেলদা লাকখিবনি মুমিত্তু, চেং চাক অমত্ত লৈদনা হল্লক্লুনা চাদ পক্ত তুমংব য়াদ অহিং অচিকপ য়েংন খাঙখিবনি মরম অতুনা মানা দেবলাদা মাগী মপুরোইন অমদি মচাগী রা হংব ঙমখিবনি।

## ৩৪ শুবা পন্দুপ

নোংমা পঙঙন ঙম্বস্থ নত্তব পঙথেং থেংবস্থ নত্তবা অযুক রাইদা দেবলা স্কুটর অমা থৌরতুনা লাকই। লিককোনগী অরং অরাক্ল ঙক খুদাং নাপ্প মঙাল থক্তোক্ল থাম কাজলনা মীপাল লৈই হাপ সিনতুরনা পুত্তমনিগী থক্ত নম লিপসতিক মচুনা থম্বাল লৈনা মচু শঙ মুংশিবা মনম মহানা হকচাং শাগোম্ন মুংঙায়ব রাখলগা লোইননা অশুম লাকপনা তাল্লম্ব লমতু য়ৌরে। মকমহ

মাইদ নৈরবা মুপী সরাকপ অমদা হুরুতুনদগী মচুম তারুকুনা কোন থাং মপাদা শ্রামলৈ।

লৈপল ভাখংতুনা মনলোক চংদনব য়োংলি ভারানা হিজোল অকোইবহ্ থাজলি। কোনথোং হাংলোকুন গাড়ী ইনহুন চংলকপদ হৈপাল হৈখল লৈপাল লৈথল থায়না মকম চানা হোৎবহ্ উই। হৈ পাম্ব লিলাবল্ভিনা হৈদমক থবাই চংনা থাজনিংবনা মকবু ফংলবস্থ চারম্ব ফংলবম্ব পঙথা মথাকল্লি। লৈওং লৈতৌ কজব লৈনম চেনবা লৈ থাব পাম্ব মপুরোইবনা লৈ থানা হিজোলম্ব মকোইজৈ হিজোন শঙবল ভক ভকেন কোইনন মু হেম য়েংবদ ফংনব হোংনবদ নৌনা ফংজব মহিজোম্ব চংলু চংলুরগা যেংলু য়েংলুরগা মুঙায়বতুম হেলৈ লৈলিংবতুম শোকহল্লি অসিদ নংনা লৈ লৈ চার য়োকক্কম ওইবনা মসিনা শেন্দানক্কম অমম্ভু মওইহল্লি। আশ্রম উক্তব মীনা হিজোলদি উবদা খুদক্ক আশ্রমবু নিংশিংলজব ঙমলোই।

ভমাং মচিন য়োরমদাঙ্গী গাড়ীহ্ থাহুনা থনমকগা চংলকপদ চাইথ মংকাল থক ঈক মাইথব লোইহুনা কদিনা মশাহু লৈভথোক লৈভথোক্ক লৈরম্বহ্ উই। মাম্ব গাড়ী মথোল অমা থামখিবগুমই। কনা ওইরিগব হায়হুন য়েংন লৈরম্বদগী দেবলা চংলকপহ্ উহুনা মীংচাননা মথোল থোক্কনা নোকম্মিরৈ। নথস্ত লাকপ্রো লাকউ চংলকউ ভরায় কৌশনৈজ নঙনা থায়গুমদনা য়ুম খীবদি রাদে-দনা ইঙ্কবগী মফি থোংদব শাবান্দু উবদ উইবুমগদব আল্লি

য়েংবদা মীংকী মুত্তাইনিংঙাইনি। মহাক অসি মথন্তু হকচাং শাজেল হৌগংকমথ লৈঙোই বোড়া য়ান্দুনা কৌর থিনবা বুবটন ইম্ব মখল কয়াথোক্ত তম্ম তম্মা শাম্লজৈ। মসি মশা মউ য়াম্মা ক্ষিংউবগী য়াথন্দগীদি নত্তে ফুন ঙৈনবগী বিদ্যা খঙনিং হৈনিং-লকখিবদগীনি। উমংদা শাহিং চাব তমথিব শা লৈ। নারক মোংশোংলক্ত মীহাংপ ওম্ব মহু পাম্ব লিন লৈ। মতৌ অসিগুম্ম মীওইব সমাজ মনুংদ মী শা য়াংত্তে মখোয়দগী নাম্বোকচবা মাইয়োক্লব ওম্মব মতু শোম্ব মানা ভাইবঙদ উপায় থিখিবনি। হিংসাগী বন্দী ওইনিংব কনা লৈ। লাকচথিবগী পীরাং তানিংব কনা য়াওই। লাইবক ফবনা নোংম য়িকসো ভোংব অহন অমগা য়ারী শাক্লবদগী মতম কুইন খঙনিংলকপন্থ অহনহুনা লমজিংব পীব তারৈ। মহাক অচম্ব অহন্দী ওইরমত্রে। মৈতৈ থাংলোন্দা কয়েন লাম্লোংদ লৈবাক্ত ইকায় খুম্মব শক্লাইব ওইরম্মী মানাম্ম নংনবু নথরাই য়াওন হৈনিংলবদি ইপানা অহৈবমথৈ খাক্তনা তম্মীরগা লোইরেদন মহুগীদমক্ত মুত্তাইতব হৌগমু তাকপী-বদগী অশং অশংব মতমদা ময়ুমদা চত্তুনা ওঝা খঞ্জখি অমম্মুং হৈহৌজখি।

নিংথমথাগী মনা মশিংনা ইশং শংলব মরক্ত শাং হৈহুনা শারম্ব য়ুমশাহুগী ফজব য়ুমলৈ আন্তর তৌনা তরংননা লৈরম্ব য়ুমদা মখা থংব শঙ্গোই অশাংব পুম্মমক অহু উবদ ওক্তব ওমদে। অওম্মা লৈরমগনি থাজক্লদে। অসিগুম্ব য়ুম অমদা য়াহিপ য়াতা

হিংলমনি খল্লদে। অহুক ভোম্ন মানা করম্ন থৌনা পাম্নল লৌ-শিং কয়া পুনশনহুনা শেমগৎ শাগৎলমলীবনো খঘদ মমই মঙুগুম থোকই। ইমুং ভম্ন চ নিম্নরকুনা কা অমদা পুশল্লকই কাসিমক ভুমকম কানি। লিগী চৌক্রী থ'হুন লৈরম্বহুদ দে'লা কম-হল্লি। নাকল অমদা কমজাও অম লুনা লৈ মোনপাক ঙিদক লৈরোং হকপা অমা থারিভুগী মথক্ত কৌহুপ নাইব কৈজু'না খুয়ারোমদা লৈ। অসিগুম্ন নাকল অমদস্থু লৈ। ফল্লাংশা অয়েকপ মীৎ ইংবা দৃশ্য মীংশেন চম্ব মহাপুরুসকী অনস্ব শক্তম ভমক মীৎয়েংকম চানা থেংলি। শেলিংগা কল্লাংগা ভাইনকমদা খু-শেম উরৈরৈ উনপৈল কয়াস্থ নপ নপতুনা লৈ। কাশক অহুনা দেবলাদা খঙ্গানব চিংনব পোকহল্লে। পুক নাচেপতা লৈব দাগতু উরকুনা হায় দাগসিদি কৈদোবদা শোকথিবনো? মকোক ভুমলুব মশমহু গমশানা নান নানহুনা ভৈথোক ভৈথোক্লগা শোকথিব রারীহু শম্ন ভম্ন হকচাং চম্ব মী শেল মনাক চংশিনহুনা য়েংবদ শমচেৎ লৈরমত্রে।

কাহুদগী থোকথিহুনা লময়াই শম্ন মনিং-থোঙ ওনহুনা কৌথিবহু কানু'দ মথক্ষ লৈহৌরবী দেবলা শেংকাওনা তাই কনা ওইরিগব খল্লি মীৎয়েং লৈন য়েংলকপদ থোঙগী মথক্ত থেংলিব কোটৌহু উরকই। খঙ্গানবম্ব চিংনবম্বহু মহুনা মপুং কানা খঙ-হল্লে। কোটৌহু লুহোংবদ নমমিম্নথিব শক্তমনি। লম্বীদা শেংনমবম্ন উনা উনা উশিন্নদ খঙন খঙন খঙশম্নদ উম্ননিংদব শক ওইহুনা

চহি কুমথাং কয়া নাথৈগ্রব মতুংদা ঙিংমপব পুক্লিংনা লোংয় মাবু কৌথিবতুদগী মালেমদা মাগী মিচং লৈরে থনহুনা রাংল লুংওাইজখিবনি। মুম শাহুন লৈরম্বসিমক্কু মৈচাকু কয়া ক্লোকদবোই পাপ কয়া মাঙ্গ্রগদবোই তম্ব পুক্লিংদা মথুক্ত ফাওরকখিবনি পুম্নমক্ক অহু লোনথোক্তব ক্যোটোহুনা মচেৎ ফানা থুগাইরে।

তনুকৌ কৌরমলগা মহাক তনচং চংলকই। গমশানা মকোক উপশনহুনা তৈথোকপত্রু লেপতে দেবলাম্নী শকফমহু উদবম মাই-থোক্লদা হাম্বিব লোক্লব পুক্লিংগী মমিহুদি থঙদে। ফীবম কাইব মতৌহু থঙখিনি হায়বা রাথল অমনা কায়দব মাম্নব মপুক্লিংনা কম লাক্লজৈ। কোকী শমলক্ক শমজেৎ থেম্বুন ফুরিং অওাবা অকৌবা অমা লিংলহুনা, মকুম থা ওইবগী তনৌ তনৌ ফম্ব-থোরকপ কুচুনা মাইকৈ শম্ন চাইথোক্লহুনা থোওজিগ্গা লেপলৈ অহুগা হায়রে "পওকৌদ কৌহু কবি হ'য়দোইনো" মতম অসি লুপী ওইবীনা মাগী মাগী মপুয়োইবদা থরথিং ওইন চাওগল্লি দেবলানা মতোগা য়েংবগা লিলাবতিনা উরকপগা জুনিমক মীং-চানৈ। কাম্লুংদা মীহোপ লৈরমনি থুঙ্গদবনা মপুক্লিংহু থংবোই ভুকপোই মাম্নজৈ শম্নজেংতু পীরকউনে মী লাক্লদি কৌদনা ঐনা নুক্তোওু হায়খিব দেবলা হাফবীদো অনিনে। মপুয়োইবনা শকতাক্লক পহুদ মোমোন তৌবহনা ইচেমা লেংখিরকপবু কমাম ক্লুইরংগে ঐনিংথঙ্গুদবনা কৌকবংফলুজে। মাংবীকিমুজো নোংহুমংয়মাইহু থুজুক লোনথংতুন থঙ্গনদহনা কৌনদকবু কবিগী মাংখোক্লদোইনো

হৌজিক্ক লাক্ক গুাইরমলিষনি ইচেমা চাক ঈশিং চাগ্রবিনম। ঐদি চারগা লাক্লবনে ভৌষিক্করম্ব গুসিদ লাক্লগ করিমক্ত চাষ্বি- ত্রবদি মুগুায়ত্তে চা শেমলককে গুসিদম্ব লাকপনিনা, কুইন লৈ- থোকলো হায়রমলগা থোকত্রে শেমলুরম্ব থক্লবম্ব য়াম্বি ঞ্জাইহৌই মষানি লিলাবতীগী মরমদা গুাংনহুন। য়ুগ্বালকপগী য়ারী শাম্বন্না লৈমিন্নহৌই।

য়ুগ্বাল পুন্সি লন্নীদা নিংব কাইরক্লবী মপামদা হল্লক্লবী দেবলানি। অহাম্ব ওংলুবহ্ মাগী নুংশিনজবনি শীনকমনা এ,-ইনি মনেম মকুনা য়ানিংদবী শাজংনা ইমুং মহি লাংবা মতৈ মনাও শাওনবা মুক্লরকপনা পুক্লিং লৈত্তাকম থগুদব লিচং অসিনা ভিন্নব য়াদনা চহি ফাদনা খায়নহনা মপামদা লাকবীনি মুপাহম্ব মমা মপাগী য়াথং মথাদা লৈগনব মীতানি। নিপা অসিনা অমুক হক্লম্নসি হায়রে। মরিংজেল খাবনা অনিংববু হাংগ্রবরা নক্রগা অশাওবনা নুংশিববু মাগুহনগ্রবরা নগুদি নশক ফজবদনি নিপা থোক্কে নরিংজেল পানদে নংদি নহে হৈবদনি নপুকচেল পীকই হায়না চৈহ্নুনা অমুক হম্ন য়াখিদে। য়ুম পান্দনা লৈরকপদা মাবু লৌরম্ব মুপাহ্ মমা মপানা খিবা মমৌগী মপু ওইহ্নুনা, মুম্বানখি। মুপাহুগী মাইয়োক্ক শিংননিংবা অমা য়াওনা মুপা অমদা মমুম অমুক পান্নে মুপা অসি ডাক্লনি। য়ুমগী মুপী লৈ খগুন খগুনা অত্তোনবী ওইক্লবনি। মসিদগীম্ব পুকচেল রাখল ভিন্নদব মরমদগী মপামদা হল্লক্লনা হল্লকপী ওইনা লৈরর- বনি। য়ুমপান্নিংবগী রাখল মুপা অমগী মনাই ওইন্নিংবগী শাশা

কক'বু কোমহুনা থম্ব ওক্নদি সমুদ্র ঈকোলনা ওই। সমুদ্রগী নুংশি হৈরেল শাক্ত থম্ব ওম্ব গুণ লৈরমগ্রবদ ঈপ.ক লাইরুমা করম মঙ্গুণ চাউওখনি। মপুরোইব নিংবী হবানিদি মপু ওইব মগী মতিক মঙ্গালগী মথা থাদব য়াদে মসিনা শেংবদ শোয়নিং ড়াইনি। মপীগী সনমান ইমং পুম্ব মাইহিং থাংহনব মাওত্রাকবগী মক্তদি মপানিনি অসিগুম্বা লুথব রাথলসি নুপা ময়ুমদ লৈক্রবদগী থঙলকখিবনি চাক্রকখিবনি।

চা লোপ কুইগ্রে য়েংউসি লাও হায়হনা চক্রশঙ্ক অম্বা লময়াই লম্বী ফাগুনা লাকমিই। চেকস্নোন অনিগী মথক্তা লুবাক অম্বা কাচিন ওইবা মকুম অমদা লুনা নাম থম্বু উই। লুবাকুগী মমাংদা বাই তৈথোকুনা কম্বীথক্তা থুপ থাংদ্ধে থাক্লিকগী মওং কায়দন্রা লৈ। মসি-লৈরিক্রবী মবোক্তী চক্রে কিহাপাঙ্ক বাক্তনি ভাডা য়ুমদা লৈরকান্দ লৌকুবনি। লুবাকপিগ্রি শীথিব মীগী পোং ওইবনা ইমুংদা থুম্ব হুঙ্গোইরনা শক্তোইগী পোথৈ থাংগৎপা শগাই মুথক্ত লৈরম্মী। মীরাং থুনা মোংনা লৈক্লমহু লৌথহুনা পুম্বকুগা পূজা তৌনা লাংচবনি। অদিং মুংখ্রিন চুমলমদাই চংলমদাই খুদিং খুক্রমহুনা-মঙ্গল নিজবনি লাইবিক লাইত হৈজদবা অপঙব মাগী য়াথলদি লাইথকুম্বগী মুক্তম্ব মী, খুম্বই লাইনিংবগী মহুং মৈনিংব হাংবসিনা খাইমক্তগী অপাম্ব পান্দমনি মীওইবদগী হেম চক্রিংডাই জীব জগৎসিদা কনা লৈবগে মক্তোতগী হেনথোইবা তিব কনা রাওবগে মহাকপু নিংনকম ওইককা কনাবু নিংঙনি হাম্বব অক্লিন মাগী য়াথলদোমনি।

চাকশঙ স্নোবদা স্তেপ মৈথক্ত নুংহরাই অতিংবা ঙোবা লোইরমহৌনা চা লোনবংলবহৌ উবদ কুইবগী মেওংহৌ থঙলে। চাকশঙগী মথা থঙব নাকন্দা ফৌকৈ অমা শো লোন্দুনা লৈ থাংজেন থুংগ খুংলাই ফক্লাং থাগ্নাদা পরেং য়ান্দুনা থমই চাকশংদ লৈবা পোংথম চৈকমত্ ওস্তোক্ক হৈনা লুনা লৈতেংবগুমই।

লোনবহৌ লোইরগা থুনা পুরকও হায়রমলগা মীতিন মীকম ক'রোমদা পুশন্দুনা পদার হাইদোক্কুন চংলকই কম্মীরয়ে। য়ুমগী অহল ইমুংগী য়ারী পুথোক্কুনা শায়ৌজ কা অমবু করম লৈতেং-গদগে হায়বহৌ কাশক অশিনা নিংথিনা ভাকনিংঙাইনি। ফজব্ য়ুমলৈ নুঙায়ব য়ুসাল অহৌ উরবস্থ মসিগী ময়মদা দেবলা রামস্ত জাংদে তুমিয় অহুম য়েংশল্লি তুমিয় অহুম থঙজল্লি। লিলা-বতিনা মবানি বারি শারিংদে অচা অথক পোংলমশিংহৌ পুরক্কুন মথোঙ নেম্ব টেবলথক্ত থমলৈ। মচিন পানগ চিনা মাটিগী পাত্রদগী লিক্লী গ্লাস অশাংবদ মথোয় অহুমগী হৈরগা ফিক্লী শেম্পাক্ত নুংহৱাইহৌ থম হাপতুন চগমস অমমমগা লোইনৈ। শীনব লাংবহৌ লোইরহৌনা মথোয় অহুম থকমিন চামিনৈজ।

অগুয় চামিন থকমিয়বহৌ লোইহুন লোইশন থমভিল্লবা জুংদা ইচেমা পুত্রিদা ঙা চাবহুম য়েংউসি লাও হায়হৌনা লিলা বতিনা পুথোকপ্রি অহুগা মহাক্ক ভুক্কম কারোমদা চংহৌহৌনা রেডিওদা লাকপ ঈশৈ তাহৌনা ফমহৌই। ঙসি দেবলানা মথাঙ ঠৈগী থওইদ শাজং থাদোক্কুনা তৌরবিবসিমক নিংঙমলক্কবা

থঙুব আশাদা পোংথা পোংথা ঙাইহুনা য়ুম্বাঙুরিবী ভুমেশ্বরীনি। মতমনা হৈপাল 'মবু মহে য়ানহল্লি হৈজিং কাহল্লি মমুন কানা মুল্লগা মালেমথক্ত মথন্ত কেল্লকই। ভুমেশ্বথীগী নিংজ অথাঙ কম মতমনা ইরাংচবগী মহৈদি নিংজবগী লৈকং লৈমাইদ তারক্ল-য়োইদ্র।

মহৌশাদগী জ্ঞানেশ্বর য়ু অহুম থকই। য়ু থকপা হায়ব মীংথোলমক পীরুবদি মত্তিক চাদে। হন্দক্তী থর ভোইনা থকলে। য়ুমদা হজনসী হঙনফম মুঙায়ত লমলক্ত চংলে মুঙায়থোকপা ঙমদ ভৌকম থঙদব রাখল লিচিং অমনা চিং চিংহুনা পুবগুমই। ভমল্লু হৈক্রব বিদ্যাগীদমক লৈবাক কয়া মকম কয়াদগী থবক ভৌবিনবা পাওথা চে কয়া থুংলৈ শীনপায়নিংবগী হৈনিংব রাখল পুম্ব থুইথথিবনা অরেম্বদা ভারৈ। ঙাওচং ফৈজংনরত্র হায়স্থ হেক মঙইদ রাখল বিচায় লিংনা চংলত্র হায়স্থ মচত্ত পঙলৈ মরৈবা মতোহুনে য়ুম্বাল্লবনি হায়বগী রাখল মশাদ ইচেন চেন্দ-বগুম মরৈবনে মসিনা লুহোংলগা ফথিত্র থল্ল,ব মমা মপম্ন অনিগী রাখলদদি মুঙায়ভবদা মঙইরৈ মীগী মচান্নপী মমৌহুগী থনবদা মথবাই রানা মুংশা থিজৈ থল্লূরগা অরাবত্ত মহেল্লি।

নোংমদি জ্ঞানেশ্বর য়ু ঙাওনা য়ুমদা হজলকই য়ুমথোঙ থু-দিং থোঙলোল্লব লম্বী থুদিং মীপোং ভারুব নোংকুপ চুবা নোংথাঙ কুপ্প অহিংনি মশাদা লিংপা কোটনা মকোক কুপহুনা মুংশিং মরক্ত হাইরঙ হাইরঙ লাকপনি। থল্লুবগী কায়রোইদব রাখলবু

ৎ য়াইনম্ব হন্দোক্রপ ঙমদ শেৎনরগা অঙম লকাম্নুংদা মুংশি মৈচুনবদি লেপত্ত তামল তামলগ থম্মোয় ইরোম্‌ংদা নীংশিং মমীনা লুনা লুন্না তারক মসিনা ঙসিম্থ মঙংলাংগী য়াথল থাঙম-দনা হঞ্জল্লকপনি নোংদোনথকী পুণিমাদি কয়াল্লক শিথপ্রবক্সু পানখৎপা নাইদো মালেমথকী পুর্ণিমাদি কৈদৌঙৈ পানথৎলক-খিদগে সংসারগী করম্ব তোর্ব্বান্দ লেপতুনা ঙাইরগা হল্লকখিদগে নাকেম্থানা বসন্তবু মাঙহনখ্রে হায়রতুনবু কোককিলনা য়েন্নিংথাগী য়াথল থাদোক্লমগদ্র? য়াইথুংনদবগী অয়াবা ঙাক্ত মীৎলুদা শেৎন পীরাং পীরোইনজব নত্তে নারকী লৈরাংনা নারক্ত চিম্নদন কেনখিবা।

উমংগী উইহেনা উখোঙদা চানদনা মাঙখিব, নোংজু লৈচিল্ল কী পুর্ণিমা থাজনা নোংমঙ লৈচিল্লক্ত থাশি ওইখিব মসিগীদমক খল্লবদ মৈচাক হেনবনি থম্মোয়বু য়াথলনা লৈকংলাদা হুম্মোক-পীবনি।

য়ুম য়োত্থনা থোঙ থিল্লরবদ থোঙ হাংদোরক্কুনা ইমুংদা চংলকই। মকোক্ত কুপ্পকপ ক্লোটতু কীয়ানখোক তুম লংশিল্লি মফি য়োংদোক্তুন ফম্মুংথক্ত মমাই উপশল্লুনা হিপথে মতৌক্ক উবদ য়ু থক্লক্লে খঙলে। মখোঙদা তোংব থোঙঙ্‌প মশাদ লীৎপা ফুরিৎ চোৎলী মাল্লিবহু লোথোকপী কীভম চুম্ন হিপনব শেম্ন শাই কৈজুপ চিংখৎতুনা ঙল্লীরমলগা অল্ল হন্দোকখ্রে যু ঙাওরবম্থ লৌশিং ভাবনিনা হৌজরম্ব সেবাহ্‌ থঙই। থৌগলহৈবী মামা

ষ্মা ভাংবগী পাঙ্গলদি ইথোক থোক্ত হায়নিং ভাংনিং কয়া নাচিং-ষৈরোইগ্র মথল্লু নিংতমজনা চিষান লেংগে লেংঙমদ তোজবী মাগী মওং মতোন্থ অউবমলা ওম্থোক্ক মুংশিনিংঙাইনি অমুক্ক জ্ঞানেশ্বরদি মশক্ক উরমস্থু পুক্কিং তানা য়েংলিংউদে খঙ্কইক্লা য়েগে হায়নস্থ খল্লুদে য়েংনিংদব মতৌন্থ উংতে।

য়ুগী মৱাইলক্ক চয়েং চৈ-বা ষ্মাখল্ অম খল্লাক লাকুম্মা মীৎ পাংন য়েংলকপদ মশেল মৱাংনৱকপগুমলৈ ভহাক্কী মখুন্দো মনাক্ক লৈব পোং চৈ ফক্লাং মখৈ অঙম মাওবিস্থনা অহাংমদ তিনখ্রি। পুমহাং হাংলব লমহাংগুমলৈ। লমহাংয়াইদ কনাগুম্ব শকম অমা লেপলৈ ষ্মাঙাংলকপগুমলৈ ম্মনাক্ক লৈরিবী পুক্কি খোঙলোইবু ইম্থোক্লগা লাপথোকখ্রবী লমলান কাদা ওংপ্রক্কী অমবু নিংস্থনা থমলগা নওগী তোংজব করি লৈ? উপাম্র তোংব উচেকপু পামেলনা তাম্থোকগ্র মশাদা পানবা উইবু তালা মউনা মশাগী খাক্তনা তাইবঙ জীবদা পীজখ্র? মংদি মীনি ষ্মাখল্ চাউব জীবনি। নকাদা পুন্সি লৈরাং কংতুনা তাংজররি মাষ্কি করিগী ইম্থোকফম থোকপগে শাবী শানৌ থায়নব মমা মপা কায়নবা মমা মচা শেৎনব খোঙতেক মীঙাং লোম্থোক্ক অমংব চাকনিব কয়া কয়াগী মীংলু পীরাং মতিক চাব ঈনাক খুদা অকা মুঙায় পুন্সি লৈপুলগী হরাও মীনোক পুন্নমকসে পুন্সি মাক্কী দমক্তলি নিংজবনা অথাপ্পদ খল্লুদরনা ননাক্ক মলিমু পুক্কিগী খুদোললি নওদ নক্তে কয়া কয়ানি।

মুজাগী শন্নাং চবুন মথুংনা পায়রুনা শাম্নখিবদো নিংশিং-শিন্ত্র শম অনিগী মচু অমত্তনি। ননাক্তগীসিম্তু মুপীনি মহাকম্তু মুপীনি মুপী অমগী নিংজবা খোঁম্লাংবা কয়াবু থওইদব ঙম্নসিনদি মুপীবু মুংশিদে হ'য়বদা লানখিন্ত্র ? নিঙোলগী অনিংবা উবী-রবদ মুপী মাবু মুংশি হায়খিবদো চুমখিন্ত্র ? মহোশাগী মুংশি হৈনেদো কদায়দা লোংখ্রে হৌগ্রব মতমদি শীগ্রবনি হন্ন য়েংখিবদ থাবীতমক লৈহৌরবা পুন্সি খোঁদোকশিংডু য়ুম্বান কম্বীদা পুশ-রুরম্নু মাম্নু মুংশিবদো মহাকপু মু শিবদা ওম্হোকউ লংনরম্নু মুংশিমু মুংশিবনা অথোইব থর্মনি হাংলম্বহ ফুলক্তুনা হায়গী কাহুমক হুৰলকই মীংপান্দু লাওনা পা থোক্তুনা কোহনা য়েংই। বাখল মুর্ত্তিনি বাখলগী রাহৈখোলনি হায়ব মথন্ত থঙলক্লবগুমই। থঙনব মীকুপ্ত মরোল মরী শেংকাত্তনা ভুমে তারিত্র তনকৌ কৌরকই তুমকম কাতুপসিগা থঙনব লাইরিক শঙদ লাইরিক পারম্বী মাদি ইঙক ঙককুমই মীকৌ অসি তাবসিনা মাগীদি অহাবনি পারম্ব লাইরিক হুন্দোক্তুনা মনাক্ত লেপলৈ করি তাকপীগদব মক লুক্ত হঙলৈ লেংঙম শাঙমদনা হৌগংলক্তুন নঙনা য়ুমসিদা লাকঙৈদগী নোংমতম্নু নঙোন্দ কৌদবসি নহাক শাওনিংলমগনি থারৌরমগনি মসিদি ঐনা লাম্নবনি অরানব, অসে নঙনা ঙাকপীব নত্তনদি কনাম্নু লৈত্তে ঐবু ঙাকপীমু। রাহু খুমদে লেপ্লম্বহুদগী নোনথরক্তুনা মথুংন খোঙ শোকে তিংখোরকই জ্ঞানেশ্বরনা মপা থোম অনিহু পায়থংডুনা শোকহন্দে থওইন বিরমংত্রব মপুক্লিংদ

খঙ্গব আশাদা পোংখা পোংখা ঙাইদুনা য়ুম্বাগুরিবী ভুমেশ্বরীনি।
মতমনা হৈপাল 'মবু মহৈ য়ানহল্লি হৈজিং কাহল্লি মমুন কানা
মুল্লগা মালেমথক্ত মথম্ত কেল্লকই। ভুমেশ্বথীগী নিংজ অখাঙ
কষ মতমনা ইরাংচবগী মহৈদি নিংজবগী লৈকং লৈমাইদ ভাররু-
রোইত্র।

মহৌশাদগী জ্ঞানেশ্বর য়ু অহুম থকই। য়ু থকপা হায়ব
মীংথোলমক পীরুবদি মতিক চাদে। হন্দক্তী থর তোইনা থকলে।
য়ুমদা হঞ্জনসী হঞ্জনকম মুঙায়ত লমলক্ত চংলে মুঙায়থোকপা
ঙমদ তৌকম থঙদব রাখল লিচিং অমনা চিং চিংদুনা পুবগুমই।
ভমল্লু হৈরুব বিদ্যাগীদমক লৈবাক কয়া মকম কয়াদগী থবক
তৌবিনবা পাওখা চে কয়া থুংলৈ শীনপায়নিংবগী হৈনিংব রাখল
পুম্ব খুইখথিবনা অরেম্বদা ভারৈ। ঙাওচং ফৈজংনরত্র হায়স্তু
হেক মওইদ রাখল বিচার লিংনা চংলত্র হায়স্তু মচম্ত পঙলৈ
মরৈবা মতোদুনে য়ুম্বাল্লবনি হায়বগী রাখল মশাদ ইচেন চেন্দ-
বগুম মরৈবনে মসিনা লুহোংলগা কখিত্র খল্লুব মমা মপা অনিগী
রাখলদদি মুঙায়ভবদা মওইরৈ মীগী মচানুপী মমৌদুগী খনবদা
মথরাই রানা মুংশা থিজৈ খল্লুরগা অরাবত মহেল্লি।

নোংমদি জ্ঞানেশ্বর য়ু ঙাওনা য়ুমদা হঞ্জল্লকই য়ুমথোঙ খু-
দিং খোঙলোল্লব লম্বী থুদিং মীপোং ভারুব নোংকুপ চুবা নোংখাঙ
কুপ্প অহিংনি মশাদা লিংপা কোটনা মকোক কুপতুনা মুংশিং
ময়ম্ত হাইরঙ হাইরঙ লাকপনি। খল্লুবগী কায়রোইদব রাখলবু

ঙরাইনম্বু হন্দোকপ ওমদ শেংনরগা অতম লকাহুংদা সুংশি মৈহুনবদি লেপত তামনা তামলগ থম্মোয় ইরোমুংদা নীংশিং মমীনা লুনা লুনা তারক মসিনা ওসিস্থ মতংলাংগী রাথল থাওম-দনা হগললকপনি নোংদোনথকী পুণিমাদি কয়ারক শিথপ্রবস্থ পানথংপা নাইদো মালেমথকী পুর্ণিমাদি কৈদৌঙৈ পানথংলক-খিদগে সংসারগী করম তোর্ব্বান্দ লেপতুনা ঙাইরগা হললকখিদগে নাকেস্থানা বসন্তবু মাঙহনগে হায়তুনবু কোকিলনা য়েন্নিংথাগী থাথল থাদোক্লমগনি ? রাইথুংনদবগী অরাবা ঙাক্ল মীৎলুদা শেংন পীরাং পীরোইনজব নত্তে নারকী লৈরাংনা নারক চিন্নদন কেনখিবা।

উমংগী উৎহেনা উথোঙদা চানদনা মাঙখিব, নোংজু লৈচিল্ল কী পুর্ণিমা থাজনা নোংমঙ লৈচিল্লক থাশি ওইখিব মসিগীদমক থল্লবদ মৈচাক হেনবনি থম্মোয়বু রাথলনা লৈকংলাদা হন্দোক-পীবনি।

যুম য়োহুনা থোঙ খিলরবদ থোঙ হাংদোয়কুনা ইমুংদা চংলকই। মকোক্ত কুপ্পকপ কোটতু কীয়ানখোক তম্ন লংশিল্লি মফি হোংদোক্তন ফম্মুংথক মমাই উপশন্দুনা হিপৈথ মতৌহু উবদ য়ু থক্লক্লে থঙলে। মথোঙদা তোংব থোঙঙুপ মশাদ লীৎপা ক্লরিং চোৎলী মাল্লিবহু লৌথোকপী ফীতম চুম্ন হিপনব শেম শাই কৈজুপ চিংথৎতুনা তম্মীরমলগা তম্ন হন্দোকগে য়ু তাওরবহু জৌশিং তাবনিনা থৌজরম সেবাহ থঙই। থৌগলহৈবী মানা

ঘা ঙাংবগী পাঙ্গলদি ইথোক থোক্ত হায়নিং ঙাংনিং কয়া নাচিং-ঙরোইত্র মথল্লু নিংতমজনা চিন্নান লেংগে লেংঙমদ তৌজবী মাগী মওং মতৌদু অউবমনা ওথোক্ল মুংশিনিংঙাইনি অদুবু জ্ঞানেশ্বরদি মশক্ত উরবসু পুক্লিং তানা য়েংনিংউদে থওইনা য়েগে হায়নসু খল্লুদে য়েংনিংদব মতৌসু উংতে।

য়ুগী মরাইলক্ত চয়েৎ চৈ-বা রাখল অম কল্লাক লাক্লুনা মীৎ পাংস য়েংলকপদ মশেল মরাংনরকপগুমলৈ ওহাকী মল্লুংদা মনাক্ত লৈব পোং চৈ ফক্লাং মথৈ অতম মাঙখিহুনা অহাংবদ তিনথ্রি। পুমহাং হাংলব লমহাংগুমলৈ। লমহাংয়াইদ কনাগুম্ব শক্তম অমা লেপলৈ রাঙাংলকপগুমলৈ মনাক্ত লৈরিবী পুন্সি খোঙলোইবু ইথোক্লগা লাপথোকপ্রবী লমলান কাদা ওংপ্রবী অমবু নিংহুনা থমলগা নঙগী তোংজব করি লৈ? উশাদ তোংব উচেকপু পামেলনা তাথোকপ্র মশাদা পানবা উহৈবু তালা মউনা মশাগী খাক্তনা তাইবঙ জীবদা পীজদত্র? নংদি মীনি রাখল চাউব জীবনি। নকাদা পুন্সি লৈরাং কংতুনা তাংজররবি মাবুদি করিগী ইথোকফম থোকপগে শাবী শানৌ খায়নব মমা মপা কায়নবা মমা মচা শেংনব খোঙতেক মীওাং লোথোক্ত অনংব চাকনিব কয়া কয়াগী মীংলু পীরাং মতিক চাব ঈনাক খুয়া অকা মুঙায় পুন্সি লৈপুলগী হুরাও মীনোক পুম্নমকসে পুন্সি মাগী দমক্তনি নিংজবনা অথাপ্পদ খল্লদনা ননাক্ত মাজিৎ পুন্সিগী খুদোলনি নঙদ নত্তে কয়া কয়ানি।

মুজাগী শম্নাং চবুন মখুৎনা পায়তুনা শান্নখিবদো নিংশিং-
লিরা শম অনিগী মচু অমত্তনি। ননাক্তগীসিস্থ মুপীনি মহাকস্থ
মুপীনি মুপী অমগী নিংজবা খোয়াংবা ফয়াবু থওইদব ঙম্বসিনদি
মুপীবু মুংশিদে হ'য়বদা লানখিত্র? নিঙোলগী অনিংব উবী-
'ত্রবদ মুপী মাবু মুংশি হায়ৎিবদো চুমখিত্র? মহোশাগী মুংশি
হৈবদো কদায়দা লোৎত্রে হৌত্রব মতমদি শীত্রবনি হয় য়েংখিবদ
বারীভমক লৈহৌরবা পুন্সি থোদোকশিংতু য়ুম্বান লম্বীদা পুশ-
নুরম্ম মাবু মুংশিবদো মহাকপু নুশিবনা ওস্থোকউ লংনরমু
মুংশিয়ু মুংশিবনা অথোইব ধর্ম্মনি হাংলম্বতু ফুল্লক্কুনা হায়গী
কাতুমক হজলকই মীৎপান্দু লাওনা পা থোক্কুনা কোৎনা য়েংই।
রাখল মূর্ত্তিনি রাখলগী রাহৈখোলনি হায়ব মথন্ত থঙলক্লবগুমই।
থঙনব মীকুপ্ত মরোল্ল মরী শেংফাত্তনা ভূমে তারিত্র তনকৌ
কৌরকই তুমফম কাতুপসিগা থঙনব লাইরিক শঙদ লাইরিক পারম্বী
মাদি ইঙক ঙককুমই মীকৌ অসি তাবসিনা মাগীদি অহাম্বনি
পারম্ব লাইরিক হন্দোক্কুনা মনাক্ত লেপলৈ করি তাকপীগদব
মক লুক্ক হঙলৈ লেংঙম শাঙমদনা হৌগৎলক্কুন নঙনা য়ুমসিদা
লাকচৈঙদগী নোংমতম্বু নঙোন্দ কৌদবসি নহাক শাওনিংলমগনি
বারৌরমগনি মনিদি ঐনা লাল্লবনি অরানব, অসে নঙনা ঙাকপীব
নত্তনদি কনাম্বু লৈতে ঐবু ঙাকপীয়ু। রাহু থুমদে লেপ্লম্বহুদগী
নোনথরক্কুনা মখূৎন খোঙ শোকে তিংথোরকই জ্ঞানেশ্বরনা মপা
খোম অনিহু পায়থৎতুনা শোকহন্দে থওইন বিরমন্দ্রব মপুক্লিংদ

মাগী মতৌহনা হুগুয়াম্ভবা অমা খংকাও ফাওই মখুং অনিনা পাম্বোম অনিবু পায়খৎপীবসিনা অহাণ খুৎশোকনি মাইয়োক্লবদ মাইপুবা ঙমত্রবী লুকরুবী মাইথোংদো তপ্ল লৈথোকচৈ। মরাল লৈবা মীদা খুক্লমফদে য়ুমদা চঙজরক্লবদি য়েংখিবফাওব তরাম ওকফম থোকই হায়বা রা লৈ। ঐগী ইরালসে ঙাকপীররোইক্ল খুম্মু করিগীনো তুমিন লৈরিবদি পাম্বোম মরু অনিচু মখুং অনিনা পায়চুনা হায় রাঙাংব তৌদনা মথবাক্ত মকোক্ত ঙাথে।

কপনীংঙকপগী নুংশাম্বোর হোল্লচুনা নঙগী সেবাগীদমক থরাই হুকচাং অনিমক শীন্নথোকপা ঙমলনি লাক্রবী ঐনা ঙাকপীগদব সিবু করিনো? পাপ চেল্লবী ঐনা লাংজব সেবা নহাকনা লংনবীদে মতুতনা ঐগীদি পেঙ্গ্রবনি পুন্য চেল্লবা নঙগী সেব কংলবী ঐনা করিমুক রারৌক্লনি চাবীবা চানবীদব অনিমক ঐগীদি ইরলনি মীংলুদগী অথাকপা লৈতনা মপী চেম্বরকই করিগীনো নঙনা কপ্লিবদি কপকম নুংগী অরাবা কয়া মৌথংত্তনা লৈরম্বচু খাঙ লকপ থীংঙেল নমথায়চুনা চেম্বরকপগুমই পীরাং শিম্বরম্বদগী মখোল থোক্ল নুংহিক্লরকই মাগী মতৌহনা পুক্লিং নুংওল্লকপনা লুরুক্লনা কপ্লীবি মাবু কোনশনবী শম্ন খুমজল্লকপ শমলাংলক্তা মীম্না পীরাং পীচোংনরবা মাইখোঙদগী শমজোইচু হাইদোক্লনা মপী তৈথোকপী।

অহিংসিগী ইক্লং ঙাবদ ইমুংগী থবক তৌদনা লৈক্রিবী তুমে- শরীবু কৌদুনা রা অম। তমনিংঙকই। মমা মপা মচিন মনাও

মাংদ কৌব ঙমদবনা মানা লাকপ মপা য়েংনা থোঙজিল মক্লমদ চংশিন্দুনা মানা চংলিঙে মপা থোক্ল চেন্না তাশন্ন চেচুম অমনা থাক্লই। মাস্থু নোক্ল মমাই নৈশিন্ন য়েংলকই। জ্ঞানেশ্বরনা ইঙ্গিৎ তৌই ঈঙ্গিৎতু কৌবনি খঙলদুনা মী লাকপ্র য়েংনা তনচং চ-লকই। ঙশিদি নোঙমাইজিংস্থ নোংমাইজিংনি কোইক্লসিদনা কদায়দা কোইক্লদোঁইব কোইক্লসিদ হায়য়ু কোইকমগী কোইকম ঙাক্তনি। ইমাগী ব্লামত্ত তাখিসি হায়রমলগা চংখিদুনা মনেম লৈবা মাইকৈদা লাকই অদুগা হায়রে কোইক্লসি হায়গে ইমা কোইক্লবা করি কায়বগে! মমৌগী ব্লাঙাংদু তাবদ ঙকপ হরাওব য়াম্লনা তঙক তঙকই নবানিবু কোন ঙাংনরব্রো? মাপচিকনা মোমোন তৌনা হঙই ইন্ন চৈরে কীদুপকী ফীজিন্দু খুদোশ্মীমা লৈর লৈরদুনা ঙরাংদগী কোনরে খুমই মানা করম কৌরকইবা নবানিনা করম ঙাংনরিব মরমদু তানিংনা অমুক্তা হঙই। মনেমগী মাংদ ঈকায়বনা মমাই লুকথরদুনা খুমদনা লৈ। মতৌদু মনেমনা খঙলদুনা কোইক্লরো ইচাসিদি করিবু কাইনি হায়বগে বাজিনা য়ানিংগদ্র ইমা য়াদ্রবদি কমদৌনি। মাগী বাবু ঐনা হায়রগা লোই-রেদনা করিগী য়ানিংলোইদগে চংলো নফিদুম শেৎলুরো।

মমৌনা হরাওনা চংখিবদু য়েংহৌরগা থম্মোয় পেনজহৌই পাওদু মকুবোক হোদোকনিংবনা মনাক তাম্ল চংপ্রি মফি শেৎপ লোইরদুনা জ্ঞানেশ্বরগা ভুমেশ্বরীগা থোরক্লনা গেরেজদগী গাড়ী লৌখোক্লগা কোম্থোং তাম্ল থৌপ্রি। দলান মথকী মজোলদা লেপদুনা হরাও তয়াম চংমিন্নখিব মাইকৈয়োমদা মচা মমৌ

অনিবু য়েংমিন্নহৌই। মরূভুমীদা নোং চুঙ্ম থোক্লরব মবাক্সিস্থ অমুক অমুক ওনশিন্ন অর্থ লৈনা য়েংনা য়েংনা মোকচহৌই হরাওজহৌই ★

## ৩৬ শুবা পাম্পুপ

মুমিং তাক্লম তান্নম তৌশিল্লকপা মতমনি চাক্সান ফিদাগুব মোমল্লুবা থীবিক খুংথাননা ময়ুম পাংনবকপা কালনি। ইম্ফাল লোমদগী হাইথরকপা বস অমা খুঙ্গাও চংফম থোঙনাং মথোঙ মনাকব্রাইদা থামলৈ। কুমথহৌগদব নুপা নুপী খর কুমথহৌই বস অচু হান্নগুম থৌখ্রি। কুমথহৌন খরদু থোঙনা হাইজিল-লকই ময়ামদুগী ময়ামদুগী মরক্ত নুপী অমথক্তী থোঙনাংলোমদা মীয়েং তানা য়েংলক্নী। ময়ামদুদি উদুমত লৈবনিমা মীৎচিনা ফাও য়েংলমদে।

মাগী মাগী য়ুম তাবা লৈরক, মশা মশাগী কোম্থোং য়োবদ ঘারী শানা লাকমিন্নবদগী লৈহৌরগে চঙহৌয়গে হায়না মথঙ মথঙ চঙলহৌই। মথন্ত তাহৌরবী নুপী অমথক কোথথক্ত খুং-মোক অচৌব'ম কোকথোঙ নানা লৈরক অমদা চঙলকই। কোন থোং লানশিল্লক্লুনা শুমাং য়োরকপদা শান্নরস্থ মগুশিং য়ুম-লোম্নব অঙাং-নুষী ময়াম অমা ঙামোকীদমক চেনশিন্নরকই ইরাং লাংলৈ ঙশাই কৈথেলদগী ঙামোক লৈগনি ফাওহুনা হল্লক্লম-

দৌবনি মতুদা চংমিন্নবশিংনা মচাগী মশুগী লৈনরকপ উবদগী নিংশিংহুনা লৈদি লৈরকখিবনি, থুমোক্তু ডান্নীথক্ত. থাহুনা অঙাং মশিং শুনা লৌথোক্তুনা থুংনবা য়েনবা মবোক এসিনা সনা-কৈথেল কাহুনা পোৎয়োন্নু বদি মহিঙ্গোলদ মরাং কাইনা থাব মনা মশিংহ পুহুনা অহুক য়োললুবনি পোৎয়োনবীমক্তী নঙে অশংং অশংবদা নোং ফাদোক পোৎচাও পুনা কারুব কৈথেল শুকানি । মনেমনা পূরক লৈরকপশিংহু মমৌনা লোইশন থম-জিনবীরে ঈশিং অরুম্ন পুথোক্তুন হকচাং শেংদোক্লব থৌরাংবী ।

ন্নুমিৎদাংগী অমম্বনা মাইকৈ মরি পুমম মল্লকই চরা চাক-থোং লাংলিবী মমৌদা হকচাংসে কয়া নুঙায়তে ঐগীদি চাক হাপলুরম্মু হায়বদগী হাপত্রে। ফুঙ্গাদ মৈহৌরহুনা মৈ তিক্তুনা লৈ। রারী ভানিংহুনা মবোকনাক্ত মশুশিংহু মৈনাক্ত ফমলে মমানা চাকথুমদগী লাইরিক লাইশুহুম ঔরাইরুচো নবোকস্নু মশা ন্নুংঙায়তে হায়বনি পঙলাং লাংলুম্নু ঙাংবদগী মমা কীহুনা হন-দোক্লুগ্রে। মবোক্তী রা অমত্ত ঙাংব থুম্ব তৌদে তুমিন অহুম লৈ। মতমনা থেংলকপনা চাক ঈশিং লোইহুনা নুংথিল কোইনা শাম্নকবগী রারুবনে লাইরিকা ঔরাইরুবনে চাকা অমুক চারুব-সিনা মাগী মাগী হিপফমদা চংহুনা হিপনগ্রে।

পূর্নিমা মতুং লিনিকোম্ব থানা থেংলপ থোকই। নোংপোক অড়িয়াদা থজিক খজিক রাংখৎলকই অহম্মু মপান্দা মথস্ত থোরকই হিঙ্গোল অকোইবদ হৌব উপাল রাপাল লক্তুশিংহু লিরি হুম্ব

সুংশিংনা নোমহৌ নোমহৌ লেংই নৈচিল পান: থাংই ঋৈদোব-লক্তা চবাক্লনা হৌব মনা মশিং তনৌ তনৌই থুরক য়োংথম কীশাথোল খুদোন্দ থোংবা হুইথোল ইংনা তাই। মখুংনা পায়-রকপা ফক মোন অছু লাইথল তাব যুমজাওগী মাঙশোক্ত থাই। ককথক্ত ইশাং শাংনা হিপথৈ মোম্ইক্ত থদাং শৌমা খুংনা মোন্দু কোনগুমন্দু তৌই। নুমলব কাম্বা অমনা মশা খুংনা গুপ্পী।

থাবল্লসিদা অহলসিনা থাবল ঈচিক লাংলরিবসিবু খুইবকব পূক্লিং ময়োল ভেথংনবরা ইমুংগী অকম হুন্দোক্লমগা নিংথম হকচিক লাংলরিবসিনা পূক্লিং হকচাং ওল্লাংলত্র থম্মোয়মুংদা চংহুনা য়েংউবদি য়াদথোক করমদি মমুং তানা থওম্মুনি পূক্লিং ঊন্দ্রানুংদগী ফুইন হৌগংলকপ য়াথল নোংহৌ নোংদোন্দ থোক-লিবা থাগী মেংল থাবল ঈপোম মালংদা কোইতাও তাওমিল্ল-বগুমলকই। মন্থরবা হকচাংগী থম্মোয় অমন লকান্নুংদগী তনৌ তনৌব নহা ওইরকঙৈ তগং তগং তেকপ শক্তম অহঙশিংদো অরি মরূদগী তনৌব ময়োল চোংলকপগুম য়াথল কোন্দ নিংশিং ময়োল চোংলরেদো পীরম চম চম্মাগী পীগী ঈচেল্লক্ত কায়নখ্রগ কাওগয়খ্রব পীরাংলক্ত তীলহৌব মুংওল য়ারী শিংবুলদো কয়াদ পূকনিং নৌরম্নিবা!

কুমজ কুমথাং ময়োল মথাও থম্ন তাম্ন হুন্দোক্লমব অকাও য়াইনা মনম মনম ননশিনখ্রব যৌবনগী প্রেম নগর, ঙমোং হামবা নুমিংলা অঙম ইম্বোক ইম্বোক্তুন হুংলমচংমহৌরবা পূজি যৌদোক পয়েং বাথোক মপে ইন্নুং ঙানবী থান্নগী থাবল ইপোমলক্তা

তাওথরক্তি। পাম্মুইদকো মতমদো নুংশিশ্রেদকো হৌথিবদো মালেমথক্ত নাকেল: চমা চমা লাকসনু বসন্ত চমা চমানা মাল-হৌনি কৱি খানিংঙাই লৈ। লাক্লব যৌবন বসন্তদো কৈদৌঙৈ লাকখিনি। মতম অমগী হৱাও মথোই কানা মুঙাইজখিবদো খম্মোয়র্দা কৈদৌঙৈ হল্লকখিনি। নুংশি নুংওলগী য়াংদৌ লম্বীদা নুংশি য়ারা চিল্লোক্ল নুংওল পাওদম চিনদিম্ন থোঙদা থোঙ-দিম্নরকপ, পুংখা শক অপাম নুংশিগী শাজং শাথেক্লক্ত অৱাই অথুম কাগী জুগাইঁ কেম্ন নৌন ওইনজরক্ত মীনোক মীয়েং মথোং কারক্পগী মতৌ পুম্বদো শক পাম্মুমা মীৎ মাংদা লেপ্লগুমই কয়াদি নৌগ্রব কয়াদি ফজগ্রবা।

চহি মরোল কয়াগী শাংলব পুন্সিদা নোং কয়া ঙানখ্রে। কয়াম্থ তাখ্রে। থাজ কয়া থোকখ্রে কয়াম্থু তাখ্রে বসন্ত কয়া লাকলে কয়া চংখি। নাকেল কয়া থুংলে কয়া হনাথ। ঙসি থোকপা থা অঙাং ওইবিঙৈ মথোকই থাবলদা লাংনা শাম্নজ্ঞ থাবল মাম্থ নহা ওইৱিঙৈ মঙাল্লি। উথোকতেনগী ডারি ময়াদ মথোঙ য়াম্লনা ফম চোইৱ শমলাং মচোইন নুংশি রাখলদা পুক্লিং গানা চাওজ্ঞ থাবল ইচিক মরাংজ্ঞ হকচাংনা অহনশিংদা চল্লফাও থাজ নঙদি মম্থব লৈত মিংঙাইদ ঙাল্লিদো পুন্সি লমম্নায়দা লেপ্লকঙৈ পুক্লিং মশা লোংঙকঙৈ নহা ওইৱিঙৈ মতমদা নুংশিব জীশৈঅমম্ভং তাবদ মুঙাইব কুম্মে অমত্তং য়েংবদ খ্নাই মীরক ভীল্লকপদ লাংজরম্ব ঙাওজমম্ব পুম্বদো মম্বৱবা জীন্দ্রিনুংদা শোম্বৱবা

হাথলনা তপ্পী তপ্পী চিংশল্লকই। সুমিং থা গ্রহ উপগ্রহ থরান·· মিচাকনা পীরক য়েরকপ মালংপানগী মহি ময়াইনা লেংলি পা'ল্লব মালেমদা মহি ময়াই চেলহল্লিদো থাগী মহি ময়াইনা সমুদ্র ঈমাইদা জরার কাহল্লি থরো থাবললৈ চন্দ্রমুখি লৈকং লৈরাং শাংকাইহল্লি।

অহনসিগী পূক্রিংসিংসু থাজ নঙনা থাবল্লকী থাবললৈগুম শাংকাইহল্লিব্রা?

পলেম খুতুং ইনবী নিঙ্গোল মপোক ওইখিবনা লৈথোক মত্তদা চরোং পানবা লৈগুম মমা মপা মচিন মনাও লোইনরকপ পুম্ব থাদোক্লুনা লমলাথ সুপা অমগী য়ুম্নাক শাগৈদা তিন্দুনা মপুকথোক্কী মচাশিং মচাথোক্কী মত্তশিং য়োক্লুনা কোন্দুনা পুন্সি তংথাই অমা লেল্লকপনা মল্লব লৈরাং লৈমলগুম খ্ইথ হিকথরেদো পলেম পাম্বো চাইগোনন্নুং মথোং কারকপগী তবুম তবুম শবাম্না য়েংবগী পেম্নাইদনা তনিক তনিক পুম্নুয়রম্ব কোক্কী শম্ন নিংহু য়েনা লোঙহৌনরম্ব পুম্নমক চহিগী শাফু নোংলৈনা হুমহ্না পুত্র-বোই পুন্সিগী অরা অনা চৈথেংনা চিংমাঙনহনগ্রবোট কমলব হৈরাংগুম তৌরাংথক্ক কম্ন তায়রেদো ইন্নুং ঙানগ্রব পুন্সি তংথাই অদো পুন্সি য়াচং রাইসিদা নুংশিজরুব কৌনিংউবদি য়াইদো! হক্কথগী আশাদি কৈদনো মপোক থোক ময়া লাং মঙো নিক্ক কম্নাক কুক কানা ককশিল্লব হৈবীগুম খুইনা থাঙ কোম্ন চৈম্ভ পাম্নোইনগদব লাক্লনিদো মীয়েং পাখল শামলকপা নাত্তাখি-য়কপা রাখল পেং চোইরকপা লায়নাগী মক্কপলোই খুংলরনিদো

হে পুন্সি নঙসে পোলো'দ ওস্থোক্ন হুংশি হৈংতদ ওংহোক্লস্থ তাবিদা।

পীকলিঙৈ চাওব ওুই চাওবে পাখঙ লৈশাবী ফাবমুক শ্রাই ফারে মচা। মতমুক শ্রাই ক লে থিব ভায়বগী লোইনাইত্রব য়াখল তোর্বান্দা লেপতুনা ভাইরকপগী পনথুংদি কনামত্তস্থ লৈবীরমত্রে মোঙফমতমক তাইবঙসিদা থস্বীরম্মেদো।

য়েংবগী পেন্নাইদবা ফজবগী তুংনফম হিংবগী খানিংদবা খুঙা য়বগী য়াওলফম মথল মথেল মহৈ মরোং লোইনাইদবী লৈথোক হৈথোক লেপ্তবী কুম্মৈ ফিরোং ঈশৈ নোংমাই য়াস্তবী তেংপাল পাম্ভু পাম্ভু খাদোক্লমনিদো ভাম্ববগী ময়াই হিংবগী নেশা ওস্থোক্ন ফিরিদ মীথেমহৈবী আশানা থেম থেমহনা লৌশিং তৌনা পু পুহন পনথুং য়ৌনবা ওস্থোক্ন হৈনবু শীল্পমীদা শিজনিংদে অগুক ফজব প্রকৃতি মতম্পাক্ত কনাদা য়াকংনুনি অগুক পুঙায়ব তা বঙ মীরম থাদোকচনিংদে কনাদবু য়ানোমলুনি উনাথোক লোইবদ ভলা মউনা কেন্নিংহন্দে করম খামঙমনি মীওইপালবু লৈপাক-লৈমনা চংচহন্নিংদে করম খিংঙমনি।

তাইবঙদা খুংলব তাইবঙ যাত্রিক্সা মহৈ মণি-গীদমক মালেম কোইন লমথোক্নরবস্থ নিংথৌগী তাংবন্দা ভাম্বোইহনা লৈপাক্ন শক্ন শোমবরবস্থ মীংচং চিংদোন লোমহনা লেনাইদব মীংচং উরোং খিম্নবস্থ পুম্নমক মাংশী লম্বেলনা শাংহৌরবা হুংগী য়াং-ব না তেনশিরকপ পুন্সি নাকেন গুকয়া চন্নকপদা খুমব থম্বোয় থম্লুংদা অম্নুতাপ মৈরী মৈন্নাইরদো। ফজব থবগী অম্নুতাপ লৈ

অফবা তৌরুবগীসু নিংঙমলকব লাকব নত্তেদো। কম তারবা নিংথৌনা কন্নি নুংনাংদ হৌনৈ। অরা মৈনা চমারক চারুবসু থম্মোয় মত্তং খোরু লিশিংলক চেখাইরসু কপতুনা তেংথাহুনা মত্তোকনৈ। নিংব চমা গুংলস্ত হয়াও লিশিং লারুসু মোমোয়ন নোক খেনা মরোইশনৈ অসিরনে পুন্সি নঙগী থৌদা? মীংচং লুহুপ উপতুনা মীনা মীরক শোয়হুনসু মীরক মীনা শাংথানবীত্রব মীচম ওইহুনসু হিংচা য়াইতম্ব মীপোক ওইহনা মীনা তাথিনা তুকচনা ঙাংনহুনসু মোংফমনা কনাবু চান্নগা কনাবু তাথিবগে? লৈহাও কব লবুক লৈকংলা ওইসনু পাংথি কোমথি অত্তকপা উমং অচৌবা সহর লৈসনু মালেম লৈমনা কনাবু পমলগা কনাবু হুন্দোকপগে নঙদি লাইপোকনি নঙদি মীতম্বাননি পুন্সিনা কনাবু নিন্দা তোবা লৈত্তে মানা অনংবনি অত্তোয়নি মহারু লম লৈবনি অচৌবনি য়েংংলৈ মেলৈ নাইব লৈত্তেদো।

অচুম্বস্ত ওইদবসু অওকপসু ওক্রুবসু কজবসু অথিবসু ঙম মক মাগীদি মরলনি মহোশা লাইরেম্বীনা শীৰনি মীওইবনা থায়বনি।

উরক য়ারক লোল্লম্ব থাবলনা উত্তোন ব্যাত্তোনথক মশেক চবুল চবুল চাইথারি। অহন্দূ থম্মোয় তনিক তনিকই মাসু ঐগুম নিংশিংলমলিত্র নুংদা কাওরিসিমক মত্তোন্সি। কাওরমগত্র কাওরমলবদি থাবল অসে অরেম্বদা মাঙহন্নিংলমলোই মথত্ত থজৈ তায় ঙাইনখিব, তায় তায় তংনখিব মচেৎ মচেৎনা শেমপংখিন্ন মচোই মচোই কীগুখিব মাঙলমচংকী পুন্সি নৌহৌনবা বাথলনা মাল-

হৌনবনা মশাদো হিণী হান্নবা মঙাই মশানা মশাবু কাওরে মপান্দগী হোজব সুংশাখোরনা অহনসিগী মুংগী মৈশা খঙবিরমংগত্রা? হৌমিন কামিন্নরকপী মগুং মমান্নবী কয়ামন্থ মাগুম য়ুমখোং থুদিং মন শন্দুনা লৈরমগনিকো।

পুন্সি শক্তীদগী থোক্তব কখিবু লৈ। মাগী থৌদাং থৌদোক থৌশিন থৌরাং চত্ত কনা য়াওই। মীনা হায়নৈ পুন্সি নঙদি শীন্থানি লিলানি মিত্রংনি মেলানি লম্লোয়নি লংথৈনি অগুম্ন মানা মানা হায়নরিবমখৈ অগুম পকচবা থল্লু থল্লুরিব মখৈ অগুম শকমানবা নত্তৌশিনা পুন্সি মঙগী নমিংলা, নরমচংলা, ননাংলা? কনামগী ইমুংদনা মচা শেংন মৈশা লাংলি কনামদনা মচা ক্লংবগী হবাওবনা লুতোন কারি অমদনা লুহোংলি অমদনা পোংলোইরি কনামগীদনা নাহেখোল্লক্ত ইন্দ্রিক্লক্লা চৈনা থাঙলি। অমদনা কুম্মৈদা পুক্কি নানা নোক্লী কনামনা বিজ্ঞানগী চায়েং শঙদা পুন্সি হুক্লোকলি কনামনা কলা মন্সিরদা পুক্কিং হকচাং কংথোকলি। কনামনা লামগীদমক সীকাই শন্দুনা তলপ চারা কনামনা ধর্ম্মাগী লাইশোঙা লাইচুরি কনামনা লবুক্ত হুমাং তারি কনামনা মীকম মীতিনদা শিংলি থোকপমখৈ লাওরি ডাংলি কনামনা কৈত্তমশঙদা মীংকী পী শীন্থরি খুংশিলহৈবী পুন্সি নঙগী খুংশেম ঙকইদকো নোংদোন থোকপ থন্নান মশিংগুম পুন্সি নঙগী থৌরাংবু কনানা থঙত্তমগনি।

অশংবা অঙাংবা অঙোবা মচুগী লেক্কতা য়েংবদা উবগুম থালেমবু বিজ্ঞানগী কুয়োম ওইনা বিজ্ঞানিক্লী উরোইত্র? সাধু

শ্বামীগীনা আধ্যাত্মীক রাজনিতিগীনা রাজনৈতিক ওইনা মউ-বোইগ্র ? শক্লোন পুম্বগী অমতা মওইবা মালেমশিমক বিজ্ঞাননি ধর্ম্মানি। মসি লৈত্রবদবু কদায়দনো মীওইবন থিরুগদৌরিবা তমলুগদৌরিবা। মুমিং থা থবানশিচাক অহাংবা নোংদোম সাক্ষীদ ওইহনা লৈররুব যুগ লাংওল মীয়োল অহং হিংদ পুহনা য়োরুরুব মালেমথক মহাপুরুষ কয়া নেত্তা কয়া অথোবা কয়া মীচম কয়া মতম থোঙলৈদা লৈনা লৈনা লোইখি লৈনা লৈনা মীকপ থোকলৈ। অরি অনৌ লোইন শিন্নবতনা পুন্সি নঙগী থম্মাইদব মীথাং থৌশিল লাংত্র ?

অশিবনা মাঙথিবা অহিংবনা পালহৌবা অশি অচং 'নিগী মফম শিগোক শিনজিন লাংবা পোকপ শিথগী পুথোক পুশিল আত্মা থোঙচং শিয়, হঞ্জীন হঞ্জীন থোক্লুনা লৈরগদব পুন্সি শীঙ্খারোল পুন্সি থোঙচংলোন লৈকংলাগী লৈঙোই লৈয়িকুম পুন্সি নঙগী হিসাব কনানা থঙঙমগনি হে পুন্সি নঙদি লেংদে শীদে সমুদ্র ঈমাইথক্তগী ঈশিংনা মনিল ওইনা নোংদোঙা পাই-থংলি লৈচিলৈ ওন্দুনা মালংপাম্বা নোং ওই লৈথাদা লোংলিক ওইনা চুই। চিংদগী নোংলেন লাইজনা তুরেল মবুক থল্লি ঈচেল নাইজৈ সমুদ্র গর্ভস্থুংদা ইতিললৈ মহোশা থুংশেম ঙক-ইদ! পলেম গর্ভস্থুং মীতম মরুনা তাইবঙপান থোকয়াকা শক্তম লাংলকপ শাইওল, ভোংশা থোঙলেন হাংহুন অমম অঙাম মাই-ওরু অতিয়া মালেমনিগী গর্ভস্থুং মীরক অমুক চক্রু মথাং মথাং শকওক্লকপ হকচাংনা অশি হকচাং হোংলকপা শাইওল

কয়াদি কুইঙ্গ্রব কয়াদি কুপগ্রব ওয়েন্থোক্লম্ ঙকইদকো মীপোক মী-শেম শুক্রংপালদা থবান কৌরোপালদা গ্রহ উপগ্রহ পৃথিবীদ মহাদেশ মহাসাগর, মহাদেশতা লৈব'ক রাজ্য জিলা খুল্লং সহর লৈকাই য়ুমথোঙ মীকোক কয়াগী মরক্ত মীকোক অমত্তং পীক শনগ্রবদা কয়া পীকশনগ্রব চাঙথোরকপদনা কয়াদা পাক চাউ-খ্রিবা হে পুন্সি নোংদোম নঙগী মরেপ্পা শুন্রংনা নঙগী নহাল্লা মরাক মমুং খঙদব শুন্দ্রংগী মতৌগুম নঙগী নশক্তম অঙম তৌত্র শক্খঙদব তাইবঙপান্দ মশানা মশাবু খঙদব হকচাংবু পুনা নোক্ল নোক্ল কপ্ল কপ্ল চৎপসিনা পুন্সি নঙগী ঈচেল্লা ? অহিং নুংথিল শকওনবী অময়ম অঙান অচিক অশা য়েনবী কীজেৎ তোইবী ঋতু ফীহোং হয়াচক হয়িচক লাংবচক থাবচক চকলেন চকওল পুবী লোইখম লৈতবী মতম লাইরেম্বীন। শীনবা লম্বীদ মথাং য়াওল পুনা চৎপনা পুন্সি নঙগী লম্বেল্লা ?

লিক্লানা নাপী শিংবী উনা রানা ইচোং চোৎলে পাবলদা ভরং ভরংলে থাজনা ইংবনে মালেমনা। চিকপনে তাল্লকসিমন্দা কোম্হোংদা মীখোল তাই। কৈজোম শেংপা অহন অমা চং-লকলে। চুরিতাকম য়োরক্লবদ মোংশোক্ত হিপলাবহু মশ্মী শাম্মীনা উই ঙসাইদ্রি থাবলনা ফক্লাং মথোঙ য়েনা ভাল্লম্বনি মল্লবী মাইথোঙদ থাবলনা চামথোকলর্গান থানা শ্রুমদোন তম-লম্বনা মক্লল্লবনি। ডাক্লি কাখৎতুনা মুম য়েংউবদ মগুগী মরোকনি নি খঙলে লৈকাইগী অহন মরাম বারী ভারবক্তদ অহনশিং য়াও

কুবনি কোম্পোংদা চংলমদাইদা লাকমিম্নবা অহনশিংদগী বিদাই লৌহুনা য়ুম তম্ন ইতিং তিংনা চংলকপনি হিপ্নীবহ্ হৌদোকই হৌদোকলমলগা ইমুংদ চংখ্রি। তুমথখিবহূ মশানা খঙহৌদবনা মীকপ থোকলকপদ তফিং তফিং তঙক তঙকই মীংলু পানা পীচোংনরম্বহূন কংশিল্লম্নব মমাইহূ মথুংন নাম্বোকচৈ থাবলনা থাম্নব হিঙ্গোল মতোললোমদা য়েংলমলগা ফকমোন লৌখংভুনা ইমুংদা চংথ্রে থোঙ তপ্প লোনথ্রে নাইতোম্নহৌরবী থাজগা ঈচিক হুনবী মালেমগা মীংচানহৌই।

লোইরবা


584/Man

